# ঐখোয়' তান্দা

অইবা
শ্রীহিজম ভগ সিংহ

কোক্তজবী
হিজম চনু শ্রীমতী দেবী




অহানবা ফোঙবা
তাং ২৩ | ১০ | [illegible] খৃষ্টকুম

অনীশুবা ফোঙবা
তাং ১৫ | ১১ | ১৯৬১ খৃষ্টকুম



মখুম য়েকপা
শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা ।

ফোঙজবী
হিজম চনু শ্রীমতী দেবী
কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই

ইম্ফাল—৭৯৫০০১
মমল লুপা ২০

# ঐখোয়' তাদা

ইমাম্নবা হৌমিন-কামিম্নবশিংনা ঐবু লৌরীখাং হায়না হেক হেক লরুবম্মী। ঐখোয়' ইবোক্না মখোয় ময়াম্ব, ঐঙোন্দা অস্থম্না লক্লবগী স্কুগে হায়না হেক হেক তাম্নৈ; ঐস্থ অস্থম্না কৌবা মীঙ্গৌ অসিদা শাওনীংবমা পোক্লম্মী। ইবোক্না ঐগী থাঙৈশেংবা মিংদি নীংথেম কৌই হায়না ঐবু য়াম্না মুংশিনা "নীংথেম" হায়না হেক হেক কৌরম্মী। ঐখোয়' তাদনদি তোঙ্বা হায়না করিগুম্বদস্থ কৌরম্মী। শঞ্জেন শনঙাক ওয়্নকপা অহুবাইগী ঝানি— ঐগী ইয়াম্বা অমগা, ঐগা, ইবোক্না ঐখোয় অহুমগী ঝারীনি।

তাদগা ঐগনা খঙলকপদা ইবেনবোক্তি চৈশু পায়ত্রবদি চৎপা ঝারম্নে। খুন্নোন লৈরোম্নবা ইমাম্নবগা তীম্ন-তোংনহুনা শাম্নমিম্নবগী মহাও করম তৌরি'দগে খঙলমদে। নোং হেক ঙানবগা খুনগী শঙ্খাবুঙদা তাদগা ঐগা খুনগী শন পুহুনা শনশেনবা চৎলম্মী। ইবোক্না ঐখোয়গী চানবনি হায়হুনা লা-লাতোন অমদা চাকা-এঙ্খাংগা, ঙারৌ ঙাথা-ঙাচিং অরোবা থরগা শেগাইরবা খুদৈ মচা অমদা য়োমশিনবীরগা ঐখোয় তাদদা মুত্তিগী হেক হেক পী

খুনগী শঙ্গাবুগুদা ঐখোয়'নী অসুম্না অয়াম্বা মতম লেপ্লম্মী। নোংচুপ থংবা চীংগী চীংদোনথক্তা কোয়ৌহনবনা থাম্লকপা, লিরী লিরী হুম্না শান্নংবনা তপনা খোঙদোই হুম্লকপদা শনগী শল্লুপ মাংদা থা, তাদগা ঐগা, ঐখোয় অনীমক য়ুমলোমদা হেক হেক হুম্লরুম্মী। মুমিৎ খুদিংগী ঐহাক অরাম খৌরাংবনা লৈবা ঙম্লমদে, মরমদি ইবোক্লা ঐখোয়গী চাননবনি পীবা চয়োমতু শঙ্গাবুঙ য়ৌরম য়ৌফাৎ-ত্রিবৈঙনা তাদগা ঐগনা শিৎ-শিৎনা হেক হেক চাখোকই। কোয়ৌ-হনবনা কোক্তোন লোম্লকপদা শন্নাও মচাশিংগা লোয়ননা খুনগী পুথ্রী খোঙবান্দা ঐখোয় অনীনা ঈশিং থকমিম্লৈ।

নোংমা নোংমগী অসুম্না শঙ্গেনবা চৎপদা শন্নাও মচাশিংনা মবুক লাম্লকপা মতমদা মপীগী নাক্তা চঙশিন্দুনা মখৌ পোংনা, মথয়াৎ অনীমক্তা খোম্লাংগী মরীক মরীক শিম্লুনা, মথরায় পেম্না থকপা, তাদগা ঐগা ইতৎ তত্তনা য়েংমিম্লৈ, ঐখোয় অনীমক ইথঙ থঙহৌদনা থজাই হয়াওই, তিন য়োৎলি, তাদগা ঐগা মরক মরক্তা হেক হেক য়েংনৈ। খোঙকম অমদা শন্নাও অমা মখোম থকপমথৈ থক্লগা মপীনা কাওখোক্লক্তুনা তঙক তঙক য়েংনা লেপ্লম্মী। ঐখোয় অনীনা শন্নাও অদুগী মথয়াত্তগী পাথবা খোম্লাং মরীকশিং য়েং ওইদা লকই। অদুম্না শন্নাও অনী অদুনগী মথয়াৎতগী পাথবা শঙ্গোম থক্লগা অরাম খৌরাংবা কোকমিম্লৈ। নোংমদি ঐহাক অরাম খৌরাংবনা লৈভম থঙলমদে অদুবু তাদদদি হায়দোক্তে। ঐগী মায়দা করি ফিভম কায়বনো থঙদে তাদনা হংলম্মী, "নহাক চাক য়াম্না লাম্লব্রা?" "লাম্মে।" "অদুদি শনবী অসিগী মখোম শুমসি। অসি হায়রগা পাংখোক্লা

অপাকপা অমা হেৎকনুরগা শনবী অঙাংবী অমগী মনাক্তা চঙ-শিন্নম্মী । অদুবু শনবীদুনা য়ারমদে । মাদা মতে শনবী অমত্তমু য়াবীদ্রে, ঐখোয়না খংপস্থ ওমদ্রে । অদুবু শন্নুপ মরক চঙ্ঙ্বদা শনবী অমুবী মপী অমদা মচানা মখোম থক্লবা খেঙনরম্মী; ভাদনা চঙশিন্দুনা খোমজিন নাম্বদগী শঙ্গোম শুম্মুই, বেরা তৌদে, ঐনা পাংখোকলাদা শঙ্গোমদু য়ারম্মী । খুজোক অমরোম শুম্নগা ভাদনা ঐবু থকউ হায়রনা পীথকলম্মী । মুমিৎ অদুদগী হৌদুনা শনবী অমুবী অদুগী শঙ্গোম ইতং তত্তনা শুমদুনা হেক হেক থক্লম্মী । তরানীরোম লৈরগদি শনবী অদুগী মচাদু য়াওরকপা উখিদ্রে, ঐনা ভাদদা হংবদা "শিগ্রবমাল্লে" হায়রনা খুমলম্মী । শিবা হায়বা ৱাহৈসি মুমিৎ অদুদা অহানবা ওইনা তারম্মী ।

মুমিৎ অসিদগী শনবী দুগী মনাক্তা অমুক চঙলরোই হায়না খল্লম্মী অদুবু মুতিগী পুংকম মতমদু হেক য়োরকপদা শনবী মশানা ঐখোয়গী ইনাক্তা হেক হেক লাকলম্মী, ঐখোয়গী মাংদা লেপলৈ । ঐখোয়না মথাদা নানবীঃ মহৌশাদৌনা ভাদনা নোংমদি মখোম শুম্মুই, মহৌশাদৌনা শঙ্গোম অদুম খোকলম্মী । পাংখোকলাদা শুমদোক্লবা শঙ্গোম অদু ঐহাক থকনীংউদে, খৌরাং মৈচাক্তি কোকপা নত্তে । ঐনা চঙবদা শন্নাও মচা অমনা শনবী খুদিং চঙদুনা মখোম থকদবগী লাক্লবা, শনবী অমা ফাওবনা পীথকপীদবা উরুরে । শন্নাও অদু পুরক্লুনা মচা লৈখিব্রবা শনবী অদুদা থাজিল্লম্মী, হরাও হরাও মাগী মখোম পীথকপী । মদু উরগা ঐঙোন্দা মুংঙাইরবা কুম্মৈ অমা ওইরম্মী ।

ভাদনা শন্নাও অদু শিগ্রে হায়না ভাক্লবদা ঐনা ইবেনবোক্তা

করিগুম্বা রা অমা হংনীংলম্মী, হংবদি ইওম ওমলমদে। নোংখা হজে ওমদে, হয়েং হজে য়ৈখোকই; ময়মদি ঐখোয় ইবোক্তি য়াম্না কপকল্লি। ঐখোয় অনীবু মুন্না য়েংলগনু থাম্বা লাকপা য়াদবমথৈ কপই, কনাগুম্বী লৈকাইগী মৌনহাশিং, পাথংশিং উরগনু মপি হেক্তা শিন্থে; অনুপকী মতীক কপকল্লি, মু.মিং খুদিংগী ঐগা তাদগা ঐখোয় অনীগীনি হায়রনা চয়োম অপী খুদিং হেক হেক কপই, করিগীনো থগুদে। অময়োমদা ঐগী হংনীংবা অসিমনু হংনীংবনা লৈবা ওম্নমদে। তাদদা অমুক হংসিরা থল্লি অহুবু মাস্নু ঐগুম্বনি খঙলমলোই।

মুমিদাং অমদি ঐখোয় ইবোক য়াম্না হরাও হরাও উরম্মী। মুমিং অহু এঙ্খাংস্নু য়াম্না হাওনা, ময়াং কায়না, থোংলম্মী। মুম হেক য়োবগা ইবোক্না হায়রম্মী, "ওসিদি নখোয় অনীমক মুমথিনু ইবেম্মা চাক লোইরগনি।" তাদনা হংলম্মী, "করিগীনো অনুপ ওম্না?"

"ওসিদি ইবেম্মা চথোকলুববু ওইজ ওইথক থম্না ফংলকই।"

"করিনো ওইজ ওইথক হায়বদি?"

"ইবেম্মা অসাইত্নু এহ্লাং কেঙেঙাই থম্না থিরুই। ময়াং কায়না হৌরম্মী, য়োল্লুববু ফনা য়াম্না শিংলকই। অশিংপমথৈ ইশু অনীগী ঙা লৈরক্লবনি।"

ইবোক্না ঙা হেক পল্লকপদা থজাই হরাওরম্মী; ঐনা হংলম্মী,

"করি ঙানো ইবোক?"

"মৈতৈ ঙমুনি, ওন্থোক্লা ফজগ্রে!"

"অহিন ঐনু রা অমত্তা হজে!"

"করিনোনে ইস্নুনা হন্দে হায়রিবো ?"

"ঐখোয়গী শনুগা শনবী মপী অমগা শন্নাও অমগা য়াওই। ওসি ভয়ানিয়োম ওয়ে শন্নাওত্থু লাকখিরে তাদনা শিপ্রনারে হায়। ঐখোয় ইমান্থু শিপ্রবরা ?"

ইবেনবোক্না ঐবু মুন্না য়েংলগা মমিগী মপি তৈথোক্লম্মী, পাক হেক খুন্নমদে। ঐনা য়াম্না ঈখৌলাংনা য়েংবত্থু উমগা মহাক্না হায়রম্মী,

"উম নখোয়গী নমা শিপ্রে, ইবেন্না নচিন-ননাও নত্থোয় অনীবু য়োকলি'সিনি।"

পাউথুম অসি হেক তাবগা ঐগী ইমা অহু করম তৌরমগদগে খওনীংলম্মী। ঐগী খওনীংবত্থু ভাইওমখিদে, ঐনা অমুকন্থু হংলম্মী,

"ঐখোয়গী ইমাহুবু মশক কজরা ? "

"করি তৌরবগে নীংথেম, কনানা করি হায়রবগে ?"

"মীগী মমাদোনা তৌরমগজ্রা খওনীংবা।

ইনে য়াইমাহোয়, মৈনো মমাহোয়দোনা তৌরা ?"

"খুল অসিদা নমাগুগী মুপী য়াওদে, মশক কজবদা, মতৌ নৈরদা।"

"কৈদোহুনা শিপ্রিবনো ?"

"লাইগী নোংদমি, অহু খওলগা করি কাম্নগনি ?"

ঐহাক মথা তানা হংবা ওমলমদে, ইবোক্না মথা তাথরম্মী,

"ইবেন্না হায়া শিগদৌবনি অত্থবু নমানা হানগ্রে। শিবা হায়বসিদি ভদ্বা ওমদবনি। অথাং অহুক ওইরিবা নংনা নমানা শিখিবগী বা খওলগা করি তৌদগেনে ইবুংভো ?"

হায়রল্নগা ইবোক্না মমায় মায়থোং মুকথহুমা মাপী মহোৗশাগী

কপকনবগী হৌনবী হীক্ হীক্ কপলম্মী। মহৌশাম্নু ইবোক্না কপ্পা কনা য়াম্না থেঙনপ্রে, কনা য়াম্না উপ্রে, অহুবু হুমিং অহুদা কপ্পা অহুগা মাম্নরমদে। হুভিগীদি ওাইহাক কপ্পবম্নু মপি ঈন্না হৌরগা কংলবী মায়থোং থাঙ্গত্তুনা ঐথোয়বু য়েংলগা মবোকই। অহুবু হুমিং অহুদদি মাগী মায়থোং থাঙ্গংলকখিদে। পীক্লবা থাউমৈগী মঙান অহুনে অহুগী মথক্তা মাগী মমায় মায়থোংহু মালেম্-লৈদা লুকখিবনে মাগী মায়থোংহু উবা কংলমদে, মহাক কপ্পি হায়ববু হীক্ হীক্ তৌরিবা অহু নক্তনা খঙনীংঙাই অম্না লৈরমদে। থোদো অসিদা ঐগী থব্রায় হকচাং পুম্বা হায়ভম থোক্রবা অন্নাবা অমনা কুপখিবগুম মহৌশাগুম্না মহাকপু তুমিন্না য়েংহুনা লৈথোকপা ওমলমদে। ইথঙ থঙহৌদনা কপনীংবা ফাওরম্মী, ঐহাকম্নু কপলম্মী। হুমিং অহুদা ফাওখিবা, নৌখিবা পুকনীং অহুগুম অহুক নৌরকনি থাজদে। ঐগী ইনাক্তা তুমিন্না কমলিদা ইয়াম্বম্নু ঐহাক্নুম্না কপলম্মী, মাগী মপুকনীংদা করি হায়না ফাওরিগদগে হায়বদি খঙলমদে, হংবম্নু ওমলমদে।

মতম কয়া য়াম্না কুইনা ঐথোয় অহুম ফম্নরম্বগে হায়বা নীং-শিংবা থোক্তরে। ওাইহাক লৈরগা ঐনা অমুকম্নু হংলম্মী,

"কম্নিগী ইমানা ঐথোয়বু থাদোক্তুনা শিম্রিবনো ইবোক? শিথিরোই হায়বা য়াদবরনে?" ইবোক্না খুমলম্মী, "অহু য়াম্নবদবু নমানা নথোয় অনীবু থাদোক্তুনা কম্নিগী চৎখিগদগেনে নীংথেম!"

"অহুদি ইবোক করম তৌনা শিম্রিবনো?"

ইবোক্না খুমলম্মী, "মশা ওাক্তহুনা।"

"কম্নিগী ওমলক্তিবনো?"

"ইবেনগী ইবুংঙো ইবেম্না ফরি হায়না অংবু থওইল্লসিগে, হৌজিক মহূ খঙবা ওমখিরোই। মতম চায়রুবা কান্দা ইবেন তাকে। মমা অহূ নখোয়বু য়াম্না নুনা তৌই; অহূবু অশিবা হায়বত্থুদি মচা নৈরি শাকপা নত্তেনে নীংথেম্। ইবেনসু অহূ মঙাই নখোয়বু থাদোকললগা শিথিগদৌবনি।"

হৌনরুবা য়াওদনা তাদগা ঐগনা ঐখোয়গী ইবোকপু কোল্লম্মী, ঐনা হায়রম্মী, "নহাক শিথিহু ইবোক; নহাক শিরবদি ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌগনি?" ইবোক্না মাগী কংলবা মখুৎ অনীনা ঐখোয় অনীমকপু য়েংকা ওইগা কোল্লহুনা, মমিৎ অনীদা পিগী চহুম চহুম শিন্থনা, ঐবু অমুক, তাদবু অমুক, চিংনা চিংনা য়েংলম্মী, য়েংলগা ঐখোয়গী লায়রক্তা হেক হেক চুপলম্মী, "শিথিরোই করিগী শিজরুগনি। ইশু অনীনা নপাঙ্গল চাওবা ইবেনগী মিৎ অসিনা য়েংথিগনি। ইশু অনীনা পোপ্পা শমোক অনীগুম কাংদোং কাবা ঙাইথিনি। মমাইবক চাওরবী নমাগী মকমদা নখোয়বু য়োকলকথিনি য়াশকরবনি।"

মহাক অমুক কপথিরে, মহৌশাগুম মায়থোং থম্বাল থাঙ্গত্তুনা ঐখোয়নীবু য়েংলগা নোকলম্মী, ইচিন-ইনাও ঐখোয় অনীনা মাবু চেৎনা কোল্লগা য়েংথৎলুবদা পিতনা চোৎলবা মাগী মায়থোং থম্বাল মক্তা কন্না শাংকাইররুবা থরোগুম্ তরু তরু উরকলে। অহূ উরুবদা পুকনীংগী অরাবা পুন্নমক কোকথিরম্মী, অহোইবনা হরাওরম্মী।

অওকপা রাখল হায়বত্থুনি ইবোক্না হরাওবহূ উবদা ঐনা হংলম্মী, "ঐবু ইমাম্নবনা লৌরীখাং হায়রগা নহাক্না শাওরিবদি করিগীনো?"

"নহাক্তি শাওনীংবরা ?"

"নহাক্কা শাওরবনিনা ঐস্থ শাওনীংই।"

"নয়াম্বগা নহাক্কা নথোয় অনী নাওযোন শুনা পোকই। নয়াম্বনা নমাগী খোম্নাং মহাও কোক্লিক্তৈদা নহাকপু উথি। নয়াম্বনস্থ অঙাংনিনা নমাগী মতম্বাক্তবু তাদে। নহাক্কি অঙাং ওইরিবৈ নিঙাই য়াম্না চাওই। নয়াম্বদি পোং মমঙ্ পীবগস্থ থেম্বা হেকমক য়াই। নহাক্কা নমাগী খোম্নাং মায়োক্কনা, নমাগী তম্বাক্তা লৈবত্থ নয়াম্বনা য়েংলগা, চঙদি চঙনীং নংনা কপলকনি হায়রবগীস্থ কিবগুম তৌ, মতৌ অত্থদা নমানা য়েংবা মুংঙাইত্রত্থনা নহাকপু গুম্লগা মক্ষম অমদা থমই। লৌবুক্তা লৌরাংগুবা চৎপা মতমদা নচিন-ননাওবু লৌবীহৌনবা কনাস্থ লৈতত্থনা নমাগ্না ঐগনা পুত্থনা হেক হেক চংলি। নহাকী নিঙাই লৌবুক লমহাং দ'খবা থিবা নত্তেদো। থমনিংঙাই মক্ষম অমা লৈতবনিনা নহাখপু নমানা গুম্লগা, লৌরীদা য়েম্পাক্কা কুপ্লগা থমই। অস্থুম্না হেক হেক থম্বা অসিদা লৌ গুমিম্নবা কাংবুনা নহাকপু লৌরীথাং হায়না কৌনৈ। হৌজিক কাওবদা ময়াম অসিনা হেক হেক লক্লয়িবসিনি।"

"তাদবুদি কম্বি হায়না কৌনৈ?"

ইবোক্কা তাদবু চিংনা য়েংলগা অস্থুম্না খুমলম্মী, "নয়াম্ববুদি কনানস্থ মখিং খোনথিদে। ইবেম্না কৌরিবা খৌবা হায়রিবসি মঙায়রনা। হেক পোকলকপদগী হৌনা নহাক্তি নয়াম্বা অমিগী লমন্ তোল্লকলবনি?"

"কম্বিগী?"

"লেপ্পা কোয়না কাকৈ কাকৈ চংলকপা, ইমা পাবা হায়রবমকপু

থোকক্লাব্রিইঙেনা, নহাক্না নমাগী মতম্বাক মুনবীরকলে। ইশুনা তঙক তঙক য়েংহুনা নহাক্না কপলকনি কিবদগী নমাগী মতম্বাক্তা চঙজবা ঙমখিব্রবনি। পুংকক চাওরকে কৈখেনদগী ঙমোক অমত্তং লৈরকপদা নংনা নখুৎ অনীদা নাম্মা নাম্মা পায়ত্রি'মথৈ কপ্পা তোক্তে, নবুংঙো অসিনা মচেৎ অমত্তং পায়জরগা হেকমক পেল্লি; করি করিগুম্বদা নহাক্না উগনি হায়হুনা লোম্না পীজবা ফাও, নহাক্না কপ্পকপদা চাও হায়বা য়াদবমথৈ নঙোন্দা পীথোকই। নহাক্না লৌয়ীদা তুম্মগা নয়াম্বনা নংগী ননাক্তা ফমহুনা শঙই। অসিদগী হেনবা করি লৈরি? নয়াম্বগী লমন্ নহাক্না অমুক শিঙবা ঙমলয়োইদৌবনি।"

থুমলম্নগা কাউথোকলুরবা চাকথুমলোমদা ইথোক্না য়েংথোক-লম্মী। য়েংথোকলুরগা ঐখোয় অনীবু "লাকও চাক থেঙপ্রনি, হয়েং শঙ্গেনবা চৎপা থেঙলগনি। হবেন চাক থিদোকলুরগে।" হায়রগা চাকথুমলোমদা চঙখ্রে। পাক্লবা লাতোন অমদা ইবোক্না, তাদগা. ঐগা ঐখোয় অহুমগীনি হায়হুনা হুতি হুমিং থুদিংগী শেম শাবগুম শেম্নহুনা চাকথুম্নাংদা পুথোরকই। ইবোক্না হায়-গুম্নহুনা হেক ফমথনহুনা চাবা থকপা হৌগৎনবগা তাদনা ঐগী শরুকনি হায়হুনা ঙা মহুম অনী অহুম লৌথরগা ঐগী মাংদা থমলম্মী; মহানমথৈসু অহুম্না অহাও অথুম চামিন্নবদা ঐগীনা হান্নবা থুংবীরগা মহাক্তীনা ক্ষোয়া লৌবা ঙাক্তনি অহুবু হুমিং অতুদদি থোদৌ অহুনা ঐগী পুকনীংদা চৈনাখোল অমা ফাওহনখিরম্মী; ইবোক্না হায়খিবগুম অওইবমক ঐগী ইয়াম্বগী লমন্ ঐহাক তোল্লবনি হায়বসি খনবা হৌরম্মী। অসিমসু নীংশিংলকই, ঐনা করিগুম্বা ঙা মহুম অনী

অহুমত্থু লৌশিন্দুনা চাত্রবদি ঐগী ইয়াম্বা ঙা চাবা ঙম্মোইদৌরি, মসি মহৌশাদগীনি। ঐনা খঙ্গাননা লৌশিনবা অত্থুদা মহাক্না ঐবু মুম্না য়েংলম্মী, ঐনস্থু য়েং[illegible], [illegible] মিৎ চাম্নম্মী: ঐখোয় অনীগী মিৎয়েং ভাইহাক্তংগী ওইনা লৈথোক্লবা ঙম্নমদে: কনম্না মীৎয়েং অনীত্থু হন্দোকনখিবগে হায়ববু ঐনা খজিক্তং নোক্ল্লবদগীনি। মুখিৎ অত্থুগী থোথোক নীংশিংল্লগা হৌজিকস্থু তুজুং মাঙ্গুংই, করিগীনো হায়বা য়াহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদে, থম্মোয়গী য়ানি, কাউঙদ্রবা!

থোথোক অসি ঐখোয়গী ইবোক্না উরমগনি খঙলমগনি হায়বা থাজদে। মহাক্তি মতম অত্থুদা উনবগী পাঙ্গল য়াম্না শোম্লবী মীওই অমা ওইরম্মী।

অসিগুম্বা মুমিদাং অমা অমুক লাকখিদে্র, অত্থুনা অহানবনি অমস্থুং অরোইবনি। ঐনা ইয়াম্বগা অস্থুম্না মিকুপ অমা ফানা থক খাদোক্লদনা হৌমিম্নরক্ই। ঐখোয়গী ইবোক্না ঐখোয় অনীগী পুম্নমকনি। পাকচাওই হায়রিবা তাইবংপান অসিগীদি লায়রত্থুনা পীকথ্রবা কৌক্রক্ খুন অসিগী মী অমাফাওবা ঐখোয়গীনি হায়জ-নীঙাই কনা অমত্তা লৈতে, ঐখোয়গীদি মীকোক অহুমতগী তাইবং-পাননি। অত্থুক পাকথোক শন্দোকেলকপা হায়ববু খুনগী শঙ্গাবুঙ, চেম্না চোংনা শান্নৈ হায়বগী য়ারৌদ্রবী, চরোৎ হারু ফুকপগীস্থু শাওরক্রুবী, ইচিও-ইনাও ঐখোয়গী পুম্নিগী মিকুপ নাহুম খুদিংদা মাগী মথাম্থুংদা শাম্নহনখিবী অসি মঙাই। শঙ্গাবুঙদা ঐখোয়না পুরকপা শনবী শম্নাওশিংগস্থ চেংনা লুনদি তিনৈ তোংনৈ হায়ববু ঐখোয়বু থাদোকুনা চংখিবস্থু কোঙ্গায়নি। কনা অমত্তা অরেম্বা

অসিনি হায়বা লৈরমগ্রে।

করম্না হৌখিবনো খঙহৌদে, খুনগী শঙ্গাবুঙদা "অর-ভিতি" হায়না চেম্না চোংনা শাম্নরম্বদগী তাদগা ঐগী ঐখোয় অনীমক লৌবুক্তা কুমহুনা শনপোং লাঙ্গোন মাংদা থা, লাঙ্গোন য়োংলম ফাং, য়োংলৈ নোংথাংশা, লৌরাংগুবা মতাং য়োরকই। থবক অসিবু ইবোঙ্কা পায়মচংনি হায়না তাকপীরম্মী। মসি হেক তাকপীবা খুদক্তা ঐখোয়গী ইপাবু কনানো হায়বামা পুকনীংদা ইথস্তা পাউহংজে। ইথস্তা অনুকস্থ খুমজখি, লরাইগী লাইরা চুদংনরবা লৌরাংগুবা, কনা লৈজদ্রবা মচাবু য়োকপী থাকপীরমদ্রবা অমনি। অহুবু কনানোনে? মমিংনা করি কৌই? মশক্লা কমদৌই? লৌরোম্নবা লৌবুকলোমদা য়েংথোকলবদা পায়মচংপু ইল্লিবা মথোয়বু উরম্মী, মথোয়স্থ লাঙ্গোন য়োংলম ফাংলম্মী। লৌগী লৌরীথক্তা, চরোং-হাবুং অমদা, অহল ওইরবী মুবা শমগ্রেং উদ্রবী, শীঙেল লৈশক শাম্লবী, তাইবংপানগী অচং চত্তা পুম্ববু মথাম্নুংদা কোনশিনগে লাক্লবী 'মতম' কৌবী ইচেলগী তোর্ব্বান্দা মশু'নীগী কুম্মৈ য়েংখিনি ফমলিবী, নোংমা অহুদস্থ ফম্লম্মী। খঙহৌদনা হৌরকখিবা য়াফম অহুনা ঐগী ইথৌ পাঙশিনবা ঙমলমদে। লুমথ্রবা য়াথনগী পোংলুমনি। উখিম্নাম্লে অম্নুম্বা অরুম্বসে ইবোঙ্কা! অস্নুম্না লাউরক্লম্মী,

"ইবেনগী নীংথেম নয়াম্বগী মতৌ তম্মুশা!"

য়েংথোকখিবদা তাদদি খুত্তা পায়বা শাজৈনা নোংমদোন তম্না হায়গং, চিন্ন অর ভিতি হায়না লাউ, শমোক লাবা পাবোত্তু পুংবা চানা লাঙ্গোন য়োংলম ফাংলম্মী।

ঐগী ইয়াম্বদি ঈশিংনা ঈমায় পানা চোম্লবী ঈপাক্তী মশকনি,

ঈথক ঈপোম হৌবা উরমদে। ইবেনবোক্না 'নয়াম্বগী মতৌ তম্মুশা' হায়বসি মুম্নিৎ অদুতগী নত্তে, মতম অয়াম্বদনি, হৌজিক্তদা নীংশিং-লকই। কল্লকই মতম অদো, কল্লকই ঐগী ইয়াম্বা অহুবু! ঐনা ইয়াম্ববু হেক উরুবদা শাওনীংলমই, ঐনা খল্লম্মী, মহাক অসে ওম্বোকপা মীওং হায়বহু ওইরে, ইচিন-ইনাও ঐখোয় অনী অসিবু কনানো হায়বা ফাওবা থিজিনদে? অমুকস্থু ইথম্তা খল্লম্মী, মহাক্তি মসি পুম্নমক খঙলম্বস্থু য়াই, খঙলদুনা মপুক তপ্পা লেল্লম্বস্থু য়াই; অদু ওইরবদি ঐহাক অসিবু মনাও নক্রবরা, ঐঙোম্দস্থু তাকপীবা য়াদব্রা!

ইবোক্না মরোল অমা চৈরক থাংলকপনে ঐহাক তাদগী মতুং ইন্দুনা বাখল অহু তুংওই থমলম্মী, থবক শুবদা থবায় য়াওশিল্লম্মী। কোরৌনা কোক্তোন লোমনীং লোম্মাং তৌরকপা অদুবাইদা ঐখোয় থবক থারম্মী। অয়ুক চুপ্পা বারুরবা শন পাবোৎ অনীহু হোইগত্তুনা য়ুমলোমদা কারক্লম্মী। য়ুম য়ৌরক্লগা ঈরু মায়থজথোক্তুনা মুংশা মৈশা থাংবা ওইনা পোথারম্মী। ইবোক্না মুমিদাংগী চান থরুবা য়েঙশ্রগনি হায়দুনা ইখোললোমদা চঙখ্রবা মতুং, ঐখোয় অনীদা ঙায়রবদা ঐনা হৌদোকলম্মী,

"তাদা! ঐহাক রামা হঙ্গে!"

"করিনো?"

"নহাক ঐখোয়'পাবা খঙহৌব্রা?"

"খঙহৌদে।"

"অশেংবা খঙহৌদবয়া, খঙহৌরবদি!"

"খঙহৌদে অওইবা।"

"অদুদি ঐখোয়' ইবোক্না হংসিদো!"

"নংস্থু খঙনীংব্রা ?"

"নংস্থু খঙনীংব্রা ?"

"খঙনীংই, ঐখোয় ইবোক্কী মতৌ অসিদনে।"

"ঙসিদি ঐখোয় অনী চঙহুনা হেক্তা হংলসি।"

"হঙঙ্ৰগা মানা কপকদৌসি উবদা হংনীংদ্ৰবনি। নোংমা অমা ঐনা হঙঙ্ৰবনি।"

"ঐখোয় ইবোক্তা ?"

"উম।"

"মানা করি হায় ? তাকউ য়াদ্ৰা ?"

"অহানবদা তুমিন্না তারম্মী, য়া অমত্তা খুমলমদে। ঐনা অমুকস্থু হঙঙ্ৰবদদি মমাম্ন ওস্থোকখি অহুগদি কপ্লুনা লৈরমলে। মানা কপ্লহু উরগা ঐস্থ মকম য়রাং খঙদনা কপনীংলম্মী। ঐখোয় অনীমক কপমিন্নরম্মী।"

য়ারী তম্না তম্না তাদম্মী মমিৎ অনীমক্তা ঈরা চেল্লিবহু ঐ উরম্মী। করিগীনো খঙদে ঐস্থু কপনীংলম্মী তৌইগুম্বস্থুং খঙনীংবগী অপাম্নিহৌবহুস্থ থিংবা ঙমলমদে; ঙমদ্ৰহুনা ঐনা অমুকস্থ হংলম্মী,

"নংগা ঐখোয় ইবোক্তা অমত্তনি। য়া অমত্তং হেক হংবগা হেক্তা কপকদৌবা ! হায়রোসে ইবোক্তা করি হায়খিবগে ?"

তাদনা খুমলম্মী, "ইবোক্তা হায়রম্মী, নমাবুদি স্থুংশিদ্ৰা খঙনীংদ্ৰা ? ঐনা হায়রম্মী, ইমানা হেন্না স্থুংশি অহুবু ইমাদি নংনা অমুক উরয়োই হায়খ্রে, পাবগী য়া অমুক তাকউ। য়াহু তারগা ইবোক্তা তাকলম্মী, নংগী পাবস্থ নমাস্থ অমত্তনি, নং পাবগী য়া অমুক হংলগস্থ।"

"ইমাগা পাবগা অমত্তনি হায়বা ?"

"উম অহুম্না হায়খি।"

"অহুদি শিখিরম্বা তারে পাবসু।"

"অহুবু শিখি হায়দ্রিবা করিগীনো, ইমাদৌনা ?"

"হোয়দা হেক্তা হংলসি।"

ঐখোয়না রারী শারিবৈদা ইবোকসু চিঙৈ হল্লক্‌না ইমুংদা চঙশিনখি। মুমিদাংগী চানথক্লবা শেম শাগদোবগী হোৎনরিবমাল্লে। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক অমুক হৌনরুদনা ইমুং মন্নুংদা চঙ-মিল্লরম্মী, চাকখুম্মাংদা পুন্না খাৱাং লেপ্লম্মী। ঐখোয়' ইবোক্লা ইওক ওক্লা ঐখোয়রোমদা য়েংখৎলম্মী, মাগী মায়খোংতু উরুরগা ঐগী পুকনীংদ। ঈখোলাংবতু শরুক্ চাম্মা চাম্মা হেল্লা ঈথক ঈপোম ঙৌরকলম্মী, তৌইগুম্বসুং চিন-থোক্লা হংলুনবগী ইখৌনাসু অহুগুম্বা শরুক অহুমুক ময়েং তাথখিরম্মী। ঐনা হেক লৌশীং তারকঙৈদগী ইবোকী মায়খোংবু পুংয়ান চানা য়েঙভ্রবা হায়ববু মুমিৎ অহুনা অহানবা ওইরমগনি। তাদদি ঐগা অম্মুম লেপমিল্লরম্বদগী হন্দোকখ্রে; মহাক্লা হান্দাকথ্রবদা হাম্লনা শোম্থ্রবা, মমি শাম্লবা ঐগী খৌনাসু লৈমায়থক য়ৌনা মরু লুকখিরম্মী। চিঙৈনা ইবোক্লা হংলকলম্মী,

"করিনো নখোয় অনীনা খাৱাং লেপ্লম্লগা নয়াম্বনা হন্দোকখিব্রো ?"

ঐহাক পাউথুম হেক পীবা ঙমলমদে। অমুকসু ইবোক্লা মথা তারম্মী, "করিনো নচিন-ননাও থৎনরব্রা ?" ঐনা থুমলম্মী, "থৎবদে।"

"থৎনদ্রবদি করিগীনো নখোয়না ঐগী মাংদা পুল্লপ চঙলক্লিবদি ? ঐনা থৎনসু হায়দ্রা নখোয়দা। নখোয়দি ইবেনবু মুংশিদমাল্লে।"

"খৎনবা নত্তেয়ে, অওইবা !"

"অদুদি করিগীনো ?"

ঐগী মাওথ্রবা থোনা অমুক হন্না হল্লকবগুম ঐনা অস্নুম্না হংলম্মী, "তাদগা ঐগা বা অমা হংগে তৌবনি, নত্তোন্দা।"

"হওডুনে হওডুনে, করিনোনে ন'চিন-ননাওনা হংদৌরিহ্'বো ?"

"অদুবো, ঐখোয়'পাবা !"

এঙ্গাং শেমলম্বদগী ইবোয়া খংপ্রেক খংনা য়েংখৎলম্মী, ঐত্তোন্দা শংত্রিক য়েংলম্মী। ঐহাক মথা তানা হংথবা ওমলমদে; লু-লুকথহনা মাপী মিৎয়েং অদুদগী ইথত্তা লোৎকে হোৎনৈ। মহাকনা হায়রম্মী,

"করি হায়বা, পাবা হায়বা ?"

"উম্।"

"কৈদৌরবা অদুগা ?"

"কনানো হায়বা ?"

"নখোয় পাবা ? মহাকসু, মহাকসু চৎখ্রে, অমুক লাক্লরোই ! লাক্লরোই। তারিত্রা নীংথেম, নয়াম্বদসু, অস্নুম্না হায়য়ু, লাক্লরোই।"

শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না খুমলকইদি হায়ববু য়াম্না চেকশিন্না শেমশানা হায়রকপা ওইনা ঐনা তারম্মী। ঐনা য়েংথোকউবদা মহাক্কী মায়থোং লৈথা ওন্থরমলে, পাউথুম পীরিবৈ অদুদসু মায়থোং থাঙ্গৎলমদে। নাকোং অনীমক্তা তারিবা মপাউথোল অদু থম্মোয়-সুংদা চওশিনখিদি হায়ববু ঈশিং মমুংদা চারিবা ডাগুম ফাগে হোৎনবা ইডম ওমদবগুম তৌরম্মী, খলহৈদবা নত্রা মসিবু ! ঐহাক ইথত্তা মফম অদুদা কুইনা লেপ্পা ওমলমদে; পাবগী মুংঙাইতবা পাউ অদুগীদি নৎলমদে। য়াম্না লোন্না মফম অদুদগী থোকলকলম্মী; মাঙ্গোল হেক য়োৎরকপদ্দা ঐখোয় তাদসু লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক্না হংলকপসু

নত্তনা ঐনা অসুম্বা পাউখুম পীরম্মী ।

"চংখ্রবনিদনা লাক্লরোই হায়দুনা ! হল্লকপা ম্মাররোইদৌবা মকম অদুদা ওইরমাল্লে।"

খুম্মুরগা ঐখোয় অনীমক তঙক তঙক য়েংনরম্মী ।

করম্মা মতেক থরগী মতমদু লেনখি খঙহৌদে; ইকুই কুইদনা ঐখোয় অনীমকপু ইবোক্লা চাক চাররো কৌরক্লম্মী। মহৌশাগুম্মা ইবোক্কী নাক্তা চঙশিন্দুনা ঐখোয় অদুম্বক চামিন থকম্লিন্নৈদি হায়ববু অরুম্বা পোৎলুম পুবগুম হকচাং অসি অফা অপুন্নরম্মী; লাম্হোক্কে ইঙম ঙমদবা নীংজিং মাংজিংনবগী খুরৌ অমা থাংলম্মী। অঙইবমক ওম্হোক্লা ইরায়বক থীরবা ইচিন ইনাও ঐখোয় অনীনি, ইমাদৌম্না মশক খঙহৌদ্রে, পাবদৌরা অমুক হল্লক্লরোই চংখ্রে হায়রে। শিখিবা ওই-রিদ্রা অদুম্ব খঙদে, ঐখোয়গী হায়ববু, অহল ওইরবা, ইমাবু পোককী, ইমাগী শকুম লৌরিবা, ঐখোয় ইবোক অশোনবা অসি ম্ভায়রক্লোই !

অদুবু পাবদি হল্লকলরোই চংখিবনি হায় শিখি হায়বমক্তি ইবোক্লা হায়দে, মকম কদায়দা চংলমগনি ? হোয় অমবু ওইরবম্মু অমবু ওইরবম্মু হল্লকলরোই চংপ্রবনিনা শিখিবগা পাংথকম্নি। অদুবু মচা ওইবা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চংথ্রিবদি করিগনো, ঐখোয়বু করিগী অদু য়ৌনা নিন্দা তৌরিবনো, করিগী অদুপ মুংশিহৈত্রিবনো ? ঐখোয়না কম্নি লানথিবদগী অদুপ থীনা শাওথ্রিবা ? অমুত্তং উম্নবা ফংলবদি রাহুং অসি মাঙোন্দা হুংলম্বা ম্নাই অদুবু [illegible] কংগনি মহাকপু ? অমুকম্ম থলম্মী, ঐখোয়বু মুংশিদে চংপ্রবনি, [illegible] অমুক তাল্লুবগী করি কাম্নরি ?

অহিংচুম্মা ঙুম্বা ম্নারমদে, অচুম্ন চুমদগী ম্নাথম্না [illegible] তত্তনা লাম্হেংনরম্মী। ইবোক্কী মকমদা অরেম্মা অমা অমুত্তং [illegible] থল্লম্মী।

হায়না হায়না হৌখিরব্মী মতম, ঙসিগী মমি হয়েংগীদা চঙশিনখি, হয়েংগীনা হৎচিংকীদা। চংখিসন্ন হায়বসু খল্লমদে, তাম্নগেসু থক হোৎনরমদে। ঙসিগী কোরৌনা চায়খ্রগা অমম্বা অহিংগা অহুম য়াতাপিরে, অহি গী অমম্বদা অমম্বা অমদা কুমথহনা অহুমক মরেল্লম্মী ? মথংগী অপানবা কোরৌগা চেৎনা চান্ন লেঙ্গোম্লনা, নোংমনা খুনগী শঙ্গাবুঙদা, নোংমনা লৌরক পাক্ষেন হুম্না, নোংমনা লমদম তান্না উঠ্রিবা ভম্পাক লমদম থাহনা, লোইরোই লোইরোই কাপ্রিবা লোইবী চীংমায় কাহনা, পামেল শিংজা-লাং অসুন্না তাওথমিন্নে।

ঐখোয় অনীনা পাবগী রা হৌদোকলুবা মতুং অসিদা ঐখোয় ইবোঙ্গী রাঙাং শাজৎ খরদং হোংখিবগুম উরম্মী। মথম্তা হেক লৈবগা মায়খোং লৈদা লুক্কুনা, মিৎলু অনীদা তরংগী লাইক শিন্নখি, লোম্না লোম্না। ঐবু উরগা কগুশিন্ন শানা হরাও হরাও হেক লৈরম্মী, ঐখোয়না খিক্তংদং মায়খোং লাংশিনবা উবদা মহাক মশা মতেংমতা লৈভম খওদবগুম ভোরম্মী, করি কন্নিগুম্বদা মহাক্না মচিন খোক্না হায়খি, "করিগীনো নচিন-ননাওনা অহুপ মুংসুক মুংজানরিবা ? পিতৎ পাতৎলে হায়হনা কনানা লাকচবগে, ইবেন শিত্রিনহায় থোবা !" মাগী অসিগুম্বা শাজৎ রাঙাং অসিনা পুকনীংদা চিংনরম্বহ ঐখোয়না লাল্লত্রা হায়নসু খল্লম্মী, ঐখোয়গী পাবসু ইমাগুম্না লাইরৈবাক ভানগ্রমাজে হায়বসি থাজরম্মী। অওইবমকসু শিখিবা নত্তনবু মপানা মচাবু থাদোকপীবা হৌনত্রা ?

নোংমা নোংমগী কুমওন থাওন ওক্লকপগা লোয়না লোয়ননা রাকম অসি অসুমক মমি শংমল্লু, চিংনৈ হায়হনসু চিংনফদবা রাফম অমনা ঐখোয়গী পাবা কদায়দা লৈখ্রে খওদবা অহুনি, শিখিবা

নত্তনা করি ওইগনি। রাফমহ্ন অমুক হন্না হঙ্লমদে নোংমদি অথেংবা অহিং অমদা তুম্মুরবদগী ইবোক্কা হৌদোকলম্মী। মিং পাংথোকলকপদা ইবোক্কা হায়রম্মী,

"নখোয় অনীবু তাব্রা ইশুশা, শন চঙলে লাউনরিবসি?"

ঐদি তুশ্বদা খরা পুমগল্লি, তানা তানা ইহৌ হৌগৎপা ভমদবগুম তৌব, অসি মহৌশাদগীনি। অমুকস্থু ইবোক্কা হৌদোক্লম্মী। তাদগা ইবোক্কা মখোয় অনীনা ইশাবু নোম্বনে ক্কৌবু কৌবনে ঐহাক হৌগৎলম্মী।

মুশুক মুবা অহিংগী শক্তমনি, তাংলৌ মতাং ফনা য়াম্না লৈশিনখ্রবা তাঞ্জানি। ঐখোয়গী অরাং থংবদা "অসোমদা চঙখ্রে" "থংলু" "হাইদোকউ" হায়না অমগা অমগা লোনশিন্ননা লাউনা খোংনরম্বহ্ন তারম্মী। ইবোক্কা চিঙৈনা ইমুংদা চঙখিহ্ননা উচান মৈরা অমা লৌথোকলুরগা ঐখোয় অহুম্মক লাউনরিবা অদোমদা ইবোক্ক মাংখাহ্ননা চঙশিনমিন্নরম্মী। ইখোল লোন্নবদা লেপ্পগা ইবোক্কা হংলম্মী, "হা ইবেম্মা কনাগী শন্নো? কদোমদা চঙখ্রবগে?" অরাংগী ইনেহন্না খুমলম্মী,

"কনাগী ওইনি, মহৌশাগী হানৌ মতমদা হেক হেক লাকপহ্ননি।" হায়রিঙৈমক্তদা ঐখোয়রোমদা চোংশিল্লকপগী শউম তারম্মী। ইবোক্কা মথস্তা, "ওস্তোকপনিদকো মুংখিন মুংমাংদস্থ নত্তনা কমদৌনা অস্তুপ থেঙলবা অহিং অসিদা লাকলিবশিকো!" হায়না শোস্থাংননা শোল্লম্মী; শন্না চোংশিনখিবা অদোমদা চঙশিল্লম্মী। চঙশিনখিবদা মনিংগী চু ফৈদোম অমত্তং তাদগা ঐগনা হৈতা হৈতা থাখিবা অহুগী মনাক্তা, হুপ-লাং খরা হৌরিবা লম

মচেৎহূদা থাঙ্গোম্না থাউবগুম শজিক চারম্বা থেঙনরে। ইবোক্না মীরোন খণ্ডবদৌনা হায়রমই, "অঙাংবী লাকও-লাকও চুরক অহূদা চঙভ্রগম ! ননাও অনীনা য়ানা থাজগ্রবনি।" কৌরুবদা ইবোক্কী নাক তাম্না পরপ পরপ লাকলম্মী। ঐথোয়গী ইনাক য়োরবদা শনগী মণ্ডক্তা কোম্ভোবী অমা হুক লিবহূ ময়েক শেংনা উরম্মী, ইবোক্না থৌরাহূ পায়হূনা ঐথোয়গী শঙ্গোন তাম্না পুরগা অম্বুন্না তাকলম্মী,

"চরু চনাই থয়া লৈবহূ চাহূনা অহূম লৈরে। মীগী ইঙ্খোন্দা কৈদৌনা চঙভ্রি?" ঐনা হায়রম্মী, "থৌরী অমা পুনশিন্দ্রবদি চৎখিরোইদ্রা? কনাগী শঙ্গোনে ইবোক?"

"চৎলোই চৎলোই। চৎখনুকো অঙাংবী।"

শঙ্গোন্দা অহূম হোয়জিল্লমগা চঙলসি হায়হূনা ঐথোয়বু অমুক ইমুংদা পুশিনবীরম্মা। তুমনীংবনা মুশখিহূনা ইবে কপু ভারম্বনা ফমুংদা অহূম চঙল্লম্মী। হেক য়াহৌরকপগা মুনিদাং হোয়জিল্লম্বা শনহূ নীংশিংকল্লহূনা ঐনা শঙ্গোন তাম্না চঙশিল্লম্মী। ইবোক্না হায়গুম্নহূনা মহাক শঙ্গোন্দা, থৌরী ইপুন পুন্দনা, ইরেং লেংথোক্তনা অহূম লৈরম্মী। ঐনা অম্বুম নীংশিংবদা মহাক ঐথোয়গী অসিদা অমুক অনীরক লাকখ্রবমাল্লে নীংই অহূবু তাংদাংবদি হায়বা ভমদ্রে। মাগী মতৌহূ উরগা পুকনীংদা শনহূবু ওম্ভোক্না মুংশিরম্মী চঙশিন্দুনা মথাদা নাল্লম্মী। ইবোক্তি ঐথোয়না য়াহৌদ্রিভৈগী মমাংদা হান্না হৌগৎলম্লে। ঐনা শঙ্গোন্দা লৈরিভৈদা ঐথোয়গী খুনগী মাম্ম চাওয়াইমাবু কৌবা চৎলুবমাল্লে, মখোয়না হল্লকপগা তাঙ্গা চাম্নরম্মী। মখোয় অনী চঙলক্লগা ইবোক্না হায়রম্মী, "নহাক্না অমুক্তা

য়ৌহনবীকচে ইবুংঙো। ওরাং অহিং অংথংবদা মীগী ইথেংন্দ চঙংঙ লাউনরকপদগী ঐনা কৌশিন্দুনা থমলিবসিনি। কা চানবা ইনে পৈশা পীগে। হৌজিক ভাইহাক্তা য়োহনবীকচো।" চাওয়াইমাস্থ হোয় হায়না য়ারম্মী। ইবোক্পা শন অচুদা অমুক, "চৎলো চৎলো, কৈদৌহুনা অমুক লাকইবনো। থক লাকহু হায়দা নংবো ঐনা?" অসি হায়রগা চঙশিনখিহুনা থৌরাঙ্থ পায়হুনা চিংথোকপীরে, মাস্থ ইরেন অচুম য়ারম্মী। করিমত্তা নীঙাই শাংদানরমদনা মাস্থ চাওয়াই-মাগী মতুং ইন্নহুনা থোকখিরম্মী। ঐনা মাগী মতুংদা থোঙ্গাল কাওবা ইন্নরম্মী, ইবোক্পা কৌশিন্দুনা অমুক লৈ রম্মী।

ঐখোয় অনীদা মঙায়হোৎরবদা ঐনা হংলম্মী, "কনাগী শম্মো ওম্মোক্পা মুংশিগ্রে।" ইবোক, "উম কৈদৌহুনা লাকইবনো থঙদে।"

"কনাগী শম্মো ইবোক?"

"মীগীনিদা, নহাক অসি ওম্মোক্পা হংগনগ্রে।"

"মুংশিনে।"

"মীগী মপোৎপু মুংশি হায়রগা হেক য়াব্রা?"

"অহুবু কনাগীনো হায়বা?"

"মীগীনি হায়রিবসিনি।"

শাওনা থুম্নরগা ইমুংলোমদা পরপ পরপ চঙখিরম্মী। মহাক্পা শাওনা চঙশিনখিবহু করিগীনো হায়বা ঐহাক ভাব তারমদে, অহুবু শন অচুগী মপু য়োনা তাকপীনীংদে হায়বগী পুকনীংদা মু ভাইৎবা অমদি পোকলম্মী। মুংভাইতবা অসিগী মথক্তা শন অচুনা তৌরম্বা শাজৎ অহুনা অমুকা হেন্না মুংভাইরমদে, ঐহাক কোম্মোংপাম্লোমদা চেম্মোকলম্মী। কোম্মোংদগী ফনা য়াম্না লাপ্পা মাস্থ চাওয়াইমনা হোইর-হোইরহনা পুরিবহু য়েংহুনা ভাইহাক কেপ্পবগা ঐহু লাপ্পা

মাগী মতুং অতুম ইন্নরম্মী। ঐখোয়গী থুনগী শঙ্গাবুঙ য়োরে, শঙ্গাবুঙগী ময়ায়দা শমতুনা চৎপ্রবা লম্বীদ মথোয় পরপ পরপ চৎমিন্নরম্মী, ঐনা থল্লম্মী, 'শন অসি ঐগীনি হায়তুনা লোইজবা ফংলবদি মুংঙায়থ্রনিদা।' শঙ্গাবুঙ হেন্দোকপ্রে, থুনগী লম্বী লাম্বোক্তুনা সরক মচৌব ভাগদৌরক্লে, মফম অসিদ্রাইদা শমতু চংলু হায়বা য়ায্র মাল্লে মাম্ম চাওয়াইমানা শাকৈনা অমুক অনীরক ফুরম্মা। মাদি ফুরগা চৎকবরা হায়বদু লম্বীগী ময়ায়দা লেপ্তুনা নীঙাই-দনা লৈথোকল। মশিং হায়বা খঙদনা চাওয়াইমানা ফুরম্মী— অগাংবা শম্লেনবুং শেৎ শেৎ হায়বা চৈথেংপ্ন ইনিল নিল্লম্মী। মগী মশাদা ফুরিবা চৈথোন্দু ভারগা ঐগী ইশাদা ফুবর্গমা ঐহাক মুংঙাইরমদে; ঐনা লাউরম্মী, "মাম্ম ফুবীমুবা!" ঐনা লাউবতু অহানবদা মহাক ভারমদে, মাগী মনাক তাম চংশিন্দুনা অমুকমু হায়রুবদা মহাক্তা হায়ররুম্মী, "করিগী ফুদনি, চৎলু য়াদ্রবুদি?"

"অসায় মথৈদি মহাক নিঙাই তৌরমদে মহাক চৎনীংদতুনা তৌরিমাল্লে।"

মহাকমু বিড়ী মতেক অমা চমথকুনা ঙাইহাক লেপ্লম্মী। ঐনা হংলম্মী, "কনাগী শম্লোনেসিবো?"

"আ-চা য়ুম্ফালদগীনি।"

"করিগীনো মানা ঐখোয়গীসিদা লাকলিবো?"

"পীশক পীক্লা মমানা পুথিবনি, মনা কুইরবনি লাকখিদবা, মনা হেক শিখিঙৈদগী।"

"মমানা কৈদৌতুনা পুখিব্রবা?"

"মমা মচামক অউন, আ-য়োম্বোকখিবা।"

"অউন হায়বদি কৈনো?"

"য়োম্থোকখিবনি হায়বা।"

অসি হায়রম্লগা শন অতু অমুক হোইগংকদোবগী চৈ থাঙ্গং-লম্মী। শন অতুনা খাংবম্খৈ খাংলম্লগা চত্ত য়াদবগী নাওংগুম্না য়াম্না চংনীঙদনা মখোঙ থাংলম্মী; ঐস্থু মখোয়গী মতুংদা তম্না তম্না ইম্নরম্মী। মতেক থম্না চংলগা চাওয়াইমানা ঐবু য়েংলগা, "নংদি কদায়দা চংকদোরিবা? ঐদি আ য়ুক্ফাল য়োগদোবনি। নবোক্লা মুংশাথীম্মনি চঙহৌরো," হায়রম্মী। হায়না হায়না ঐহাক অতুংক ইম্নরম্মী, ফনা শাংনা চংলে, তুংদগী ঐখোয় তাদনা কৌরকপা তারম্মী, "হো তোম্বা ঐখোয় ইবোক্লা চংখিমু হায়? হো তোম্বা!" চাওয়াইমানসু, "ঐনা অসাইনা লৈহৌ হায়ত্রা নঙোন্দা," হায়রক্লম্মী।

হন্না য়েংথোকখিবদা ঐখোয় তাদনা ঐগী ইনাক তান্না চেল্লক্লম্বা উরে অতুবু ঐহাক অতুম লেপ্তুনা লৈরম্মী। শন অতুবু কৈদৌহুনা অতুক মুংশিরিবনো থঙদে, হায়দোকফম্রবা, তাকভন থঙদম্রবা রাখল অমনা মানা ঐবু পুল্লম্মী, মাবু ঐনা পামলম্মী, মুংশিরম্মী। তাদা য়োরক্লগা মুংশা থবেং থবেং হোম্ন ঐগী নাক্তা লেপ্তুনা ইবোক্লা কোম্থোংপান্দা ঐবু ভায়হৌরি চংলসি হায়রম্মী। অরোইবা ওইনা মাংদা চাওয়াইমানা হোইত্নম্না পুথ্রবা অভাংবী অতুবু য়েংলগা তাদনা হায়বা মতুং ইম্না ঐহাক য়ুমলোমদা হল্লক্লম্মী। ঐখোয় তাদদি মহৌশানা রা-রান অতুক হাক্লা পংভাং ভাংদে, থবক থানাদা মথরায় য়াম্না য়াওই। ঐনা রারী শাবা হৌদোক্রবদি মহাক পংনা হৌদোকন্দে, নুমিৎ অতুদদি ঐসু রা অমত্তা হৌদোক্লমদে, ইবভানীমক তুংথা মাং-থা তুমিন তুমিন অতুম লাকমিন্নরম্মী। ঐখোয়গী থোঙ্গাল য়োরকপদা

ইবোক্না চৈগু অমা পায়রদুনা ভাইরম্বদু থেঙনরে অদুবু মহৌশাগুম্না মহাক্না য়াদবা থবক তৌবদা য়াম্না চৈ থাংবদু মুমিৎ অদুদদি তৌরমদে। ঐখোয় অহুম্মক তুমিন তুমিন মুমলোমদা চঙমিন্নরম্মা।

মুমিত্তুদগী হৌনা ঐখোয় ইবোকী মশাদা নত্তনা থম্মোয় ফাওবা শোম্বখিবগুম তৌরম্মা। চাবা থকপা কয়া খোইজংখিদে। মুমিৎ তরানি কুম্নীগী মতুংদদি মহাক মহৌশাগুম লৌবুক কুমদুনা ইচিন-ইনাওনা থবক শুবদা কুম্মৈগুম য়েংবিবা তোকখিরম্মী। ঐখোয়না থবক শুবা চংলমদাইদা খুল্লাকপগা ব্রারী ব্রাতাই শানদুনা অয়াম্বা মতম লেল্লম্মী, করি ব্রানো হায়রদি ঐখোয় খঙদে, ঐখোয়দসু তাব্রমদে।

তরানি মঙানি ইঙ্খোল্লুংদগী হেন্দোক্লুবা মতুং অদুদগী মহাক ইমুংদগী মাঙ্গোল ফাওবা লোকখিদে। অয়াম্বা মতমদা ফম্মুংদা হিগুনা মতম লেনবা হৌরক্লম্মী। খুলগী অহল লমনশিং অয়াম্বা ইবোকী নাক্তা লাক্লুনা ব্রারী ব্রাতাই শান্নরৈ। ঐখোয় তাদগা ঐগা ঐখোয় অনীবু মাগী মনাক্তা তোয়না তোয়না কৌশিন্দুনা য়েৎ-ওই ফংহল্লগা মুন্না মুন্না য়েংলগা মমিত্তা ঈরা চেল্লদুনা, "নচিন-ননাওগী থনবদা ইবেনাদি ব্রাগ্রেদা," হেক হেক হায়রম্মী। মানা অদুম্না হায়রগা ঐগী পুকনীংদা অথুকপা অমা পোকলম্মী মরমদি ব্রাঙাং অদু থক ঙাংখিদিবা ব্রাঙাংনি। মহাক্না অদুম্না হায়রকপদা ঐখোয়' তাদনা অহাক্না থেনজিল্লম্মী, "ইবোক লৈরিডৈদা ঐখোয় কনাসু কিদে। ঐখোয়গী নীংথেমসু চাওরক্লে।"

নোংমদগী নীনি, নীনিদগী হুম্নি, ঐখোয় ইবোক ফম্মুংদা য়াতাদুনা অদুমক লৈগ্রে। খুল্লাকপনা লাক্লুনা ইবোকী পুক শুদুনা,

রারী রাত্তাই শাতুনা, মাগী অরাবা কোকহল্লম্মী। তাদনা মতৌ অসিদা মাগা ঐগা পুম্না পুম্না থবক শুবা চৎলমদে, ঐনা চৎলগা মহাক্না ইবোক্কী নাক্তা লৈরম্মী, মহাক্না চৎলগা ঐনা লৈরম্মী। নোংমা মুমিদাং অমদা ইবোক্না তাদদা হায়রম্মী, "ইবেনগী থৌবা, ননাও অসে থক থাদোকনু, লৈকাই মমান্নবগা থক তিম্নহনগনু। মীরা ভাংবা পামজবা খুম্নকনিদো। মাদি অভাংনি, করিমু থওক্রিবা। ইবেম্না নঙোন্দা শিন্নবা পুম্নমক কাউগনু ইবুংঙো। মতম চারক্লবা মতমদা নখোয়গী নথৌ নঙম পুম্বা লাইনা তাকপীরক্কনি। থুল অসিদা খুম্নাকপা নত্তনা নখোয় নচিন-ননাগী অচেৎ অকোম তান্ননী-ভায় লৈতবনি।" অসি হায়রগা মায়থোং মকারাম্না, অথুকপা য়াওদনা অসুম্না অমুকমু মথা তাথরম্মী,

"ইবেনগী পাঙল ময়েং তারকলে। নমাগী মকমদা রাশকথিবা কায়বা তারব্রা থওক্রে। তাইবংপান উয়ান চাক্তিম্নবনি। পুম্নমক অসি থাদোক্লমগদৌরনি। অতুবু ইবেম্না থাদোক্লোই নচিন-ননাও-বুদি। থৌবা! ননাওগী থনবদা ইবেন ওস্থোক্লা রাই। —ইবেনগী নীংথেম নয়াম্নবু থাদোকমু, নয়াম্বগী মতৌ তম্মু, নয়াম্বগী মতুং ইন্নু, নয়াম্বনা হায়বা থক হিক্তোকমু। ইবেম্না তাকদবা লাইবা হায়ববু অসিনি ইবুংঙো। নয়াম্বনা হায়বা ইনবতনা নংগী নথৌনি।"

হায়রম্নগা মহাক তুমিন লৈখ্রে, ভাইহাক লৈরগা মং-ওই হাওই অমুকমু হায়রম্মী, "ইমাগী ইবেম্মা অপাম্বী, ইমাবু কাউরব্রা নহাকপু নচাশিং লৈরিনহায়, ইমাগী নাক্তা ইমাগী সেবা তৌরোলাউনে!"

ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক ইত্তক ওক্লম্মী, তাদনা ইবোকপু কৌরম্মী, খুমলমদে; মশা নোমথুনা হৌদোক্লম্মী, খোমলেন মিকপ

তাল্লকপগুম "থৌবা, মীংথেম !" হায়না, ইবোক্না কৌরক্লী। খুজনীংদা অকিবা পোক্লম্মী। তাইবংপান্দুপুবা-মথক মথা তুমদৌভম খুক্লম্মী। হুমিদাংগী ওহোক্না থ'না লেক্লম্মী। নোংতানকা খ্রিস্তে খুল্লাকপা লাকুনা ইবোকী নাক্তা চত্তুনা মাবু ঙোংবীরম্মী, য়াম্মী শাবা হৌবীরম্মী। ইবোক্না মতেক মতেক হায়রম্মী, "খুল্লাকপা। ইচেম য়াগনি থাজরক্রে। ঐনা নঙে'ন্দা শিন্নবগী হাক কাউগনি।" খুল্লাকপনা খুম্মী, "নত্তু নত্তবা অন্দুনা হকচাং মরোং তাক্লবনি। শিন্নবা শিন্নদবা ঐহাক ইচিন্না য়াত্রেদনা। করিমত্ত থবুমু।"

ঐখোয় ইবোক কম্মুংদা য়ামক্ক তাহুনা লৈত্রে। খুল্লাকপনা ঐখোয় তাদগা লোয়না হেক হেক য়াতায়রম্মী। ঐখোয় ত'দনা ফিজিনা মপি তৈথোকপা ঐহাক উবম্মী। ঐনা থোদৌ অহুদা অকিবগা লোয়ননা করি য়ানো হ'রম্মী। হংলুবদা মহাক্না ঐবু মথ'দা চেৎনা কোক্লগ, খাউথুম পীবম্মী মহত্তা হীক হৈমত্থ কপ্পম্মী। মহাক্না লোয়নম হায়রম্মী, "ঐখোয় ইবোকপু থাদোকপু, মাগী মশা য়াম্না শোক্লে হায়। ঐহাক মাম্ম চাওক্লাইমাহোয়, খুনগী থী কৌরুখিগে।"

'করিগীনো ?"

খুল্লাকপনা মরক থত্তুনা ইপুগী নাক্ত লাউ হায়না, ঐবু কৌশিল্লম্মী, ঐখোয় তাদম্ব অতুম চেনখ্রে। ইবোকী নাক্তা চত্তুনা ঐখোয় ইবোক্তি নীংতাইদনা পোক্‌থারিবগুম মমিং অনী উত্‌শিন্দুনা ফম্মুত্থক্লা শা'না য়াতাবম্মী। ঐনা ইবোকপু হৌদোক্লম্মী অদুবু খুমলমদে। ঐনা ইপু খুল্লাকপদা ঙোংথক্লুবদা "বোরু হু" তাকপীরম্মী।

করিগীনো হংনীংলম্মী, হংবা ওমলমদে। ঐগী খোরী চাম মূলগী, হায়জ্রে খোঙ্গা চৈনাখোল অমা কাউরম্মী। চৈরক অসিদা পুনগী অহল অমা অনী অাদগা লোয়নবা লাক্লী। ঐনা তাদনী মখুৎ পায়হুনা ইবোকী নাক্তা চিংশিল্লি। ঐখোয় অনী ওবা তাইরবগুম মাগী কুপশিরবী মিংঙ্গা থম্বাল অনী পাংখোকুনা ঐখোয়-ৱোমদা য়েংলাম্মী; য়েংলগা-কংলবী মখুৎনা খোম্পাক মথাদা থম্বা পোং অমা থিবগুম খোম্পাক মচিংরামদা মায়ম্মী। খুন্নাকপনা খোম্পাক কাংথংলুবদা কুহি মচুগী শেঙ্গাউ অমা চৈরিবহ উরমুনা মখুৎনা লৌখোৎলগা ইবোকী খুত্তা শিন্নম্মী। ইবোক্লা শেঙ্গাউডু চেৎনা কোল্লম্মী, কোল্লগা ঐখোয় তাদদা পীরম্মী। মাগী মায়খোং তনৌ-তনৌ উরম্মী। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু মিৎকম হোংদ মথৈ য়েংলগা কংলবী চাইরং অনীদা নোংখোঙ কুইবা কুমগী নোংগুম অতাং অথম চৈত্রবা পিগী ঈচেল শিন্দুরম্মী। মিকুপ থরগী মতুংদা মাগী মায়খোং অৱাংপাংথৱোমদা ওনহুনা য়েংলোমদা য়াভারমদগী লোং-খোকে হায়বগুম থজিক লোংথিরম্মী, পুংগাব চানা হেক লোংখোকথিবমতদা খুন্নাকপনা ঐখোয় অনীবু খোকলকই হায়না কোৎখোকলগা ইবোকী মখুদাং মিহুন য়েংলম্মী। য়েংলগা অহনশিং অহুদা হায়রম্মী, "ইনাওশা মপানগী খৌরাং মং-ৎইদোরে করমনো!" ইমুংদা চৈরম্বা মখোয় মরী মতাহ্ মহৈ মহৈ চেয়ত্রে, মখোয় পুমনমক পুমলাও লাওত্রে।

ঐখোয় ইবোক অমুক হন্না কৌবা লাকপা তাথিত্রে, মথিৎ পাংখোক্লকথিত্রে, মখোয় মরাগ্না মাবু মপালগোমদা থাংদোকপীত্রে। তাদগা ঐগনা করি তৌহুনা চৈরবদো হায়বা ঐহাক নীংশিংবা

থোক্রে, ঐনা অহুক মীংশিংবা হায়রবু হুমিং থা থোক্ত্রবা হুমিংতুং পুময় মরুওম উরম্মী, মায়কৈ মপ্পীমক্তা কপ্পবা ঈমাওথোল, নোং মুংশিং হৌরকপওম ডায়ম্মী, মকম ইথত থওদনা ঐখোয় তাদতবু হল্লা হল্লা কৌরম্মী, মাণী মতুং কোইরিন ইরম্মী, ঐহাক কিবনা ইথক্তা লৈবা ওমজমদে; ঐনা লেপ্পিবা পৃথ্বী লৈমায়থক্তু চেৎথায়-মকলৌগুম থোত থাডম থওলমদে।

অহুম্মা ডয়মক চৎখিবোইরে ! তাইবংপান অসি অকিবগী মশক্লি, মসিদি মোংকমনি, হিংছুনা লৈনবগী মকম নৎলমত্রে অরেম্মা অমত্তা লৈরমত্রে, ঐখোয় ইবোয়্ককাও ঐগা তাদগা ঐখোয় অনীবু অহুম্মা থাদোক্লমহুনা বা-ঝাম অমত্তাকাও হায়রমদনা তুমিন্না লোংমা হেক্তা চৎখিগনি, মশক উথিরোই হায়বা করম্মা থাজগনি। মহাক্তি লৈপাক লৈমওম অথাং কনবীনি, মপাজল শোয়রবগু ঐখোয় অনীবু য়াংবাওম কনবীরকপনি · ঐখোয়না থাজরম্মী মহাক শিবা নাই-মোইদোবী, অমাং-অতা লৈরোইদোবী ঐখোয়গী ইবোক্লি। মহাক্না হায়বীখি, ঐখোয় অনীবু মুপথা থাদোক্রোই, অহুম্মা ইমাগী মকমদা ঝাশকখি। ওহোকপনি অশিবা নওোন্দা করি লওজখিবগে, ঐখোয়গী লৈজবা পুমমক অহুম অমমমতা ওইনা পুথ্রিবা !

অয়ুক অওনবা উচেক-বায়াগী 'চে-চা' ঝাদান-হৈদোয়রকপা তাজাদা ইবোক্না, "ইবোকী থৌবা, শীংথেম, নখোয় অনীবু মিকপ থোক্রব্রা?" হায়না হেক হেক হংখিবহু তাম্বিবগুম ভৌরম্মী। অয়ুক্কী চাকলেন চাবদা হুনিদাংগীদা, ঐতোন্দা "নয়াকগীহু য়ে উরহু নংগী হাপলকখিবি" হায়রগা ইবোক্না ঐঙীম্নি হায়হুনা শায়ো মচা অমমম তওনা হাপখিবা, ঐখোয়না হয়াও হয়াও চা-থক্লগা মহাক্না

চৌংজাওগুম ঐখোয় ইচিন-ইনাওবু কুপশেন শেম লৈরম্মী, ঐখোয় ইবোক্কু তাইবংপান অসিদগী মাঙখ্রেকো হায়বসি মিকুপ অমত্তং য়ৌনা কাওখোকপা ঙমলম্দে। হায়না হায়নমক তাদৃগী মরূমদা থুপ্পুনা লৈরিবনি ঐহাক্তি, মহাক্দি করি ওইরম্বগদগে খঙদে। তৌইগুম্বসুং মহাক করি খোইদোকপামা ঐঙোন্দা হায়দোকলমদে; মহাক্কী হায়ববু ইবোক্কা তৌরম্বগুম্মা ঐবু ঙাইহাক্তা য়ৌনা মাগী মিংলম য়াংমদা থাদোকপীরমদে, মাগী মতুং কোইয়িন ইনহল্লম্মী। মহাক্কা ব রিগুম্বা ঐবু থনম্বা তারবদি ইমুংদগী খোঙকাপ অমা চখোকপা য়াদে হায়বসি মশীং খঙদনা তাকপী।

অম্মুম্মা মতম কয়ামা হৌখিরশ্মী, লৌমোক পাম্বা য়ৌরক্লম্মী। লৌলোকপা হেক লোইথিবা মতুংদা, নীনি মরক, হুমনি মরক, ঐখোয়গীদা মশক খঙদবা মী অমা অনী তত্তনা ল'ক্লম্মী। মখোয়না লাক্লগা ঐখোয়না য়াংমেমথৈ উঙবা লৌগী ফৌথোক অতুদুগী মখোয়না ফৌ হেক হেক্ পুখিরম্মী, মমৈথংদা ঐখোয়গীনি হায়বা ফৌ মেরুক অমাফাও লৈহৌরমদে। তৌবগীদি ইবোক্কা লৈরিঙৈদসু অম্মুম্মা হেক হেক পুখিদি হায়ববু ঐখোয়গী শরুক থরা থরদি মথাক্-পীরম্মী। অসিদগী হেন্দোক্কনা ঐখোয়গী থুনগী লুপলাকপা-মপা মচা লাক্কনা ঐখোয়গী শন হাতম মচা অমত্তং লৈজবহুসু পুবীখ্রে। ঐনা তাদদা হংবদা ইবোক্কীদমক অরা-অনা থাঙবদা পৈশা থরা মীতোন্দগী পুখি অতুগীদমক শন অতু পীখিবনি হায়। তাইবংপান অপুম্বা ইবোক্কা হেক লৈখিরিয়া ইচিন-ইনাও ঐখোয়দা পুমহুপ হুপ্পা য়েংশিল্লকবনি হায়বসি ঐহাক থাজববা ঙমলমদে। চান্নরা ফৌ লৈখিত্রে, লৌ কৈদোম অমত্ত ওইরবসু খোয়বদা মতেং ওইরগদ্রা

খরবা শন অহুমত্থ পুখ্রে। মতুং অহুদদি ঐখোয় তাদস্থ ঐবু তাইহাক্তা কাও থাদোকপীরমদবহু অমুক ওস্তাদগী চৎথিবনা মুমিং চায়দ্রি মথৈ হুমক্তবা কোঙ্গায় অমা ওইরম্মী। মুতি মুমিং খুদিংগী ওইনা মহাক্না হৃজিনকপা ম ওমদা ময়োম অমমম হেক হেক পুরক্লম্মী, মহুদগী শেম শাহুনা ঐখোয় অনীগী চান-থক্লবা লাংলম্মা; কদায়গী পুরকপনো খওদে।

মহাক্না চথোকখিদ্রৈভো খুনগী ইমায়বশিংগী মরক্তা মখোয়না শারবা য়াওগে চৎলুই অহুবু মখোয়না ঐবু কয়া থওইরমদে। ঐবু উবদা খুল্লাকপনা নোংমদি অমুম্মা হ য়রম্মী, "নীংথেম নংস্ত নয়াম্বগা চপ মমায়রবনি নয়াম্বনা গুরি চৎলিবসি থরা পাংবীব, য়াদ্রা? অরেম্বদা লৈরিবশিং অসিদি লেমজা চাবা তাকনি।" হায়রিবহু ঐহাক খওলমদে মুমিদাংবা ঐখোয় তাদনা হুমক্লগা ঐনা রাকম অহুমক ওমলম্মী, মহুদা তাদনা হায়রম্মী, "ঐনা নংবু য়ুমদগী হেন্দোকমু হায়দ্রা? করিগী মখোয়গা শারমিম্নরি?" ঐনা ইবোক্তা মকমদা পেৎনা পেৎনা হংবা বাহংশিং তাদগী মকমদদি হংবা ওমদে করিগীনো হায়রবদা হন্দোয়রবমা পেংলম্মী। ঐস্ত মহাক্না হায়গুরহুনা মুমিং অহুদগী খুনগী ইমায়বশিংনা শারবহু য়াওরমদে অহুবু য়ুমদা ইথত্তা লৈরগা ঐখোয় ইবোকপু ওত্তনা নীংশিংলম্মী, মহাক মশাগীতা নত্তনা মহাক্না হায়খিবা ইমাগী, পাবগী বা পুমমক অহুবুস্থ নীংশিংলম্মী। মসিনি ঐগী অরাবা। তাদবু কিরবস্থ কিনা বাশিং অসি নীংশিংলকনি হায়বসিগীদমক ঐহাক মখোয়গী মরক্তা চৎলম্মী। অদুম্না মখোয়গী মরক্তা চত্নুনা শারবা য়াওরুই দি হায়রবু নোংমা নোংমগী মখোয়গী মরক তীন-তীনপা হেন্না হেন্না

তীয়নীঙকবা অমস্থ হেক্কংলম্মী। মনাংঙৈদা ইবোক্লা হিংগিঙৈ মক্তস্থ ঐহাক অহুম্না থক লেম্না লৈথোকখিদে থকক অম্না নক্লগা অম্না তথি, হৌজিক ইবোক্না লৈখিদ্রবা অসিদা কম্বিগী ঐহাক থবক অমত্তা তদবমথৈ লেম্না শাম্নহনা লৈথোকদগে হায়বসি ঐহাক ইশা ইথত্তা ভত্তনা হংজম্মী। থাকম অসিনক ঐনা তাদদা হংলম্মী। মহাক্না থুমখি, "নহাক্না থঙপোং নত্তে" "কম্বিগী?" ঐনা তকশিন্নম্মী, থঙগে হায়না কম্না তানশিন্নম্মী। ঐনা অহুম্না তানশিন্নুরবদা মহাক্না তাকপী মহুদি মহাক ঐহাক পুন্না তশিন্নবা য়াবা থবক লৈত্রি, মহাক মথন্তনা তম্নবস্থ তকাত্তবা থবকনি মহুদা মহাকা ঐহাকা চঃহুনা তক্রবগী করি কাম্নৈ। হংদা হংতিন্নুরগা মহাক্না অশাওবগা লোয়ননা ঐবু অহুম্না কিহনখি, "ঐহাক অসে য়ামত্রবদা নংগী নয়াম্বনি; নহাকীদি ঐহাক অসে ইবোক অহুস্থ শক্লবনি। ঐনা কৈ হাম্নবা থবক অদো নহাক য়াকম থোকই। ঐনা ত নোমঙ্না নংবু য়োক-থাকপা অসিবু নংগী কয়ামুক য়াম্না ননীং থুংদবা লৈরবগে, মহু লৈরবদি তানউ ঐঙোন্দা।"

ঐহাক মথা তাম্না হংথবা তমলমদে। হুমিং অহুদগী হৌনা মহাকী শাজংস্থ থংহোং হোংখিবতুম উম্নম্মী; চাবা থকপা য়োনা মাগা ঐগা হেক হেক কম্মিম্নহনা চামিম্নবা তৌম্নমদে, ঐবু হাম্ন হাম্না হেক হেক পীজম্নম্মী, ঐনা চাবা হেক লোইদগা থবক অমদা মক্লগা অমদা হেক হেক শিহায়। মাগী মম্নাথং অহু ঐনস্থ হিক্তোকপা তমলমদে। তৌইতম্বস্থং ঐনা অহুম য়োংবদা মাগী শাজংতা নত্তনা মশাগী মশক মওং হোংলবহুম উম্নম্মী। মহাক মহৌশাদি য়াম্না কন থৌগদৌতুম মাম্নম্মী অহুবু মানখিদরে, মশাগী মম্নেক মহাও মাওলম্মী,

মফেমা-ভন্না উরম্মী।

মাগী মতৌ অসিদা ঐহাক নীঙায়দনা লৈথোকপদি লাইখুম্না খঙহৌদনা চিনবা অমা পোক্লম্মী; ঐগী পুক থন্নবা হোৎনবদা মহাক চায়ম-থকলম খঙগ্রবমাগে হায়বমা কাওরম্মী। য়াথদ্ অসি ঐগী পুকনীংদা হেক কাওরকপগা মহাক্না ঐথোয় অনীগী চন্না-অমাঅমি চানবনি পুরকলিবা চেংচাকশিংছু মুমিদাংবাই অছুবকুদা ঐনা লে মা য়েংলম্মী। পোংয়োম অছু য়েংলুরগা ঐহাক মিতুগী পি শিম্থিবা খঙহৌদে। চন্না-অনীগীবি হায়না ভাদনা পুরকপা চেংয়োমছু মুপ্পী থুজোক অহুম মরীয়োমগী চাংদা ওইরমগনি। মুমিদাং অছু ঐনা অমুম য়েংবদা চেংয়োম অছুগী ভথ্বায় অমত্তমক থোংলম্মী; থোংবা থাকপা লোইরগা ঐবু চাক চায়রো হায়না মহাক্না কৌরক্লম্মী। চাকথুম্মাংদা চঙশিল্লবদা ঐনা হায়রম্মী, "চাক অসি ঐথোয় অনিগীরা?" তাদনা খুমলম্মী, "নহাকী শরুকনি।"

"নহাকীদি কদায়?"

"চকুদা লৈরি।"

"পুম্না চাথিন্নরসি থিদোরক-ও!"

"নহাক হায়না চাথোকখো।"

ঐনা চাকথুমদা চঙশিন্দুনা চাকথোং চকুছু খুৎনা থিংজিনছুনা য়েংলম্মী। ঐনা হায়রম্মী, "চপ্রীং থন্না অসিরা নহাকী শরুক্তি?' মহাক মরু লুকথিরম্মী! ঐনা মিং অনীমক্তা পি শিন্থনা, খেংগ্লেল য়াবা থোক্তমখৈ, "অসুম্না নহাক্না মুতি মুমিং খুদিংগী চন্না হেল্লগা ঐগী পুক থন্নবনি হায়ছুনা পীজরম্না!"

মহাক্না হায়রম্মী, "ঐহাক চাক-চানীংদছুনা ভৌবনি। লাকুও চাথোকঅরোনে।"

খঙহৌদনা ঐনা খুমলম্মী, "ঙসিদগী ঐহাক নহাক্না শ্নীজবা চাক অমুক চাররোইদৌবনি, ঐহাক শুপচা চাররোইদৌরনি।"

"করিগী চারোইদৌরিবা ?"

"ঐহাক চাররোই হায়রিবসিনি, ঐনা পুক থন্না থন্না চারগা নহাক্না চরা হেন হেন্দুনা থবকশুবা। নহাকপু ঐগী ইয়াম্বনি হায়বদায় ! ইবোক লৈরম্লবদি—!"

মুংলি মুংলি ঙাল্লিবা পোদোন থাউমৈগী মৈঙান্দা মহাক্কী মায়থোংদা পিগী চহুম চহুম শিন্থরকপহু ঐহাক উরম্মী; মহাক অসে ফত্রবা মীশক অমনি হায়না ঐনা খল্লম্মী; অমুকস্সু মহাক্কী মথাদা চঙজহুনা ঐবু ঙাকপীয়ু হায়জনীংলম্মী তৌগুম্বস্সুং চিন থোকনা রা অমত্তা হায়জবা ঙমলমদে। ঐগী থম্মোয়গী নুংঙাইতবা রাখল মহাকপু উরুরগা হেন্না অহোয় হেঙ্গৎলম্মী; ঐহাক খোঞ্জেল থোক্না কপলম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা তাদনা ঐবু অস্মুন্না থেমজিল্লম্মী, "মুমিদাং অসিদা করিগী কপলিবনো, ইকাইত্রবরা নহাকপু ? ঐহাক চাক কয়া চানীংদহুনা তৌবনি, নংনা য়াদ্রগা চামিন্নরসি লাকও!"

ঐবু খুং পায়হুনা চিংশিল্লম্মী। অশাওবনা ঙম্মুরবা, নীংঙমদবনা অমুকস্সু হেন্না মৈচাক ফনা চাকলুরবা ঐগী পুকনীং হকচাং, মহাক্না ঐগী খুজেং পায়রকপমক্কুদা কয়না মাঙখিবা খঙদৌদে, ঐহাক কপলিত্রবা হায়বা ফাওবা খঙহৌদে্র; মাগী মতুং ইন্দুনা চাক্লকপানদা ফম্মীন্নরে। য়ামখিদ্রবা ইথক্তমক চাবমক্সু চফম ফারোইহৌবা চাকলুক অহুদগী চথোন অমা অনীদং চারুবতদা ঐগী ল'ম্নবা পুক ইথন থনখিরম্মী, পোকপদগী চাক্কী মহাও খঙখিদ্রিবগুম ঐগী পুক ইংলম্মী।

চাক-চা তোক্লবদা ঐনা তরুরম্মী, "ঐস্সু হয়েংদগী নহাক্কী নতুং

ইনগনি।"

"য়ুমদি কনানা শঙহৌগনি ?"

"করিস্তু লৈত্তবা য়ুম অসিদা কনানা করি ত্তৌরগদগে ?"

"ইমা ইপা শরুবী, পোকপদগী ঐখোয়বু কোল্লরুবী ঐখোয়গী ইথোকনি। মহাক্না থঁনম্বা, ফিজেৎ ফিগাই ওইরবস্থ সনা-লুপা মণি-মুক্তাদগী হেন্না মমল য়াম্নবনি, নহাক অসুমক শঙহনা লৈহৌ। হয়েংদগীদি ঐনা নপুক থমবা হোৎনগনি।"

"ঐদি হায়রিবা অসিনি, হয়েংদগীদি থবকতবা চৎলগনি; ঐহাক লোয়রদনা চৎকমি

মহাক অমুক মথা ভানা থুমলমদে, ঐগী য়াহু য়াথৌরথনাজে। মহু থল্লুরগা ফুংঙাইবা বাথল অমা কাউরকলম্মী, লুথুমদা য়াল্লিবা ত্তৌদি হু পায়হনা মাঙোন্দা থোক্লম্মী, মাঙোলগী চুরীঙাকমদা থোঙ য়াম্বমগা খোংহনা শাল্লরম্মী। কনা য়াম্না কুইরগা ভাদনা কৌরক্তুনা ঐখোয় অনীমক কম্মুদো চঙমিন্নরম্মী। মহাক্তি হেক ভাখিবগা থুম-থখিরম্মী, ঐদি মাং উইশিনবা য়াম্বমদে মাঙতুরবা বাথল কয়ামুক পুকনীংগী মচি মচিদা অমগা অমগা লোনশিল্লহনা নোংহুংশিংকী মতৌতম্না শাফু কম্না অমগা অমগা থাইদোক্লকম থজনা হৌরক্লম্মী। থুনগী ইমারবশিংগী মমা মপা কয়া কয়া ঐগী ইমাংদা মথং মথং লাক্লম্মী অমুক অমুক মাঙলম্মী, কোক্নৈ নোঙাপ্রবী ইথোক্নী শকখম, মহাক্না হয়াও হয়াও কোনবীথিবা, করিঙম্বদা চৈত্ত পায়হনা কোইতাল ভানথিবা তম্না উরম্মী।

য়ুমিদাং অহু কনা য়াম্না খেত্তলম্নগনি, মং-ওই হা-ওই ঐখোয়বু কৌবগুম্না অমা ভাখি-অমুক অনীমক। ঐনা মিং পাংথোক্তুনা নাকোং

থাঙজগ্ন্না তাক্লবদা "হন্নবী শিগৈচবহৃগী শন অহনিনে" হায়বা'মা তাখিরম্মী। ঐনা তকিং তকিংনা ভাদবু হৌদোকলম্নগা থোং ঙাং-দোক্নুনা মপাল্লোমদা চেপ্লোকলম্মী; ঐনা তাখিবা ঝাকম অহুমক অমুকন্থ তারম্মী, ঐখোয় অনীবু হম্না হম্না লাক-না লাক-না অহিংগী অচিকপহৃ থুগায়হনা কৌরক্নম্মী; অরাংগী থংনবা ইমুং অদোমদগীনি। কৌরিবা অহু ঐখোয় তাদা তারমগদ্রা তারিয়োইদ্রা খঙদে মাখু অমুক কৌরুবস্ন তৌরুদে; ঐহাক ইথন্তা ইখোল লোম্নকহৃ তাম্না চেনশিল্লম্মী। ঐনা চেনশিনখিবদা শন অমথক কোইতান তাম্নবা, মশাদা চৈনা ফুবগী শেং শেং লাউবা শাফু কন্নবা চৈফু অমা তারম্মী, অফু থুনিংমক্তা ঐহাক ইশাদা ফুবগুম্না থংপ্রেক থংপ্রেক থংলম্মী। অমম্না অহুনা ঐহাক খোঙ থাক্তন খঙদমখৈ চেনশিল্লুবনি, তেম্পাকী লৈতঙ্গ'য় মরক্তা অমুক অনীমক তুম্শিল্লম্মী। থারিবা শঙ্গল মনাক য়োবদা শন্না ঐখোয়গী ইখোল অসোমদা চৌংশিল্লকপগী শউম তারম্মী। অমম্বদা মহাক মমাংগী শজোন, তুয়োয় ঙাংলোইরবা অদোমদা তপ্পা তপ্পা চঙশিনখিবা উরম্মী, ঐম্ন মাগী মভুং ইন্দুনা চংলম্মী। শজোনগী চিথেক অমদা মহাক তপ্পা চঙশিনম্রে। তাম্না অসিমক্তদা তাদনা পোদোন থাউমে অমা মথুংনা থম্নহনা থোরক্লম্মী। ঐখোয় অনীনা শজোন্দা চঙশিনখিম্নবদা তাদনা হায়রম্মী,"কমদৌনা লাকলিখনো?" মহাক্না চঙশিনখিহুনা শন অহুবু নানবগম্মী, অমুক হায়রম্মী, "হয়েং বোংতাম্নগা থিম্নুবা হায়বহুনি। অহিং অসিদি অম্নমক লৈজরলহু।"

ঐখোয় অনীমক ইমুংদা চঙখিম্নমক্লে। ঐন হংলম্মী,"করিগীনো মহাক্না অসিদা লাকইলিবো?"

"হান্না ঐখোয়গী অসিদা লৈরম্বহুদা ভৌরিবনি, শা-ঙা হায়বা অমুক লৈতে। মাগী হৌরককম চাওরককম কাওবা ইঙম ঙমদমাল্লে।"

"অহুদি ঐহাক য়াম্না হঙ্গে!"

"করিনো?"

"নহাক কাওরব্রা, ইবোক শিদ্রিবৈদা নোংমা মুমিদাং অমা ঐখোয়গী অসিদা শন অঙাংবী অমা চেল্লকখি।"

"উম কাউদ্রি।"

"মহুম্ব ঐখোয়গী অসিদা হান্না লৈরম্বরা?"

"মহাক মরক মরক্ত চেল্লকপা থেঙনখি। করিগী চেল্লকপনো হায়বদি খঙদে।"

"নহাক শনহু মুংশিদ্রা?"

"মুংশি।"

"ইবোক্তা মাগী য়ারী য়াখোও থক হংহৌদ্রা?"

"ঐখোয়গী নত্তে হায়।"

"ঐখোয়গী নত্তে হায়বা?"

অহুদি মহাক করিগী অসিদা লাকইবা?—

ঙসি চেল্লকইবা শন অসি ঐখোয়গীনি, অহানবদা ঐখোয়গী ওইরম্মী, ইবোক্তী অরা-অনা থাঙবদা চঙখিবা শেন শকুনা লৌখিবনি হায়বদায়, অহুনা মহাক মানা হান্না লৈরম্বা মকমহু খিরকপনি হায়বদায়?"

"উম্—"

"অহু ওইরবদি শন অঙাংবী অহুম্ব নোংমা ঐখোয়গী ওইরমগনি।"

"ওইরম্বা য়াই; অহুবু করি ভৌনগনি?"

'ঐদি শন অহু ওম্মোক্তা পামজগ্রে, হন্দক অমুক লাক্লবদিনে,

ঐখোয়গী অসিদা অহূম থমগনি ঐদি।"

"মীগী শন্নি অহুম্না তৌ-লাকয়ু—

নহানস্থ ইবোক্না মাপ্প চাওয়াইমাবু থিলহনখিবদো!"

"হন্দক্তি ভাক্লগুমসি। কনামত্তা খঙহল্লগুমসি।"

"মীগী মপু লৈবা পোৎপু কদায়দগী য়াগদগে, ঐখোয়না তাক-উত্রবস্থ মপুনা থিরক্কনি। ঐখোয়বু হুরানবনি হায়ন্থনা ফাগনি।"

পোদোন থাউমৈ মুৎশ্রদুনা ঐখোয় অনীমক কম্মুংদা অমুক চঙমিন্নরে। ঐগী পুক্লিংদা থল্লিবা য়াথল পুম্নমক তেংনা হায়দোক্লুদে। শেগায়রবা য়ুমগী অকোয়বদা কৌজেং-হারৌনা অমগা অমগা শৈদম্নরি; নোং-ফাদোক করিগুম্বদা মতাং চাদনা য়াকায়রুবা ঐগুম্বনা মখোয়গী শৈশক তাবসিমঙায়, কনানবু কৌজেং-হারৌগী শৈশক অসিবু তানীং-লমগনি। মখোয়না থম্মোয় শোক্না খোংলি-লাউরিবা অসিবু তাবী-নীংঙায় লৈত্রবা তাইবংপান অসিদা করিবু কান্নরি, অতাবা মাগী মাগী থম্মোয়দা ফাউরমগদবা মঙায়!

তাবীনীংঙায় কনা লৈত্রবা মখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা ভাবুক ওইদুনা অহিংগী অরোইবা শরুক্ত লেনখিরম্মী, করিনো হায়বা অমত্তবু লৌশিনহৌদে। কোরৌ খোঙদারক্লিডৈ, অহিংগী চেক্লাশিংনস্থ য়াকুমখিবদা মঙায়ন্নিডৈ তাঙাদা ঐখোয় তাদস্থ মিকপ থোক্লম্মী। সুমিদাং শজোন্দা য়ারেকহৌবা শন অস্থ থিন্দোকলুখিগে চৎখিরম্মী। মহাক্না চৎল্লিডৈ অসিদা তাদগী মতুং ইন্দুনা চৎনবগী ঐহাক শেম শাবা লোইদুনা মহাক্না হন্নকপা ঙাইরম্মী। চান-থক্নবা শেম শাগৎলম্মী। মহাক্না লাক্লগা ঐনা চৎকদৌবগী শেম শাবস্থ উবদা চৎকস্থ হায়না ক্ষনা য়াম্না থামলম্মী।

"নহাক্ক লৈহৌ হায়বসি মরাদ্ বরা ?"

"ঐহাক চংকনি।"

"ঐনা চত্তুনা তোল্লবদি।"

"ঐবু নহাক্না অসুক য়াম্না পুনীংদি্বা করিগীনো ?"

"ঐ বা হায়গে, নহাক অঙাং বরা ওইরিদ্রি, হোরেল য়াম্না বাগনি হায়বনি।"

"ইবোক লৈরিঙৈদা ঐহাক লৌরাং শুরগ্নী মতম অত্তুদদি অঙাং ওইদবরা ? হৌজিক করিগী ঐহাক থবক শুরোইদৌরিবনো ?"

"লৌরাং শুবা ওইরবদি ঐনা করিগী পুরোইদৌরিবনো ?"

"ঐবু পুবীয়ু ভাদা। থবকী থবক অম্নানি।"

ঐনা শিরগেমথৈ মথাংলবদা তাদগা ঐগা থবক শুবা থোকমিন্নরক্লে। খুনগী কাংজেবুং শম্নগা মনিংপাংবরোমদা কুমথমিন্নরল্লগা মহৌশা থক য়োরুদি্বা অরাম্নদগী মাগী শকওং শক্তম লাক্ত্না, শুকনা ময়া ভামথ্রিবা অশংবা চীংগী মায়কৈ পাংলম্মী। উনা উনা খুনগী চরাংনবা পুন্নমক ভুংওই থনমত্তুনা মথং মথং অসুম চঙশিন্নক-পনা চীংগী চীংথোঙ, চীংথোঙদগী পীক্লবা খুরবা লম্বী মতুং ইন্দুনা চীং-থক্লম কারম্মী, অসুম অসুম কাথংলম্মী। অঙস্বা, অয়োংবা চীংনায়থক য়োরকপদা থোঙ অনীমক অমুক্তা মপুং ফানা ভিংথোকচগে হায়বা ওন্নমদে; চনীং তানা হোক্তবা কংদ্বা শ্বরনা অসুম অসুম ফুইরক্লম্মী, মরক মরক্তা মাংদা চংলিবা ঐগী ইয়াম্বনা অমুক অমুক য়েংথোক্লকই, ঐনা রাদশিন্ন শাহুনা মাগী মতুং ইন্নম্মী। অকোয়বা নায়ক শিংলক্তা হায়ভম থঙদ্বা য়াক্লবা 'নীং নীং' হায়না ভুং ভুং ভুংবগুম্বা অমনা ঐথোয় অনীবু থোঙথাং খুদিংগী ইন্নবগুম তারম্মী; য়েংথি য়েংথিবদা

শক খণ্ডিদ্রবা উপাল ৱাপান্না নোংমদোন তেমশিংনরম্মী, ঐগী চোক-থরবা হকচাংদা, অতোপ্তবা চৌংমায়থক অসিদা পুখৎলকপগী চদৎনবা খংগী তেংবাংবা ওইনা মুংশিংকী শউম লাংলম্মী; মীগী মীনিল উচেক ৱায়াগী চে-চা অমা কাওবা তাখিদ্রে; হেম্ন হেম্ন চঙশিল্লক্লগা কোয়ৌ ঙমদায়নদ্রিবা অচিক অশা খায়দ্রবা লনদম অমা ওইনা উরক্লম্মী। কদায়দনো চৎলিবহ্ন ?

খঙহৌদনা য়ৌরক্লয়ে, অতেম্বা লম অমা। পাকচাওরবা লমহাং ওইনা তৌই; চাওর-চাওরবা উগী মপৈ মপৈনা শামু লমশান: কুন-বগুম্না শাংনা শাংনা তারম্মী: অসুম য়েংখিবদা শঙ মচা অমা অনী উরম্মী, মীগী মীনিল তারম্মী। মকম অসি হেক য়ৌরকপদা তাদনা অমুক্তং হংলম্মী, "ৱাগ্রা নংবো ?" ঐহাক পাউখুম পীরমদে, খর অমুক্তং হোল্লোক্লবা লাক্লক্লবা তাজাগা চায়ক্লবননি। ঐখোয়না চঙশিনখিবদা শঙ অমদগী অহল অমা থোক্লক্লুনা ঐখোয় অনীবু উরকপদা ঐবু য়েংলগা কনানো হায়হ্নুনা হংখীরম্মী। তাদনা ঐগী ইনাওনি হায়না খুম্নবদা মহাক্না করিগী পুরক্লিবনো হায়না অমুকস্থ হংলম্মী। ঐনা খুম্নম্মী, "থবক গুবা য়াওগে হায়হ্নুনা লাকইবনি।" ঐগী ইচংথোবা মতৌ অহ্নরা খঙদে মহাক্না মুম্না য়েংলগা "উম স্নপামচা ওইনা পোক্লবদি হুপাগী থোদাং পাংথোক্কদবনি" হায়না হরাও হরাও তাকপীরম্মী। তাদনা চঙশিনখিহ্নুনা শঙ অহুদগী শীংক্কং অমা লৌথোক্লুরে, মফি মরোল তাখত্তুনা তুমিবা উজাও অমংগী মনাক তাম্না চঙশিনগ্রে; ঐস্থ মাগী মতুং ইন্দুনা চঙলম্মী। ঐঙোন্দা ৱা অমুক হায়রমদনা উ অহু খায়বা য়ানবা হৌগৎগ্রে, ঐনা লেপ্তুনা মাগী মতৌহ্ন য়েংলম্মী। য়েংলিঙৈ অসিদা অহল

অহনা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্রুনা ঐঙোন্দা শীংজ অমগা পীরম্মী; মতু উরগা তাদনা হায়রম্মী, "মহাক খায়বা হৈরোই পীবীরুন্নু।" অওইবমক শিং-খায় উখায়বগী খবক্তি ভৌরুত্রিমক্লি, ঐস্থু ওাইহাক ওকচানরম্মী; অহুবু খুদক্তা খুং তিংথোক্লম্মী। মুপা অহনা তাদরোমদা য়েংলগা চঙক্রবগুম লেপ্পা উবদা ঐনা চঙশিন্দুনা শীংজংহু লৌরম্মী। লৌরগডা ভোকলমদে নাক্তা তারিবা উকং অমা তম্না চঙশিল্লম্মী, তারম্লিবা শিংওাইবাকশিং অহুগী মরক্তগী অমা খল্লগা শিং-থারবা হৌগৎলম্মী। পাক্লবা য়োংকী শীংজংনি ওস্তোক্লা লুম্মি, হাইগৎলগা থাদবদা হুকচাং অসি মাংলোমদা ইখঙ খঙহৌদনা খিত্তং ওামথখিবগুম ভৌরম্মী, শীংজংনা ঐবু খরা ওম্নপ তৌবননি। ঐনা অহানবা শীংজং হাইথরগা মাংনা ওম্নপ তৌখিবগী ফিরেপ্তু ঐখোয় তাদনা উখিমাল্লে, মহাক্লা লাউরক্লম্মী, "এঃ এঃ নখোঙ শোক্তুনা তোক্লরনি, ঐগী ফিরেপসি য়েংউ।" মহাক্লা ঐবু য়েংজসন্নু হায়হুনা মাগী ফিরেপচিংবা তাক্তুনা শীংজং হাইগংলি, তপ্পা অমুক খাদে। মহাক্লা হরাও হরাও মাগী ফিরেপ চাকলেপ, শীংজং মহাইগং, শীং মথায় অহু তাকপীরক্পদা খঙহৌ খঙহৌদবা তরায়খোক হৈরগনি হায়বমা হেক্তা নীংলম্মী, করম্না অহুক খুংলৈ য়াওনা থাজখিবা হায়ভন খঙদে। ঐহাক শীং থায়বা হেক্তা হৌগৎলম্মী; অসিগুম্বা ফিরেপ্তা লেপ্লগা, অসিগুম্বা খুং-মহাই অসিনা, ঐগী পাঙ্গল থোকই হায়বা মশানা মতোমতা ভাকচর-কপগুম্মী; মাগী খঙহন্নীংবা মথরায় য়াওবা খুত্তাক অহনবু ওইরিগদ্রা। অনীরক, অহুমলক, মরীরক, শীংজং থারম্মী, ঐনা অমুক্তা য়েংথোক-লুবদা মহাক্লা ঐবু মুম্না য়েংহুনা ইওক ওক্লা লৈবা উরম্মী, ঐস্থু হরাও হরাও নোকলম্মী, পুকনীং লুম্বগী মিনোকনি। মমৈ কাইনথংদদি

তাকউবা হৌনরুবা য়াওদনা ঐহাক শীং খায়গৎলম্মী; মহাক্না পোখায়ো হায়রক্লবতদা ঐহাক শীং খায়বহ্ ভোকলম্মী।

মুমিদাংরাই কোরৌহনবনা লৈথরকপদা চীঙোন মমুংহ্ ইঙান ঙাম্বোকপগুম উরম্মী। মতম অহুদা ঐখোয় অনী থবক থারম্মী। চিঙৈনা ঐখোয়গী অমুমরি হায়দুনা তাদনা লৌরুরে; ঐখোয় অনীমক তুংথা-মাংথা চীঙোন অহুদগী মথং মথং চীংখা তম্না কুমকপদা হান্না কারকপদা চঙখিবা মতমগী তঙ্খায়কাওবা চঙদনা চীংখোঙ কংলম্মী। কাংচুপ চীংখোঙদগী অচা অথরুচিংবা তীকউরগা অকংবা থন্না পুদুনা ঐখোয়গী খুন য়োনবা পরপ পরপ লাকমিন্নরম্মী।

য়ুম য়োরক্লবদা অশাই গুরু নোম্মুবগী অরাবা পুম্নমক্কু নৌনা নীংশিংলম্মী, হকচাং পুম্নমক পুমচোক চোকথরম্মী। অমুকহ্ মুংঙাই-রম্মী, অসিগুম্বা অরাবগী শরুক তাদগী মফমদগী ঐগী ওইনা মচেৎ থরা য়াজবা ঙমলে হায়না থল্লুদুনা। কোরৌ মুমিৎ শিংবুম কয়ানি ইবোক্না লৈতঙৈদগী মহাক মথন্তুনা পুরম্নবনি অসিগুম্বা অরাবগী পোৎলুম; হৌজিক্তি ঐগীসু ঐনা ঙম্বা শরুক য়াহুনা মাগী মতেং পাংলগনি খল্লম্মী। অসিনা ওইরে ঐখোয়বু য়োকপী থাকপীরম্বী. অহল মতম ওইবগী ইবোক্না 'তনগহু, লাইরিকমু, নোম্মু-চংলু' হায়দুনা নোংঙান-পাবারকপদগী ঐখোয়গী থুৎ পায়দুনা তাকপীরম্বা। অমুম্না গু চত্তুনা মুমিৎ কয়ানিমুক হৌখিরম্মী।

খঙহৌ-উহৌদনা হৌখিবা মতম্না মথং মথং চৎখিদুনা লৌ-তানবগী মতম য়োয়রুম্মী। কুম থুদ্দিংগী ইবোক্না লৈরিঙৈদা ঐখোয় ইচিন-ইনাওনা লৌতাখিবা লৌবুক, কুম অহুদদি লৌতাবা য়ারমদে। ঐনা লৌতাবগী মতম স্নাক্লবদা মহৌশাগুম শেম শারসি হায়রুবদা তাদনা

অহুরা খওহনবী, "কুমশিদি লৌকম অহু ঐখোয়দগী শগোকও অভোপ্পা অমদা শিগ্গ্রে হায়রহ্না শ্রীপকমী মমাংদা হায়দোয়ম্বহু নহাক কাউরব্রা?" নোংমা খুনগী খুল্লাকপামচিংবগী মমাংদা অহল অমনা অসুম্না হায়খিবা অমদি তাখিবগুম নীংশিংলি। তৌইগুবসুং মহুগী অর্থ ঐহাক খঙলমদে, লৌকম অহু ঐখোয়গীনি, ঐখোয়না কুম কুম খুদিংগী লৌ... ...অহুদম্ব ঐখোয়না অহুম তারুগনি থাজরম্মী। তাদগী রাহু ভাবদা ঐহাক পুমওক ওল্লম্মী। ঐনা হওওুবদা মহাক্লা লৌ অহু মীগীনি ঐখোয়গী নত্তে, ঐখোয়না শান্দুনা উবনি হায়না তাকপীরম্মী। কুম খুদিংগীদি শানবা য়াম্নগা কুম অহুদনা করিগী শানবা য়ারোইদৌবনো? রাকম অসি ঐগী ইয়াম্বনা তাকপীবা ওমলমদে। ঐনা হায়রম্মী, "লৌ উত্রবদি ঐখোয়গী চানবা যৌ কদায়দগী লৌরুনি? লৌ উরিইমক্তদা চানীংগায় লৈত্রিবনি ঐখোয়দি।" মহাক্লা ঙাইহাক খল্লগা অসুম্না খুম্নম্মী, "ঐখোয়না গু-নোম্নগা চারিবসি মঙায়দনা।"

ঐনা থাজরম্মী ঐখোয়গীনি হায়বা পুম্নমক ইবোক্লা চংখিবগা অহুমক চৎখ্রবোইরে। অহুম্নদি ওইরগা ঐগী পুক্লিংদা রাকম অহু ইপেন পেনবা ওমলমদে—ঐখোয়সু মী ওইহ্না, মীগুম্মা গুনোমহ্না হিংলিবনি, করিগীদমক লৌ অসি শৎকম থোকপগে; রাকম অসি মতম পুম্নমক্তা খল্লম্মী। রাযম অসি খুনগী খুম্নোন লৈরোম্নবদা তারিবা ইপা-ইপন শকপশিং, ইরেং-ইমান্নবশিংনা মাগী মাগী শমোক-লাঙোন পুথোক্লহ্না লৌকুম্নখিবা উক্লরগা ইনৌ নৌহুনতা মরৈরম্মী। অওইবমক লৌউ-শিং উদবা মতমদফাও কৌবাক-কাওথুম তান্দুনা, পেরুক পেদাই থিহ্না চাজখিবা অহুগুম্বা লৌবুকনি;

মাগী মতম্বাকী থোকখিবা কৌগী মরু মকনা ইচিন-ইনাও ঐথোয়গী পাঙল চাওখ্রবনিকো হায়বসি মুমিং থুদিং থুনেগী ঐথোয় তায়গী থবক শুবা চৎকে হেক হেক থোকলকপগা নীংশিংদবা শুকনুম ওয়ামদে। তাদগী পুক্কিংদদি করি হায়না থল্লিগদপে? অসি কাওবদি উরম্মী মহাকস্থু গৌবুক অহুবু উরগা মায়থোং লুক্কক্না হেক হেক চৎলম্মী।

নোংনদি [illegible] লাংহুনা লৈরিঙৈগীদা ঐহাক লৌবুক অহু তাম্না চৎলম্মী, লৌযম অহুদা ঐথোয় খুনগী চাওমু মপামচানা লৌ তারম্বা উবহুনা মথোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঐনা হংলম্মী,

"ইপন গৌফম অসি ঐথোয় ত'দগা ঐগনা ইবোক লৈরিঙৈদগী হেক হেক ফাংলম্মী অহুবু কুমশিদি ঐথোয়বু কাংপা য়াগ্রে হায় হায়রে। করিগীনো হায়বা থঙব্রা?"

চাওমুপানা য়াম্না শাওনা থুরক্লম্মী,

"নংগী করি নশিন লৈহুবা থিরিবনো, মীগী অমুক ফবা লৌফম অসি নথোয় নচিন-ননাওগী শিন্দমকম লৌবুক্তা? নবেক অহুনা লৈরিঙৈদবু মীগী মথোং মখুৎ থরা পায়জা চৎচবগী উক্তরম্বনি। লাইরবনা অমুক চ'রগা মুমিদাং হেনবা নথোয়দবু কনানা লৌ শান্নীংগদগে? নংনা হায়রিবু ঐথোয়বু লৌকুম্বা য়াদে হায়গে হায়রিব্রা?"

"ঐদি কৈমু হায়দেনা ইপম, হংবতমি চুম্না, ইপম্না অহুপ শাওথিবু ইপম্না হায়জিন্দুনা ঐথোয়দগী লৌ শৎহল্লব্রা?" শাওনিংবদগী ঐমু অমুম্না হেক থুমলম্মী।

"হায় অঙাং, মতোয়নরা নং, শমোক শাজৈসি চানীংব্রা?"

ঐঙোল্লোমদা শাজৈহ্ চিঙলহ্না শংত্রিক য়েংবা লৈরে; চাওম্বসু শম্পোং খোইবা লেপ্লম্মী; ঐনা হায়রম্মী, "ঐদি কয়িগী শাজৈ চাগদৌরিবা? ঐদি চুম্না থুনগী ইপা-ইপন ওইবগী হুংবনি, ইপম্না ঐখোয় ইচিন-ইনাওবুত নত্তনা শিখ্রবী ইবোকপু কাওবা চৈরিবদি করিগীনো?"

মপা-মচা অনীমক শমপোং-লাঙ্গোন থনমহ্না লৌবুক্তগী ঐঙোল্লোম তম্না চঙশিল্লক্লম্মী। ঐসু ইবোকপু চৈথিবগী শাগুনীংবনে, মখোয় অনী চঙহ্না ফুগে হায়রবসু ফুজখ্রসু, ঐসু অঙম্বা অমুক্তা ওইরবসু মথাহৌরগে হায়বসি চপ য়ুংলম্মী। তাঙ্গা অসিমক্তদা ঐখোয় তাদনা "কৈদৌনরে" হায়না তুংল্লোমদগী লাউরকপা তারম্মী। মিকুপ অমগী মনুংদা ঐগী নাক য়োৗরক্লম্মী। তাদগা ঐগা খাত্রাং লেপ্লহ্ উরগা চাওম্বু-পানা হায়রম্মী,

"য়ৌং রারক থৌবাওদবা মচা, মচিন-মনাও খুৎ লীংহ্নাকা ঐখোয়না কাৎলিবা লৌবু মুনগে হায়রিনেসে!"

ফনা য়াম্না নক্তরবদা ঐখোয় তাদনা হুংলম্মী, "অঙাং অসিনা করি অকায়বা হায়রবগে ইপন?" "নচিন-ননাও তাম্নরগা ঐঙোন্দা 'মুকসু হুংজবা শাই। নতীক লৈরগা চঙংকউ লৌকমলিদা!" মহাক চঙশিল্লম্বদগী লেপত্রে, চাওম্বসু মপাগী নাক্তা ঐখোয়বু মুম্না য়েংহ্না লৈত্রে। তাদনা ইশাও শাংগত্তনা অমুকসু হুংলম্মী, "অহুবু ইপন রাহ্ ঐসু অমুক্তা মতাংগ, মানা করি হায়রবগে?" ঐনা খুমলম্মী, "ঐদি ইপনহোয়না লৌশাল্লি হায়— ঐখোয়দগী লৌ শৎলিবহ্ করিগীনি হায়বগে, প্রঙত্রা হুংবতনি। লৌগেসু হায়রুদে। ইপম্না ইবোকপুহুম মীগী মখোঙ মখুৎ পায়জ চংচহ্না উজরম্বনি

হেক্তা মহায়।" তাদনা তাপ ওকলম্মী, "ঐখোয় ইবোকনা মীগী মখোঙ পায়হনা লৌ উজগে হায়জৈ হায়বদি ইপনদি উহৌব্রা? অঙাংনা খঙদহনা হায়রবস্তু ইবোকপুদি করিগী অহুম্না চৈবীরি। ঐখোয় লাইরৈ নংই হায়বদি চুম্মী, মীগী মখোঙমক্তি পায়রক্তে। ঐখোয়বু চৈবদি য়াই ইবোকপুদি অহুম্না চৈবীগনু, ঐখোয় লৈরি ছায়বলি খঙব্রা?"

"মীগী পৈশা মখৈ তোনশিন্দুনা শিগ্রবী নবেন অদো—" খুনগী অহল অম'নি য়ৌয়কুনা "করি তৌনরবগে" হায়হনা ঐখোয়গী নাক্তা চঙলক্লম্মী। ঐখোয় তাদনা য়াকম অহু তম্মুবদা মখোয়না অহল অহুবু অঙাংগা মান্নৈ, করিগী অহল অহুগী য়া পুখোকুনা ঙাংইবনো হায়হুনা চৈহংলম্মী; ঐখোয়বুসু চংলো হায়হনা তাকপীরম্মী। তাদনা য়া অম্সুম ঙাংলম্বদগী মশাপুম্বা চেংখৈবগুম মীকলিহু ঐহাক উরম্মী; ঐসু ময়েক শেংনা লাউখিবা "মীগী পৈশা মখৈ তোনশিন্দুনা শিগ্রবী নবেন" হায়বহু তাহুনতা মরৈরম্মী। অহল-লমন ময়াম্না চংলো তাল্লবদা ইচিন-ইনাওমক য়ুমদা হল্লক্লম্মী।

নোংমহুমা পুংকম হেল্লে হায়হুনা ঐখোয় অনীমক খবক গুবা চংলমদে। পীক্লবা শেগায়রবা য়ুম অহুগী মমুংদা ঐখোয় অনীদা তুমিন তুমিন কল্লরম্বদগী ঐখোয় তাদনা হৌদোক্লম্মী, "ঐনা নংবু চখোকনু, য়াবমখৈ মীয়ক তিল্লখিদু হায়বা নংনা খক য়াদে; করি-খোক্লে ঐখোয় ইহাকককী শিখ্রবী হুযেন অহুবু পুখোকুনা চৈবহু নহাক সুংঙাইব্রা?" ঐহাক পাউখুম অমত্তা পীবা ঙম্মদে। অমুকসু, "ঐখোয় সুপামচা তাক্তরি—গু-নোমহুনা ঐখোয়গী ইপুক খয়বা হোৎন'সুমঙায়, লৌ উত্রবদি চানীংঙাই লৈয়োই নীঙঙুব্রা নহাক্লা

লৌফম অহুদা চহু না মখোয়গা বা ভাংনক্কববো ? কৈরিহু চিংনগমু। লায়রবা অনংবা হায়বসিবু মুংশিবা বমা অংঙা নৈতবমি।"

ঐহাক পাউথুম অমত্তা পীরমদে, মহাক্কা হায়ম্বিকহু অচুবনি। নোংমহুমা চারম থক্লম খঙদনা, চখোক-খোঙ্গোকলুদনা অচুম্বক লেনম্মিরম্মী। মথংগী মুমিত্তগী ঐখোয়গী থবক শুকম ভাঙ্গা চহুনা মহৌশাগুম থবক শুরম্মী। মথং মুমিং কয়ানিমরুম লৈরগা ঐখোয় তাদনা অম্মুম্মা খঙহল্লম্মী, "ঐখোয় হয়েংকগীদি ঐখোয়গী থবক শুবহ্ লেপখিবা তারি।" ঐনা করিগীনো হংবদা, "হৌজিক লৌউ শিংউবা মতমদা ওইবনে, নোংচিংগা তাবনে, শীংকম অহুমা থবক শুবা মী পুম্নমক লৌ উনবা হোৎনরুখিনি হায়, থবক লেপ্লগনি হায়। ঐখোয়দনা শুক্রবা য়াদে।" অম্মুম্মা ভাকপী। অহুদি হয়েংদগী ঐখোয় করি শুগনি, কয়ম্মা ঐখোয়গী পুক থম্মবা হোৎনগনি? মসিগী মরিদা তাদনা করিমত্তা খঙহল্লমদে. ঐনসু হংলমদে। নোং চুবসু হৌজিক্তা মহৌগংলক্লি, লৌ শুবসু ওরাংদা মঙাম্মিল্লি, নোংনা লেপত্রিঙ্কাউ ঐখোয়গী থবক লেপ্পা তারবা, অকিবগী মশক্লি!

তাদনা অম্মুম্মা থেমজিল্লম্মী—"ঐহাক হয়েং অসে থবক অমা চাথাকলুগে, নহাক য়ুমদগী হেন্দোক্লমগনু— চেংচাক ওম্মা লৈবনি, থোং-থাক্লুগা চারম্মু।"

ঐনা, "কদায়দা চৎকদৌরিবা?"

"থবক অমত্তং থিরুদবা য়াত্রি, অহুগী চৎকদৌরিবনি।" করি থবক্লো, কদায়রাইদনেনা, তাকপীরমদে। মথংগী মুনিক্কা ঐবু ওহুনা হৌদোকল্লগা ওরাং হায়বগুম্মা মহাক অহুক্লক চৎখে।। ইংতামত্তা ভায়হৌরবদা চৎখ্রবা পূন্সিগী বাকম কয়ামরুম থজোয়হ্লুদা

মথং মথং হন্দুনা চেন্নরক্লম্মী, মং-হাদা থোকখিবগুম হোৌখিবা ওাক্তি। ওক্লবা পুন্সিগী উন্নুংদা, মায়কৈ মরীমক্তা মমহুনা লৈথ্রবা রাফম 'ঐথোয় কনানো' হায়বা অমা মুন্সিং অহুদা কদোমদগী হৌরকপা ঈহৌনো খওদনা, থম্মোয় ঈপাকথক্তা হৌরক্লম্মী। ওাইহাক অহুদা খওনীংলকপনা ওায়ওন্নক্তে। লাইরৈপাক তানথ্রবী ইবেম্মা তাকপীরম্মী, ঐখোয়বু পোকপী ইমা, মপুন্সিগী অওনবা তনৌ তনৌবা মতাংদা ঐখোয়বু হুন্দোকপীরম্মী, অহুগা পাবদি, পাবনা অমুক হন্না লাক্ল-রোই চংখি। মহাকসু শিগ্রবরা, কয়ম্মা চংগ্রিবা খোওচংনো, শিগ্রবদি ইমাগুম্মা শিগ্রে হায়না ইবোক্লা তাকপীরমগ্রিবা করিগীনো ? ঐখোয় তাদনা চংকম থুংফম খওদনা চংগ্রিবসিবু পাবগী মনাক্তয়া ? খুন অসিদা মসিগী রারী রাখোও খওবা মীসিবু ইরৈমক লৈরম্নোইগ্রা। মমলবা, গুক্লবা, উন্নুংদা লম্মাংনয়বা তাঙ্গাদা, অথাম্নদা মুংলি মুংলি থানবা থাউমৈ, অকনবা মুংশিংনা হুম্বদা, মৈরী অহুনা অমুক অমুক মাওখিদোগুম কয় ফয় হায়হুনা থাওলিবহু উরগা, থাউমৈগী মৈওান তম্না, মুংশিংকী মমাং থানা, চেনশিম্নীংবগুম ঐগী মমলবা থম্মোয়মুং সিদা পীক্লবা তনীক তনীক্লবা মওান-মশেক অমা ফাওউরিবগুম তৌরম্মী; ঐনা থাজরম্মী অরাম্নদা মৈওান অমা উরিবসি নক্সনে! পীক্লবা ইমুং অহুদগী ঐহাক মপাল্লোমদা থোলকরুম্মী, তাইবংপান পুম্ববু মওাল পীনবীরম্বা কোয়ৌহনবনা নোংচুপ চীংমায় তমগ্রবা, উতোল-রাতোল লোমলবা অহু কাওবদা মালং অতিয়া মকোয়দা কোরৌহনবা কারক্লগ্রা য়েংলম্মী। ঐহাক খুদক অহুমক্তদা মকম অহুদগী থোক্লম্মী—খুনগী শঙ্গাবুং কাওহুনা মথা পাংনা অমুম অমুম চংথরম্মী। কনা থোইদোকপমা উরমদে। অমুম চংথরক্তুনা

খুনগী অয়োইবা চিদায় য়োশিল্লক্লম্মী। মতম অচুমক্তদা তুংলোমগী কৌরকপমা তারম্মী "হো নীংথেম।" হয়া য়েংথোকখিবদা য়ো কুম্মুবদগী কারকপা, লৈথোম লৈনাং ভৈরবা, মুপা অমনা লোবুক্তগী কৌরকপচু উরম্মী। লয়গা থরা তামখিবগা, মশাদা লৈথোম লৈনাংগা ভৈবগা, কোক্তা কোকশেৎ শেৎলিবচুনগা মুপা অচু কনাবো হায়রবা তাপ লাকশিনবা গুম্মদে। মানা কারকপা ওায়রুবা লেপলম্মী। নক্তা নক্করক্লবদা ঐহাক মীশক থগুলম্মী।

"কদায়দনোনে নহাকপো ?"

"ঐহাক মাম্মবু থিরক্লিবনি।" অওইবমক্তি মাবু থিগে হায়না অতম্মনা লাকপদি নত্তে।

ঐবু থিরক্লিবা, করিগীনো ?—
ওায়থো ঐনা তাববু কুমসিদি নথোয়না উরম্বা লোচু চান্দমদা পীগ্রে হায় চুম্বা ?"

"চুম্মী মাম্ম।"

"অচুদি নচিন-ননাওদি করি গুরি ?"

"চীংদা উ-থায়বগী থবক অমা গুরি।"

"হৌজিকপো ?"

"ওরাং ফাওবা গুরুই। ওসিদগী লেপখিগনি হায়।

"অচুদি করি গুবা তারি হৌজিক্তি ?"

"ঐথোয় তাদনা থবক থিরুনি চৎগ্রি।"

"করিগীনো ঐবু থিরকইবদি ? ঐসু নথোয়গা উন্নরগে থরম্মীবনি অচুদা নথোয়না নং-বচু উবদা হেক লাকপা ওমগ্রবনি।"

"করিগীনোনে মাম্ম, ঐথোয়না লাইরবা অসিদা লেল-পুম পুগে

হায়রকনি হায়বগীরা ?"

"অহৌদি নখোয়না হায়কুনবু বৈজৌনি, ঐস্থ ওম্বোক্সা খুদোং বাইয়োং চাত্রবনা হায়বা !"

"মাম্মহোয়স্থ নংবয়নে ?"

"কুমশিদি ওম্বোক্সা বাইয়োং চাদ্রপোংনি। নহাক্তি খঙলিদ্র। খঙদে ইনেনা লৈরিঙৈদা লুপা থরা লৌখি। ইখোল অহু পায়বনি, নচিন-ননাওনা থরা কোয়বদি মাম্মনা থর-খিৎ পাম্মী।"

"ইবোক লৈরিঙৈদগী ?"

"উম নবোক্সা লৈরিঙৈদগী; নয়াম্বা খঙলমগনি। খুনগী মী লোয়নবা খঙবনি।"

"কয়ানিনা মাম্ম ?"

"লুপা চম্মাখক্তনি।"

ঐনা হংগে নীংলকপা বাফম হংথবা ওয়মদে— হংলুনবা তাঙ্গা ফংখিদে্র। ওয়াং নহাক্তা লৌবুক্তা 'মীগী শেন মখৈ তোনশিল্লুনা শিগ্রবী' হায়বক্ত ইনৌ নৌনা নীংশিংহল্লি। অসিনয়া ঐখোয় তাদনা ঐবু য়ুমদগী থোঙকাপ অমা চখোকত্থ হায়রিবা ? মাম্মনা অমুকস্থ হায়রম্মী,

"ঐদি নহাক্ত ঐবু উয়গে লাকপনি হায়বহুদা বা অসিগী ওইরিগত্রা হায়হুনা হয়াওরুরেদা। লৈত-লাইরগী ওইরবদি মাম্মনা হায়রিবসিনি পাই অমা ইশাদা পক্তে।"

মখা তানা হংথগদবা কিরম্মী, হেম্না কনবা য়াঙলবা ঈচেল অমনা খংথ্রবমকনি ঐগী বাখলগী ঈচেল।

"হোয় ঐস্থ মাম্মদা বা অমত্তা হংগে লাকপনি অহুবু—"

"হোয়বে ইবুংঙো অহুম তৌসিনে, য়াবমখৈ নোম্ম্র ঐস্থ

হোৎনরমখিগে।”

অসি হায়রগা মহাক হুন্না কাওবা য়েংলমখমখি চৎখ্রে; থামগে নীংনা নীংনা থাম্মুবা ওমখিদে। ঐগী নামিবা ঈচেল অমু অনৌবা, খওহৌদ্রবা, হান্নন শেমশাহৌদ্রবা, হৌজিক্তা ঈহৌরকপা চাংজৌ পায়বা ঈচেল অছুদা মশক মচু খঙদনা তীংখ্রে, থোং-লাওহনা চেৎখ্রে; ঐগী লেপ-পৌ ডন্না থুদখ্রে, পুন্নমক অউথোকখ্রে।

ঐগী পুক্নীংদা তথক-তথকনা, হিরম খুদিংদা ভায়ঙমলজবনা ইওাও ভাওবগুম্বা অমা কাওরম্মী। ঐখোয় তাদম্ব হুন্নকপা মরৈখিদে; কাকখোং অহানবদগী খোঙ-শানখিবনি, কোয়োহনবনা নোংচুপ চীংগী মরুমদা লৈথখ্রে, অমু কাওবদা মহাক হুন্নকখিদে। কয়ম্না ভায়গদবা ঐহাক খওলমদে; খোঙ্খোংপান্দা খোংকউই, খুনগী শঙ্গাবুং য়োনা অমুক চৎলুই, ইমুংদা অমুক চঙঙুই, অমু কাওবদা হুন্নকপা মরৈখিদে। অকিবগী মশক কংনা মন্নবা, হৌনশা বুশুক মুরবা অহিংগী শককম, অরা-হুকশোক লাংবগী অমুবা মায়হিংনা কুপলবনি, ঐগী মন্নবা থাখলগী মমিম্ব তাখ্রবনি, কয়ম্না হুন্নকদৌরিবা অসিগুম্বা অহিং অসিদা! থম্মোয়মুংদগী হৌরকপা থাম্বা ওমখিদ্রবা, তনীক তনীকপা খোঞ্জেল অমা তাইবং কাওনা লাউখিরম্মী “তাদা” মশিং খঙদনা কৌরম্মী; মায়কৈ মরিদগী ঈথক হৌরক্লম্মী; অমুবু ঐগী ইয়াম্বদি হুন্নক্লমদি। মহাকম্ব ঐখোয় পাবদৌনা চৎখ্রবরা? মাদি লাকখিগনি হায়রম্বদাইনে। মহাক মীনম্বা থক ভাংখিদি!

তাংজৌ মতাং কদায় য়োখ্রবা খঙজুদে, মায়কৈ মরীমক ইচীক হুল্লম্মী, মীচিক মীরাউখোল তারমদে। কায়নখংদা থাজদ্রবা খোঞ্জেল অমা তারম্মী, ঐহাক কমলম্বদগী মং-হাগুম্না মায়কৈ অদোমদা চেনশিল্লম্মী। ঐহাক খোঞ্জেল খোক্না কপলম্মী।

"করি তৌরে ইয়াম্বা লাক্লে-নহে ?"

"নহাক চয়েং মথৈদি ঐবু ইভোমজা থক্কীরমগন্নু।"

"লাকও ! লাকও ! হেক হন্নকপা য়াদহনা তৌরিবনি। চঙলসি লাকও !"

—ইমুংগী থাউমৈ চুখৎলমদি, চুখৎপীরে।

"শীংয়েন লৌশিল্লুচো ঐহাক চাক খোঙৎপীগে।"

—চাকথুমদা চঙখ্রে। ইভক ওক্লা মহাক্লা হংলম্মী,

"নহাক অয়ুক্তা চাক চাদ্রবরা ?"

"চদে।"

"কদায় চৎলুই ?"

—ঐহাক পাউথুম পীবা ঙমলমদে।

"কদায় চৎলুবগেনে ?"

"মাম্ম চাওয়াইমাহোয়দা।"

"করিগী ?"

"বা অমা হঙ্গে চৎলুহনি, মহাক্লা বা' মা হায়ুরকই। ঐখোয় ইবোক্লা মাঙোন্দগী পৈশা পুথি হায়, চুম্রা ?"

"চুম্মী: তংখায় অমদি শিংখ্রবনি।"

"মী পুন্নমক ঐখোয়বু উননীংদরে, ঐখোয় উম্নবা য়াদ্রবা মীগা চপ মান্নরে।"

"মাগী পৈশা শিংগনি। অঙাংদকাওবা!"

"অঙাং ওইরবসু ঐঙোন্দা অথঙবা পুন্নমক তাকপীয়ু। ঐবু খঙ্হনদবা করি লৈরিবগে ?"

"করি লৈগদগেনে নীংথেম !"

"ঐহাক থাজদে।"

"থাজদবস্থু হায়রয়ু করিনো ?"

"শোয়দনা তাকপীগদ্রা ?"

"তাকনি হায়রু।"

"ইবোক্না হায়রম্মী, ঐখোয় পাবদি অমুক লাক্লরোই হায়না চৎখিবনি। কদায় চৎখিবনো ?"

"ঐঙোন্দসু ইবোক্না অতুম্না হায়খি। করিগী চৎখিব্রা, কদায়দা চৎখিবা তাকপীরমদে।"

"অতুদি ঐখোয়গী অসিদা চেন্নকখিবা শন অতু কদায়দগীনো ?"

"শন হায়বদি ?— শন অঙাংবী, অতুভে হুমিদাং অমা চেন্নক্ল-স্বদো ? করিগীনো নহাক্না শন অতুবু অস্থুপ তোইনা হংলিবা ? মীগী নত্তনা ঐখোয়গী ওইরম্বা হৌনদে। ঐখোয়গী ওইরবদবু ইবোক্না থিল-হনখিবা হৌনব্রা ? হোয় ঐখোয়গীস্থু ওইরম্বা য়াই; ঐখোয় ইবোক লাইরবীনি হায়বা নহাক খঙলে। ঐখোয় অনীবু চাওন-নবা য়োক থাকপদা ঐখোয় ইবোক্না মীঙোন্দা য়োম্বোকলম্বা ওইরমগনি। নহাক্না অতু ফাওবা অতুপ লুনা থম্বক্লরিবা করিগীনো ? ইবোক অদো লাইরবীনিনে। মাগী হায়ববু ঐখোয় অনীতনি। অতুগীরা নহাক্না মাম্মা চাওয়াইমাগীদা চৎলুরিবা ?"

"মামি অতুগী চৎলুবনি।"

'ইকাইদ্রবরা নহাকপো, ইবোকপু য়োনবা নত্রা ? অতুগুম্বা নত্ত নত্তবা রাতু থল্লুরগসু ঐখোয়গী হায়ববু ঐহাকীনা নহাক, নহাকীনা ঐ। লৈরমসম্ব ঐখোয় পাবস্থ, ঐখোয়বু মুংশিদ্রহনা হল্লক্লরোই চৎখ্রবনি। পীশক পীক্লিভৈদগী ইবোক্না য়োকপী থাকপীরক্লবনি।"

অসি হায়রগা মথা অমুক তাখ্রবা ভমদ্রগুম মখোঙ্গেল তনীক তনীক থাংখিরম্মী। ঐস্থ শল্লম্মী, অচুম্বনি ঐখোইবু মু শিদে থাদোক-পীরমলবনি। মাগী খোঙ্গুল অমুক লৌরুবগী করি কান্নরি। মথা অমুক তারমদনা মহাক চাকথুম ঙংখ্রে, চাক থোংনবগী থৌরাং তৌখ্রে।

মুমিদাং চাবা থকপা লোইরগা অতুম পোংথামিহরম্মী, হয়েং করি থবক শুরুগদবগে হায়বা খঙলমদে।

ঐনা মিকপ থোরকপদদি ঐখোয় তাদদি হান্নবা চংখিরম্রে, ভরাংশুন্না পাউকাওবা তাকপীরমদ্রে! করিগী তাকলমদ্রিবনো! হিন্নফমদগী ফুক গৌগত্রনা ইঙ্খোলমম্নংদা মহাকপু কোইয়েং য়েংলম্মী, কৌরম্মী, মহাক লৈরমদ্রে মিকুপ খুদিংগী চিংনহমা ইতং তত্তনা ঐগী পুক্নীং-ঈপান-লাইজংহক্তা নৌনা নৌনা ঈংক হৌদুনা লাকদি, ঈথক ঈপোমশিং অতুনমহত্তুনা, হোল্লগে খন্দুনা হোল্লরুবা ঐগী রাখল্লি, অতুবু অহন্না হেক হেক হৌরকপা নোংহৈ-মুংশিংনা থক তপাথহনবা ভমলমদে, ঈচ ও অতুদা অমুক অমুক লুপলম্মী।

মিকুপ খরগী মম্নদা মিকপ অমুক থোকলম্মী। ঐখোয় তাদনা হয়াওনা কোস্তোংপান্দগী হৌনা ঐবু কৌর কৌরদুনা চেনশিল্লকলম্মী, অরাবগী মং অদুবু মাঙহনবীরম্মী। ঐস্থ চেস্থোক্লম্মী।

"ঐহাক চাক থোংদোকলুরগে নংস্থ ইরুমায়থজরুবো! অরৈবা খরা হেক্তা চারসি। চংলো চংলো।" করিগী নো হায়বাফাওবা হংলমদনা মাগী মন্নাথং ইন্দুনা খুনগী পুখ্রীতান্না চত্তুনা ইরু মায়থজ-থোকলুরে। মহাকস্থ চাকথুমদা চাক থোংবা হৌগংলমলে। ঐখোয় তাদগা ঐগনা চারি থকলিবা অহুদি শিদনবা চাবগীদি লাইরতুনা চারি হায়বা মমিং অতুতগী রানি, মথল মথেল নায়বা এঞ্চাংদি

লাইরহুনা পুকথন রাইরোং খঙবা নত্তে। অওইবমক ঐনা হিংবা ঙমলিবসি হরাও হরাওনা ঐখোয় তাদনা ঐগীনি হায়না থরদং তম্বীবা অহুতনি হায়বা ফাওবা য়াই। মহাক্কী মুংশিবা প্রেম অহুনি ঐগী পাঙ্গল পীরিবা চিঙ্গাক হায়ববু। ঐবা ইরুজরুরগা কারকুনা মাগী মমাংদা লেপ্পুবদা মহাক্কা নোকলহুনা হায়রকই,

"উনা-শিংনা থরা খে'মলকউনে, মী পুম্নমক কুমপ্রবনি ।"

ঐনা রা'মা হঙ্গে হায়হুনা ওনশিল্লম্মী; চাকথুমগী মৈ চথোকলকপা, ইনশিম্নীংঙাই শীং লৈতবহু উবদা শীং থিরুগে অমুক চেন্থোকলম্মী। অফংবা থরা খোমলগা চিঙৈনা অমুক হল্লকই, মৈ য়াংশিল্লম্মী। ঐনা হংলম্মী, "কদায়দনো ?"

"ইপু থুল্লাকপগীদা। লৌকাংমন পীগে হায়রে। মাগীদা লৌকুম্মবা তারি।"

ঐনা থল্লম্বা চিংনরগা পুম্বা মাগী র'ঙাংত্ত তারুরগা পুম্মাং মাঙখিরম্মী। ঐখোয় অনী চঙহুনা থোং-থাকপা লোয়থোকমিন্নহুনা চাক চথোম অমা অনী চেঙ্গা চামিন্নরগা, লৌকুপ্পা অহুম চৎমিন্নরম্মী। মতম কুইনগীদি খঙঃদ্রে তরানি থা অহুমদি নোংঙানবা ঙায়ঙাদনা, মপাঙ্গল লৈত্রিবা উচেক মচাগুম ঙসি কদোমদা চাক্তারুগদগে হায়বগী অরাবা অহু খঙলমদে। ঐখোয়না লৌকুম্বা হৌখিবা মুনিত্তগী ফো চেং থরা লৌ, পৈশা ওইনা থরা পূরক অমুম্মা ঐখোয়গী চানবা তাল্লম্মী।

নোংজুপাম্থাগী ঈরায়রকপা, লৌরাংগুবগী অয়োবী মতম য়োৌররুবদা নোংমদি লৌকুমগে চৎখিবদা খুল্লাকপগা থাকী শেংপা, মকোক্তা কোইয়েং অঙাংবা য়েংপা, মুপা অমগা লৌবুক্তা লৈরম্মী।

ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু উবদা খুল্লাকপনা কৌশিল্লগা কোইয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা মুপা অহুদা মহাক্না থিরিবা অঙাংশিং অহু ঐখোয়নি হায়না তাকপীরম্মী। মুপা অহু কনানো, ঐখোয়বুনা করিগী থি-রকপনো, খঙলমদে। ঐখোয়দা হংলম্মী, "খোবা, নীংথেম হায়-রিবসি নখোয় অনীরা?" তাদনা মাখি হায়না খুম্লম্মী।

"ঐহাক লোইনঙগী মীনি। নখোয় চৈয়াপ হায়বহু তারবরা?"

খুল্লাকপনা, "মখোয়দি কদায়দগী খঙগবনো?"

"সে ঐহাক রা হায়গে তাউ, নখোয় নচিন-ননাও 'নীগী নখক্তা চৈরাপ্তা দরখাস্ত অমা থারক্লি। মহুগী সমন পীগে লাকপনি। নখোয়দি লাইরিক হৈব্রা, 'শোই' তৌবা ভগ্না?"

তাদনা, "মিং ইবদি ভম্মী।"

"অহুদি চে অসিদা নমিং ইশিল্লু অহুগা চে অসিমা লোহো। ভসিদগী তরানি হেক শুবা মুমশাকৈশা মুমিত্তা চৈরাপ্তা কারক-দবনি। কারক্রুবদি কাজরনিহে।"

মুপা অহুনা পীবা পেন্সিল লৌহুনা ঐখোয় তাদনা চে অমদা মাগী মমিং ইশিল্লম্মী। চেহু পায়রগা কোইয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা মুপা অহু খুল্লাকপদা তাক্লমলগা চৎখিরম্মী। মহাক্না চৎপ্রবা মতুংদা তাদনা খুল্লাকপদা করিগী চেনো হায়না হংলম্মী। খুল্লাকপনা অমুম্না তাকপী, "নহাক লাইরিক পাবা থোকপদায় পাহুনা য়েংউ। নহাক্না ঐঙোন্দা হায়রমলবনি, নখোয়গী মাম্ম চাওয়াইমা হায়বসিনা মখোয়গী ইথোন্দু নবোক্না মাঙোন্দা য়োম্ভোক্লমলে হায় অহুগী ওইরমাক্লে ."

তাদনা হায়রম্মী, "ইবোক্না হায়রম্বদি য়োনবা নত্তে শেল পুবগী-

মমক থম্বনি হায়রম্মী। শেন্দোন অহুস্ তম্বায় অমা শিংগৎপ্রবমি তাকপীরম্মী।"

"ঐখোয়না তাবস্থ অত্নমা তায়। খঙদেদা ইশুশা নখোয়না তৌগদৌবসে! চাওয়াইমনা বা অসি নহান্না হোৌদোক্লম্বনি, ঐনা থামখিবনি অহুবু সরকারগী লোইশঙদা য়াকৎলুরমান্নেদনা। কমদৌনি মহাক্না মহাজন হায়বতু ওইরবনিনা মাগা য়ানবা ঙাংনরুবা তাইদনা।"

"মানা য়ারক্লবদি?"

"অঙম্বশিংগী য়াদা তারেদনা। য়াথোকপা হায়বসিদি অতানবস্থ চয়াম অচেনবস্থ চয়োম, মাস্থ নখোয়স্থ তিংনবা তারি, অঙম্বগী শেঙ্গাও চোম্নবা।"

"করিনো, ইপুনা হায়রিবদো ঐহাক কৌভম খঙদ্রে।"

"মহাক্না অতানবা নখোয়না অচেনবা লমজেন তায়বগী মওং-দৌগুম তান্নগদৌরিবা। লমজেন তায়বা হায়বসিমক্তবু চয়োম য়োমথুনা পুনৈ, লমনা শাংলবদি। মতোংনা অঙম্বনা চংহৌবা। য়ানোম-খোংনোম তৌদ্রদবু হৌজিক-কানগী অঙম্বনবু লরাইদা পোকপা ঐখোয়গীদমক কদায়দগী মীচং শাবীদগেদো। অতৈদি লাইরি ইশুশা নখোয় নচিন-ননাওবু থবক শুদৌরিবা নত্রা?"

"অহুগী লাকপনি।"

"অহুদি লৌকুম্মো মতম থেঙদ্রে, মুমিদাংদা য়ারী শান্নসি।

তাদস্থ মথা তানা অমুক হঙডুদ্রে, ঐঙে নদা লাকও হায়রম্নগা লৌবুকলোমদা কুমথদ্রে। মখোয়না ঙাংনরিবতু করিনো হায়বা ঐহাক্তি লৌবা ইভন ঙমলমদে, অসি ফাওবদি থঙই, য়াম্না

চাওয়াইমানা ঐখোয়গী ইখোল অসি মাগীনি হায়বা ওইবতাই। ঐখোয় অনীমক থবক শুইদি হায়ববু ঐনা অমুম উবদা ঐখোয় তাদদি মঙম কয়া শাল্লমদে, লৌবুক লৌরক অহুদা চপ চপ লেপ্পী, ঐবু মুন্না মুন্না য়েংই, ঐবু য়েংলিব্রা হায়ধনু অরেপ্পা খঙদে। মাগী মীৎয়েং ইহাং হাংবগুম তৌই।

কোরৌহনবগী খোঙচৎনা হানখিগনি হায়বশিংগী থবক খুৎসুনি, মাগী খোঙচৎপু শিঙনবনি ; মহৌশা ঐখোয় ইবোক্না লৈরিবৈদা শুখিবা থবক খুৎশুগা কনা য়াম্না খেন্নরম্মী, মহৌশাগীদি কোরৌ খোঙচৎ মতুং ইনবনি শোখহৌরবসু তানখৎলমদে, নোংমম্না শুবদা মহৌশা তরানি শুবগুম্না য়াম্মী। ইপু খুল্লাকপনা নল্লগা মাগী মী অমনা ঐখোয় তাদগা ঐগবু কোম শেনবগুম শেম্নখি। লৌশুবনি হায়হুনসু মহৌশা শুবগা ওস্থোক্না খেরৈ। মুমিৎ অহুমদি ঐখোয়না কোরৌ খোঙচৎপু মায়থীবা পীরম্মী।

মুমিদাংৱাই লৌকাররকপদা মুতি মুমিৎ খুদিংগী খুল্লাকপগীদা শম্পোৎ লাঙ্গোল হেক হেক থিনগৎলুবগুম্না নোংমা অহুদসু চৎলম্মী। শম্পোৎ লাঙ্গোল থমজিল্লগা তাদনা চিংহুনা ঐখোয় অনীমক ইপুগী নাক্তা চঙমিন্নহুনা ঐখোয়দা পীরম্বা সমন অমুগী য়া হংলম্মী। তাদনা হায়রম্মী, "ইপু ঐহাক্তি করিসু খঙজদে, অসায়গী য়াহুবু কমদৌগদগে ?"

"ঐনা অসায়না হায়ধ্রে, মহাজন ওইরিবা চাওয়াইমাদা অমুক্তা হায়নরুখো। মানবু য়াবীরক্রবদি য়া করিসু য়ামনীংঙাই লৈতে।"

"করি হায়না হায়জরুগনি ?"

"হায়রুগদৌবা হায়ববু, হোয় লৌখ্রে। নখোয়বু পৈশা কয়া

লৈজরবগে ?'

"কদায়দগী পৈশা লৈগদগে ?"

"তো অতুনা হায়বনি। মহাক্নদি পৈশা ত'ল্লক্কনি নখোয়না পীনীংঙাই লৈরোই। হান্নগী হান্নতু মঙায়।"

"পৈশা কয়া পীরগা য়াগদগে ইপু?"

"অতুম্ব খঙহিক্পা নত্রি, নখোয় ইবোক্না পুক্নবদি কয়ানো ?"

"লুপা চাম্মনি হায় তথ্বায় অমা শিংথ্রবনি।"

"চহীদি কয়া শুরে ?"

"চহীদি ঐখোয় অরেপ্পা খঙহৌদে।"

ফরে চহী মঙাম্ব মহায়রো, থাদা চাম্মদা মরি মঙাদি মকারমগনি, চহীদদি চাম্মদা হুম্ফু কারগনি, চহী মঙা ওইরবদি লুপা চহুম তারে। অতুনদি মখোয়গা করিগা লুপা চামরী থোকই।"

"লুপা চামরী!"

"হো চামরী থোকলমাল্লেনে, ম'সি পীয়ু হায়রক্কনি।"

"পীত্রবদি।"

"পীত্রবদি ইশ্বোল মামা লৌরগনি, অসি ওইরমগনি মাগী কেশ মতাসি।"

"করি তৌবা য়াবা ইরৈমক লৈররোইদ্রা ইপু?"

"মানবু য়াবীগে হায়রবদি কোকপীবস্থ য়াইমা! মতম থরম্ব ঙাইবীবা ওমই।"

মথা অমুক ভানরমদে। তাদনা চাওয়াইমাহোইদা চৎলুসি হায়ত্থনা ঐখোয় অনীমক ইপুদা তাকলমলগা থোক্লক্লম্মী। মুনিং পুমস্তা তাগ্রবা মতুংদনি য়ুমদা হুমবগী করিমক্তা থম্নরুদনা

চাওয়াইমাগী তাম্না চৎলম্মী। অদুবু মহাক মশা ইস্ফাল কাখি হায়হুনা থেংনরক্তুনা য়ুমলে'মদা অমুক হল্লকলম্মী। মুমিদাং অদু য়ুমদা হল্লক্লগা ঐখোয় অনীমক ফুকনাক-পান্দা ফম্মিন্নদুনা রাগী মচেৎ অমত্তা হৌদোক্লদনা ফনা কুইনা লেল্লম্মী। থেংদা থেংজিল্লক্লবদা ঐখোয় তাদনা খংনীং নীংশিংলকপগুম চাক থোংউগনি চগুখে। ঐখোয় অনীমক চাক চখোম অমমম অনীনি চারগা চরে চমৌনরম্মী, চেং খুয়া অমত্তং থোংবদু চাবা ঙম্নরমদে। মুমিদাং অদুদা অহানবা ওইনা চাক লেম্বা হায়বদু ঐখোয় খঙলম্মী।

লুমলবা পোৎলুম অমা ইকোকথক্তা থোঙ্গৎপগুমলে; মাম্ম চ'ওয়াইমানা ঐখোয়গী ইকোকথক্তা অয়ুম্না পোৎলুম অসি থোঙ্গৎলক্তনি হায়বসিমক ফোংবা ঙমলরোই:দৌবা পাখোংগুম থোক্লম্মী। ঐবু অঙাংনি হায়বগী ভাবননি খঙদে তাদনা রাফম অদু ঐঙোন্দা হৌদোক্লমদে। ঐনা অমরোমদা রাফম অদু ত'নিংঙিদি হায়ববু মহৌশাগী য়াম্না খঙনীঙ্গনবা পুকচেল অদু চেল্লমদে, অয়ম্বা রাখল অমা পোকখিরম্মী। তাদনা মুমিদাং অদুদা ঐঙোন্দা হায়খিবা হায়ববু হয়েং নোংঙাল্লগা ঐহাক্লা খুল্লাকপগী লৌফমদা লৌ কুম্বা অদুগা মহাক্লা চাওয়াইমাবু থিরুবা অসিনি।

মহাক্লা হায়বগুম্না ঐহাক নোং হেক ঙানখগা খুল্লাকপগী লৌফম তাম্না চৎলম্মী, মহাক্লা চাওয়াইমাগীদা। মুমিং বাতোন লোমনিং লোম্মাং তৌরকপা অদুরাইদা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্কী মায়থোং উরুবদা মহাক্কী পুকমুংগী রাদু শিৎশিৎনা খঙবা

গুমলম্মী, অমুক মুংঙাইবা পাউ ওইগ্নম়:রাই। অদুবু ঐনা হুঙঙুবদা মহাক্না খুম্নীরম্মী, "মহাকসু মীনি; ইবোক লৈরিবৈঙেদগী তিম্নরক্লবনি, ঐখোয়বু মুংশিফম থোকই।" অসিদগী হেন্না মথা তা়রমদে। মুমিৎ অদুদগী হৌনা তাদনা থবকশুবা হনমিম্নরক্লবা মতুংদা চাব-থকপগী করিসু থওইদনা মথন্তা হেক হেক চৎখি। ঐনা হৈতা হৈতা চান-থক্লবা লাংই। মহাক্না চখোকলুরগা হন-জিল্লকপদা তুমিম্না ফুংনাক পানদা ইহৈ হৈনীংদনা হেক হেক কমলৈ, চিন্তা তৌবৈ, মরক মরক্তা মুংশা ফুইনা ফুইনা হোল্লি। তরানি হায়বদু সুজিল্লকলে। মুমিৎ অদুবা অহানবা ওইনা তাদনা অমুক রাকম অদু হৌদোকলম্মী, "ঐহাক ঙসিদি য়ুম্ফাল কারুবা তারি। নহানগী চে অদুগীনি।" ঐনা হংলম্মী "মহাক্না করি হায়রবগে ?"

"হৌজিক ফাওবদি য়াদ্রি।"

"অদুদি ঐখোয়—"

"হায়জখিগনি য়ারকখিবা য়াই।"

"নহাক্না ঐবু অঙাংনি হায়দুনা রা অমত্তা তাহনদে, ঐসু চৎকনি "

"কদায়দা ?"

"য়ুম্ফাল হায়বদুদা।"

"চৎলু কৈদৌগে—"

অসি হায়রগা মাগী মিৎলুদগী পি চদুম চদুম শিম্বরম্মী; ঐবু উহল্লোই হায়বগুম্না মমায় লৈখোকখিরম্মী।

ঐখোয় অনীমক অয়ুক ওন্তা অদুদা য়ুম্ফানলোমদা অদুম চৎলম্মী।

ঐখোয়না লৈবা খুঙ্গং অসিদগী নোংপোক পাংনা মথং মথং লাক্তুনা খুন অমগী মপং অমা অস্থুম অস্থুম লাপ্লোকলম্মী ; শহরগী মনাক নক্লকলবদা লৌবুক লমহাংগী শক্তম মওখিরম্মী। ঐখোয তাদদি লম্বীশিং অছু মশক খঙবগুম তৌই, অদুবু মাদি মগৌশাদগী ব্রা পংঙাং ঙাংদে, অদগী মথক্তা সুংইং অদুদা ঐখোয অনীনা চংলিবহু হবাগ তযামনীঙায় মরম লৈরমদে। ঐখোয অনীমক তুমিন তুমিন চংনরম্মী। অদুমকপু ঐনা মরক মরক্তা হংলম্মী, "তাদা ঐখোয়না চংলুগদবসি কদায়দনো?" "চৈরাপ কোর্ট হায় বিচার লোইশঙ অছুদনি।"

"মক্কম অদুদা ঐখোয়গী লৈত লাইরসি হায়জকুগদৌরিবং?"

"মখোয়দস্থু হায়জকুগনি।"

"মখোয়না য়াবীরক্ত্রবদি।"

"লাইনা তম্বা হায়বছুনি।"

"মাম্ম চাওয়াইমাদা ইবোক্তা লৈরিবৈদা পেশা ভঞ্চাই অমা শিংখে হায়বদায়?"

"উম শিংখে অছুবু মহাক্লদি শিংত্রি হায়রি।"

"অছুদি কমদৌনি?"

"ঐহাক্সু খঙদে।"

"খুল্লাকপনদি করি হায়?"

"মহাক্তা য়ানবা ঙাংনৌ হায়।"

"হৌজিক মহাক্তি করি হায়রিবগে?"

"কয়ারক চত্তুনা হায়জরুরবনি, মহাক্লা হায়বা হায়রবু মাগী শেন্দু শিংউ অসিনি।"

"অহুদি কমদৌনা শিংগনি ?"

"ঐখোয় অনীনা নোম-চৎলগা শিংগদবা মতায়, কনানা শিংবীগদগে ? মাগী শেল শোয়দনা শিংগনি।"

করম্না নোমলগা কদায়দা নোমলগা অহুপ য়াম্বা শেন্দু শিংগদবনো হায়বসি ঐগী য়াথম্না লাম্বা ফংলমদে। মথা তানা অমুক হংলমদে। ফনা য়াম্না শাংনা লাকলগা অচৎ অওকশিংদা তাদনা চৈরাপ হায়বহ্ কদায়দনো হায়না হংলম্মী। অহল অমনা খ্বায়রম্বন কৈথেল য়ৌদ্রিংদা সরকী য়েংথংবদা চেকী দলান অনীথক লৈবনি, মমাং থংবা অহু চৈরাপ হায়বা লোয়শঙহুনি, অসুম্না তাকপীরম্মী। ঐখোয় অমুক চথৎলম্মী। হায়রিবা মফম অহু পংলাপ লাপলমদ্রে, লৌ কৈদোম অহুমলোম চথৎলগা, অহল অহুনা হায়খিবা লোয়শঙ অনীহু উরম্মী। অহুমক্তদা তাদনা চৎলম্বশিং অমদা অমুক্সু হংলম্মী ; শোয়দ্রে তাকপীরক্লহুনা লোয়শঙহু তম্না চঙশিল্লম্মী।

অয়ুক ঙস্থা হৌগত্তুন লাকপনি, ঐখোয়না থুঙঙ্বদা মুমিৎ ফনা য়াম্না কাররলে। লোইশঙগী অকোয়বদা লৈবা পংচাও চাও-দবা লমহাং অহুগী মচি মচিদা মী অনী অনী অহুম অহুম চোইনা চোইনা ফম্লরম্মী, চৈরাপ কৌই হায়বা লোইশঙগী কাথৎফম সিঁড়ি মনাক্তা মাম্ম চাওয়াইমাসু কনাগুম্বা মীওই থরগা য়ারী-য়াতাই শাহুনা লেপমিন্নবা উরম্মী। মহাকপু হেক উরুবদা ঐগী পুক্নীংদা ইথঙ থঙহৌদনা মুংঙাইতবা, শাউনীংবামা পোকখিরম্মী। মহাকসু ঐখোয়বু উরগা মিংলৈ-মায়রৈনরম্মী। অহুডঙ ইবোক্লা লৈরিঙদা নোংমা মুমিদাং শন অমা চেক্নকঙগী হাক্তক্তা ঐনা থঙখিবা চাও-

য়াইমা অহ্ নংলমত্রে। পংকুই কুইবনা চরাংনরিঙৈ অসিদা লোই-শঙগী মাঙ্গোল্দগী নহানমুক ঐখোয়না লৌফমদা লৈরিঙৈদা ঐখোয়বু খিরক্লম্বা মীওই অতুগুম্বা, ফিজেৎ চাকচা মান্নব, কোইয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা, দোলাইপাবা অমনা অহানবদা চাওয়াইমাগী মিং অতুদগী ঐখোয় তাদগী মিং মথংদা ঐহাক, মথং মথং কৌরকলম্মী। ঐগী মিং হেক কৌরকপদা ঐহাক খংপ্রেক খংলম্মী। তাদনা পুৰীতুনা ঐখোয় অনীম্মু লোইশঙ মমুং তাম্না চঙশিল্লম্মী। লোইশঙগী সিঁড়ি হেক কাখংশমক্তদা দোলাইপাবা অতুনা ঐখোয় তাদগা ঐগনা শেৎলিবা কৈংক্লামগী কুপ্পাহ্ য়েপখৎলু, ঐখোয়না ইল্লিবা ফিয়িন অতুম্ লেংহুন নায়গম্ তাকপীরম্মী। ঐখোয়না মানা হায়রিবতু তানবা শেম শাবদা হৈতবা উরতুনা মহাক মশামক চঙশিল্লক্লুনা ফিয়িন চাকয়িন শেম্বীরম্মী। মহাক্না মাং থাতুনা ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক লোইশঙ মমুংদা চঙশিল্লম্মী। হেক চঙবগা মাঙোলগুম্বা ইহাং হাংবা কা অমা, অতুদগী চেক্কী শুম্ তৈবা য়ুম্বীরেন অনীগী ময়ায় ফাওজিল্লগা চাওরবা মরাক ময়ুং মান্না উবা কা অমা ফংলম্মী। কা অসিগী খা থংবদা শুম্ তৈবা চেক্কী ফক্লাং অতুগা মায়কৈ অতুম্মক্তনা অচৌ অচৌবা য়ুম্বীরেন অনী অনী লৈ। নোংপোক নোংচুপ মায়কৈ অনীদা য়ুম্বীরেনশিং অসিগা পান্ননা, উনা শারংগুম্না ইরল-লম্না খ্বাংমুক ৱাংনা খাগত্তুনা লৈ, খারিবা অসিগী ময়ায়দা চঙফম কাৎলি। ঐখোয়না চঙশিল্লিবা কা অসিনা শঙ অসিগী ময়োম্নি। নোংপোক নোংচুপ অনীদা উনা লম্না লম্না খাগৎলিবা অসিগী ৱাংমদা কা অমমম লৈখি। নোংপোক থংবা কা অদোমদা ফক পরেং থারগা মী খরা ফম্লম্মী, নোংচুপ

থংবরোমগীদি ইহাং হাংলম্মী। কা ময়েংল অসিগী খা থংবদা লৈখিত্রবা কল্লাং শিংখোং মক্তদগী কাগী তঙ্খায় য়ৌমিংচিং তৌনা নোংপোক নোংচুপ্তা লম অমমমরোম থাদোক্লগা খুবোম অময়োম য়াংনা চেক্লা চনখত্তুনা কাংথক হাবগুন থোঙ্গংতুনা শেম্বা ফম্বাক অমা লৈরম্মী। ফম্বাক মথক অসি তক তহেল্লি, ফক-মুং অমত্তা থাদে।

ফম্বাক মথক অসি নত্তবা, কা অসিগী অনেম্বা লৈমায়থক অতুগী নোংচুপ থংবা অদোমদা খা অয়াং পরেং শানা কোইয়েং ফৈয়েং য়েংপা, চন্দন চয়া নিংখিনা থিল্লবা, কিডৌমক্তা শেৎপা মতীক মগুণ চাওনা উয়বা, অহল ওইদা ওইবম্ব নম্রিব', মীকোক তরুকথক, অঙাংবা ফরাংজি মথক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মমাং খয়া চখৎলগা শেঙ্গেংগী চায়শেন অমা অমম্বুং লম অময়োম শাংবা য়াইরী লীচৈ মঙা ফক মচা অমগী মথক্তা থাদুনা থম্লম্মী। অমুক মসিগা মায়োক্লবদা নোংপোক থংবা অদোমদা ফক অমদা ময়েংবান্দা ফি য়াল্লবা মখোয় মরী মঙা, অঙগশিংগী পাম্বোমনি হায়, অমম্ব ফমলম্মী। মখোয়গী ওইশংবা অদোনমা মাং চখৎলপ তৌনা মাংদা লাইরিক ফানগুম্বা অমা থাদুনা হেড 'গিরানি' বাবুনি হায়বা অমম্ব ফমলম্মী।

ঐখোয়না হেক চঙশিনখিবদা চাওয়াইমাদি হান্নমা অহানবা চঙফমগী, ঐখোয়গী য়েং-ওইনমা লৈরিবা, যুম্নীরেল অতুগী মাং ওই-রপ্পা ওইথংবা মখুউনা লৈপাক তারগা, মখুৎ অনী লোম্নদুনা ফম্লম্লে। মকোক্তা কোইয়েং অমম্ব য়েংলম্মী। ওইথংবদা লৈবা যুম্নীরেল অতুগী খা থংবদা, কাগী মমুং থংবা অদোমদা দোলাইপাবা

হুঙ্কধনি হায় অমা ফমলম্মী। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু মুম্না য়েংলগা কা অদুগী খা থংবদা লৈবা ফম্বাক অদোমদা মখুৎনা থিল্লগা, ''শ্রীযুৎকী থুদা অদোমদা ভক্তি কংলু" হায়না তাকপী-রম্মী। ঐখোয় অনীমক দণ্ডবৎ তৌদুনা থুরুমলম্মী। হেক হো-গৎলকপগা করাং জিথক্তা ফমলিবা মখোয়রোমদা ঙনশিন্দুনা, "ইঙোশিংদা ভক্তি কংলু" অমুকস্থু তাকপীরম্মী। মানা হায় হায়বত্থু তৌরম্মী। থুরুম্বা লোইরগা মাগী মনাক য়েৎলোমথংবা অদোমদা ফম্মু হায়না তাকপীরদুদা ফমথরম্মী। ফমথবদা অহল অদুনা, "অদুম্না ফমগদবা নত্তে মীনা তৌরিবসি উচ্ৰা" হায়দুনা থরা কল্লপ হায়রম্মী। মহৌশা অমুক্তা ফমলক্তবা ফমফম ওইবদুদা তাদস্থু ঐস্থু ফমফম অদু হেক তাবা ঙমলমদে ; ঐদি মদু তানবা হোৎনবদা অমুক অনীরকস্থু তুশিল্লম্মী। ঐগী ইতৌদু উবদা অঙম্বশিং অদু হৌদুনা নোক্লম্মী, ঐস্থু নোক্লম্মী। ঐনা নোকপদু উবদা দোলাইপাবদুনা য়াম্না শাওনা য়েংলগ, "মচোং মপাক নাইদবা করম্বা অঙাংনো" হায়না চৈরক্লম্মী। কিবোই থংবোই হোৎনবদগী চাওয়াইমনা ফমলিবা ফমফমদু তারম্মী।

ঐনা কোইয়েং য়েংখিবদা কা ময়োল অসিগী ককলাং মতোন অকোইবদা লাইতিন য়াম্না য়েক খোৎলিবদু উরম্মী। খা থংবা মতোনগী ময়াম চপ চানা মৈতৈগী শক মানদবা, ফিজেৎ চাকচা মতা অমা ওইনা শেৎপা মখোয় অহমথক য়েক্লম্মী। মখোয়গী নাকয়েত্তা লাইতিন মানবা কয়া অমস্থু য়েক্লম্মী। মোইরাং লাইজি পাংবা কাচিন অদোমদা মৈতৈ মপা, নিংথিমা কোইয়েৎ য়েৎপা, মগুণ লৈনা উবা, শকন অমগী মূর্তি য়েক্লম্মী। নোংচুপথংবা

অদোমদনা হিয়াং তোংবগী কিজেং শেংপা মুপা অমনা কাও কাবা, কৈদা তানা থিনবা, অতোপ্পা অমদনা অনা লাইকয়বা অমসুং লৈশাবী অমনা অহল অমদা কা লানবনচিংবা য়েকপা উরম্মী। নোংপোক থংবা অদোমদনা অকিবগী মশক কংলবা মীওই মূর্তি, মীবু মবুক থায়দোকপগী, মৈদা হুক্তিন্দুনা চাকহনবগী, উচেক রায়ানা চীকপগী, থাংদা থাক্তুনা তৌবগী, ওহোক ওহোকপা কিতম উত্তুনা য়েক্লম্মী। অরাং থংবারোমগীদি কোক মপা থোকখিবনা য়েংবা ঙমলমদে।

লাইশিং অসি য়েংবদা মুল্লিঙৈ তাঙ্গা অসিদা ঐখোয়গী নাক্তা কপ্পা দোলাইপাবনা চাওয়াইমাদা 'রাশকউ' হায়খিবামা তারম্মী। মতু তাবদা চাওয়াইমানা অসুম্না রাশকলম্মী,

"ঐনা ঙসি ইবুংঙোশিংগী স্না চরন্দা হঙ্গচ্ছগদৌরিবা অসি অচুম্বা ঙাক্তা হঙ্গচ্ছগনি, করিগুম্বা অয়ানবা য়াওরবদি খাংজেংনা থঙগনি, কুমশিগী মতৈ মরোং চাদবা ওইজগে।"

রাশকপা লোইরবদা ঐখোয়গা মায়োক্লনা ফমলিবা হেড 'গিরানি'না অম্নুম্না হায়রম্মী,

"নহাক্কা হঙ্গংকদবতু হঙ্গংলো।"

চাওয়াইমানা হায়রম্মী, 'স্না চরন্দা ননাই ঐনা হঙ্গচ্ছরিবদি অঙাং অনী অসিগী মবেনবোকা, মগুমুপা অহল থৌবা হায়বসিগা অনীনা অহল অতু লৈরিঙৈদা ননাই ঐঙোন্দগী লুপা চাম্নথক লোতুনা মখোয়গী ইথোনতু ননাই ঐঙোন্দা য়োল্লি। চহী মরী থরা কল্লগনি। দলিল তৌনৈ রেজিষ্টার তৌনজে। মহাকীদি কনাম্নু লৈজত্রে, মতম থরদং লৈজগে হায়রুনা ননাই ঐনা লৈহল্লি;

অহুদগীদি ননাই অহু মশা শোজিন্নক্কে, ইথুন মচানি হায়হুনা হেক তাম্মোকপা ঙমদহুনা লৈরিভেদা মশা শিদোকথিবনা হানখে। হৌজিক্তি ননাইশিং অসিনা লৈজরি, চৎপু হায়বসু য়াদে, স্না চয়ম্না কপা তৌবীহুনা ননাই ঐগী ইথোল অসি কংহনবীয়ু।"

মাংদা কপ্পা সুপাহুনা চে অমদা মানা হায়রিবহু ইশিল্লম্মী; ইশিল্লগা অমুকসু হংলম্মী, "মখোয় অনৗসিদি য়াম্না নৌরি, মপা-মমাকা লৈত্রবরা?"

চাওয়াইমনা খুমলম্মী, "ননাইশিংশি লৈত্রবা হায়বহুনি।"

"শেংনা হায়য়ুদনা।"

"লৈত্রে ঐজ্ঞা।"

"মপা-মমা লৈত্রবদি মখোয়দি কদায়দা লৈগনি, অতোপ্পা ইথোল অমদি লৈত্রা?"

"লৈতে ঐজ্ঞা।"

অঙস্বাশিংগী মরক্তগী অমনা,

"হাইস করম্বা সুপানো! অদুদি মখোয়দি উক্রাক্তা য়ান্দুনা লৈগদ্রা?"

ঐগী পুক্লীংদা 'তস' হায়বামা ফাওরম্মী।

চাওয়াইমানা অমুকসু খুমলম্মী,

"ননাই ঐগীদি মখোয়না য়োনবগী লৈজবনি।"

"হোয়নে অদুসু চুম্মীনে। অঙাংশা শেনবুগা থৎনবা হায়বসে মহাজনা থক ফায়বা হৌনদে। নখোয়দি কমদৌবা তারি?"

তাদনা খুমলম্মী, "ঐখোয় ইবোক্তি ইথোল য়োনবা নত্তে।"

"অং অং কমদৌবা জাৎনো?"

"পৈশা পুবনি পৈশাদগী তখাই'মদি শিংখ্রবনি।"

"পৈশা কয়ানি হায়বগে, নংদি কম খণ্ডুই?"

"ইবোক্লা পুবদ ঐস্থু য়াওই, লুপা চাম্মনি, হাকুম হাকুম অমগী চিংজিন্দা পুবনি। ওগ্লকপা চিংভিন্দা শন য়োন্দূবা শিংখি, খুল্লাকপা হোয়স্থু খণ্ডিপোৎনি। হৌজিকস্থু অরাংপদ শিংভগে হায়রিবনি।"

"মুপা অঙাংশিংসিনা হায়রিবসি চুম্মনে, চুম্মবদি কৈদৌই শিংহল্লুদনা?"

"কদায়দগীনো ঐঙ্গা নমাই ঐহাক, স্না চরম্না ফুপা তৌবী-গনি, শেম্ছংবা নচ্চদে ইখোল লৈজবনি, রেজিষ্টার তৌবা দলিল য়াউজরি।"

চে অমা পীশিল্লি; চেত্থু পারগা অঙম্বনা অম্থুম্না হংলম্মী,

"দলিল ইচাও চাওনা লৈরিসিদা নখোয়না শেল পুবনি হায়সিবু কলি চঙলবা হায়বত্থু ওইরে। অসিবু বিচার অমুক তৌখিরনে, মশানা রায় তাবা হেক্তা য়ারবসিবো।" অঙম্বশিং মহৈ মহৈ ওমশিন্নহুনা য়েংনরম্মী।

মখোয়গী মরক্তগী অমনা অমুক হায়রম্মী,

" অঙাংশিংসিবু মখোয়গী অবস্থা মতাসিনা ওইদবা ঙাংগনি থাজদে। অঙাংশা! পৈশা শিংবদি খণ্ডহৌবা লৈব্রা?"

তাদনা, "খুল অয়াম্বা খণ্ডই।"

অঙম্বনা "অহুদি বিচারসি য়ৈথোক্লগা সাক্ষী সাবোদ লৌবনা কপদ্রা? নখোয় অমুক্তুং মপান থোকউখো।"

মখোয় মশেন ওনশিন্নহুনা য়াভায়হৌরে, ঐখোয় অহুম্না

মপান্দা তানখোক্লম্মী। মপান হেক য়েৌরকপদা অসাই মথৈ হং-নীংনা থাঙলক্লকবা রা অমা ঐনা চাওয়াইমাদা হংলম্মী, "ঐখোয় ইবেঙ্কা নঙোন্দা ইখোল য়োল্লম্লুনে?"

"হায় অঙাং নংনা খঙপোং নত্তে।"

"করিগী খঙদনি ঐখোয় তাদনা হায়রিসিদি!"

তাদম্ম পাংশিল্লম্মী, "মাম্মনা নহান ঐনা হায়জবদদি শেল শিংউ হায়রগা ঙসিনা ইখোল কৈবনি হায়না হায়রকইবদি করিগীনো?"

"নংম্থ দলিলদা সোই তৌখিবা নত্রা?
হৌজিকস্থ নখোয়না লৈজরবদি শোন্দোয় শেল্লেপ লুপা চামরীত্থু হেক্তা শিংউনে।"

"চামরীদি করিগী য়াথৈতগী শেন্দোয় নত্রা?"

"চাম্মগীনি।"

"য়াথৈ অমা ইবেঙ্কা শিংখিবত্থুদি?"

"অত্থুদি শেনকম অমগীনি নংনা খঙবপোং নত্তে।"

"করিগী খঙদনি নহানদম্থ মাম্মনা হায়খিবত্থুদি?"

"চবেং চবেং ঙাংগম্থ নখোয় অঙাংনা খঙবপোং নত্তে মসি বিচার লোইশঙনি। ঐগীদি চে থাগ্রবনি অঙম্বাশিংদা হায়জরুচো।"

"নহান মাম্মনা শেল শিংউ হায়বত্থুদা হায়বনি।"

মহাক পাউখুম অমুক পীরমদনা লৈথোক্তুনা চংগ্রে; ঐখোয় অনীনা মাগী মনাক য়েৌনবা পরপ পরপ তান্নৈ। লোইশঙগী শঙকম অত্থুগী নোংপোক পাংবরোমদা থোক্লকপদা মুপা অমন্দা চাওয়াইমাবু মথুৎ হত্তুনা কৌশিনগ্রে; ঐখোয়স্থ মাগী মনাক তান্না চঙশিল্লুবদা মুপাদুনা ঐখোয়রোমদা য়েংলগা, "অনীসিরনে নংগী রাপা হায়-

'দ্বো ?" অমুম্না চাওয়াইমাদা হংলম্মী, মহাক্তু মানি হায়না খুম্লম্মী।

মুপাদ্না হায়রম্মী, "মীগী মপোক্তা তাংদ্না করি কাম্নগনি, খুলগী অহাংবা লম মচেৎ অমক্তা লৈত্রবরা, য়ুম অমা শারগা হেক চোংথোকউদনহায় !"

ঐনা মুপাদ্দা মুম্না য়েংলম্মী, মহাক্না ঐবু য়েংলগা শাওরংননা হায়রম্মী, "করম্বা অঙাংনো মখিৎ অসি চোংথোক্দবা মথৈ য়েংইনহায়। ঐগা খংনবকা ওইরবদি খুবাক চানিসে। —সিগীদমকপু নংনা কেশকা তৌদ্না কারিসিদ্ন তনবীরেদকো ইবো। হোরেন চৎখ্রগা নপা-নচা চঙহ্না য়ুম অদ্, কোক শিদোক্লগা মৈচম হেক ওইনথোকউবা !"

মাগী রাঙাংদ্ তাঙমখিদে। খঙহৌ উহৌদ্রবমকসু চাওয়াইমানা খুমখিবা রাদা ওইদবঙাক খুমখিবগী শাওনীংনা লৈরিবৈদা পোকপদগী মশক ইশক খঙনদি্রা, মগ ঐখোয়গা মরি করিসু লৈনখিদবা মুপা অমনা রাম্না থওই উশিত্তনা ঙাংখিব রাঙাংদ্ করি হায়রগা মপা চাবনো হ'য়বা অমুক খলহৌবা ঙমহৌদে। ঐনা অমুম্না ওনশিল্লম্মী,

"নত্তীক লৈরগা শিরোরাউ ?"

"মচিনবু থিনহায় মসিগী অঙাংসি, নচিন্দুদা খুবাকসিনা থা'জল্লবদি"

ঐহাক তম্না মুপাহু চঙশিল্লক্লম্মী, তাদনা ঐবু শাগন পায়দ্না চিংথোকলম্মী, ঐনা মানা চিংথাকপদ্ থাংলম্মী। মুপাদ্না চঙশিল্লকপহু ঐগা থেংনগদবা পংলাপ লাপ্পরমদে অদ্বু চাওয়াইমানা থত্তনা ঐখোয় অনী মারোক্লখিদে মারোক্লরম্নবদি করি থোক্লরমগদগে খঙদে। ঐখোয়বু অমুম্না থাবদোক্লবদা ঐগী থুজেং পায়রিবা

তাদগী খুৎকমদগী ঐভোন্দা ফাউরম্মী, মহাক্কী মশা চেং-থৈবগুম তনীক তনীকই, মখুত্তা কাখিবা হুমাং লৈরীকস্থ ঐগী খুদাংদা মরীক মরীক কারম্মী। মাগী মমিং অনীমক কোরী শংবগুম তঙাং তঙাংলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "শাওরুখিস্থ নীংথেম, শাওরুখিস্থ।" কয়স্না শাওনীংলোই ; ঐনা তাদবু পুক্নিংদা নিন্দা তৌরম্মী, মহাক্কী থম্মোয় অসিবু করিনবু শাবনো, লৈনরিবা খুমবু মৈ থাদোকউ হায়রফাউ শাওস্থ হায়বসিবু, মহাক অসি করম্বা মীওইনো, করিগী অস্থপ য়মলিবনো। ঐহাক মাবু ভুকচরম্মী।

তাদনা পুন্থনা লোইশঙগী নোংচুপথংবা অদোমদা থোকমিস্নরম্মী, চাওয়াইমগা মুপা অন্থগা করি করিনো ঙাংনহৌই, ঐখোয় তাদগা ঐগবু চৈহৌবগুমস্থ তারম্মী। কিগল্লবা ইয়াম্বনা ঐবু ফান্থনা, নমন্থনা, চিংন্থনা পুথোকপীরক্লবদা ঐগী থোনা পুম্বা ফুদোকচবা ঙম্লমদে।

মুমিং ফনা য়াম্না লৈথপ্রবা মতুংদা হাম্নগুম্না ঐখোয়বু অমুক কৌশিল্লম্মী। লোইশঙ মমুং য়োরবদা ঐখোয়গী কেশ য়েথোক্লে হায়ন্থনা ঐখোয় তাদবু মমিং ইহল্লগা মথংগী তারিক্কি হায়ন্থনা চেজেৎ অমা পীরম্মী। তাদনা চিংন্থনা ঐখোয় অনীমক ঐখোয়গী য়ুম তাম্না অমুক কুমলক্লম্মী। অন্থপ শাংলবা লমশাংন্থ লাকপদা ঐহাক তাদগী মফমদা য়া-মতা হৌদোক্লমদে, ঐগী অকোয়বদা করি থোক্লিবগে হায়বস্থ খঙসমদে, অসাইগী মুপা অন্থনা হায়খিবা অদুতা মতারম্মী। ঐনা খল্লম্মী, করিগুম্বা ঐখোয়গী শেগায়রবা য়ুম অন্থবু মহাক্না হায়বগুম্না শিদোক্কে হায়ন্থনা অমুক্তং লাক্লবা মুংঙাইপ্রনিদা। অসিনস্থ খল্লম্মী, মথংগী তারিক মুমিং অসি ।

ঐগী ইয়াম্বা অসিগা অমুক হন্না লোয়শঙ অসিদা লাকচররোই, মীগী অথীবা, থওই উশিত্তবা য়াঙাং অসি তাগদো শরুক মথোয়না পাম্বা অমা তৌজররুসনু।

ঐখোয়গীদি হৌজিক হৌজিক্কী চাদ-থক্তবা য়াদবনিনা তাদগা ঐগা মহৌশাগুম শু-চংলম্মী। চাওয়াইমানা নোংমতা মাগী শেনফম পসিগী বা হৌদোক্লকখিদ্রে, খুল্লাকপনদদি ঐখোয় তাদদা য়াফম অদু হৌদোকপী অদুবু ঐখোয় তাদনা খুম্বা ঙাংবশিংদু তানীংদদুনা ঐহাক কয়া য়াওরমদে। মহাক্কীদি চাওয়াইমাদা হায়জনীংবগী য়াফম অদু শুকতোক তোক্লমদে, মাগী বা অদুদা খুল্লাকপনসু থোদোংলম্মী।

নোংমা মঙানি তরানি হৌরবা মতুংদা খুল্লাকপনা চাওয়াইমাবু মাগী ময়ুমদা লাকউ হায়খ্রে, ঐখোয় তাদবুসু লাকউ অরোইবা অমা ঙাংনখোকসি হায়না মখোয়'নি চিবোন চিবোন ঙাংনবা তারম্মী। য়াফম অদু তাদনা ঐঙোন্দা থওহনবীরমদে ; ঐসু অহানবদা য়াওনীংলমদে অদুবু মুমিদাং মহাক্না মথন্তা খুল্লাকপগীদা চংখিবতুদা ঐসু চংনীংলম্মী ; মহাক্না চংরবা মতুংদা ঐসু চংলম্মী। খুল্লাকপগী মমাং শঙ্গোয়দা পোদোল মচা অমা থাল্লদুনা মখোয় অহুম য়ারী শাম্নরম্মী, ঐনা য়েনথাদা থৈজিন্দুনা মখোয়না ঙাংনবদু তারম্মী। ঐখোয় তাদনা শেল তঙ্খাই অমা শিংথ্রে লেমহৌবা তঙ্খায়দু শিংগৎনবা মতম থরা ঙায়বীয় হায়বদা চাওয়াইমানা শেল শিংগৎখিদ্রি, ঙাইবসু ঙম্মোই হায়না শিংথাং থাংলম্মী। খুল্লাকপনা অঙাং ঙাকুনি, ঐখোয়গী খুনগীসু ফজদে মখোয় অনীসিবু কদায়দা চৎহনখিগদগে শিংগৎহনসি হায়না য়ানবীরম্মী; অদু কাউবদা চাও-

য়াইমানা য়ারমদে। মমৈদা তাদনা হাঁয়রম্মী, "মাম্ম, অঙাংনি হায়ফুনা ঐখোঁয়বু মীনম্বা তৌবীমু, মাম্মগী অৱাংপা শেলদগী হেন্না ঐখোয় পাই অমত্তা পীবা ঙম্মোয়। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক ইবোক্না লৈরম্বা য়ুমসিদা থরায় হেক্তা থাগনি, ঐখোয়না হায়জবসি য়াদ্রবদি মাম্মনা অপাম্বা তৌ। নহান মুপা অমনা ঐখোয়গী য়ুমসি শিদোকউ, মৈ থাদোকউ হায়বদায়দো, ঙম্মগা শিদোক্লোলাউ। ঐখোয় ইচিন-ইনাও লৈরমগনি। ঙসি হায়নরিবা অসিনা অরোইবনি। ঐখোয়গী থরায়না লৈরিফাউদি ঐখোয় ইখোল অসি থাদোকলোই।"

"কোর্টকী হুকুম মতাবী মরাইনা লাকচগনি। নরীন পংফ ফগমুদা।"

"কোর্ট কোয়াংকা থংদে, মতুং তারিক্তা অমত্তা চংলোই। য়ারে শেল অতু শিংগৎকনি, য়াজ্রে ঐখোয় অনী ইখোলমুং অতুদা থরায় থাবা হায়বতুনি।"

"নরীন অতুপ ফগমুদা অঙাং! নখোয়গী নচংকা হান্নরবদি নহান্না য়ুমতু শিরগদবনি। নবেন অতুগী য়েংবগী তৌবনি।"

"শিরো লাউনে হৌজিকমু।"

তাদনা ফম্বদগী হৌগৎলম্মী, খুল্লাকপনা থামই—

"নখোয়বু খংনৌ হায়তুনা ঐগীদা কোবা নত্তে।"

চাওয়াইমা, "খুল্লাকপমু মীচং নায়বীগমু ঐহাক ইখুত্তা রেজিষ্টার দলিল পায়রিবা মীশক অমনি। মখোয়না নে নে থেম্বগী শেল থংবনি।"

"শেল থংবা ওইরবদি শিংগে হায়বসি কয়িমু কায়দেনা। নহাকমু অহল অতুবু থরা ময়েংউ হায়বনি। মঙম অমদা মপান

ফরম্বনি; নংস্থ মাগী মপান মথুম চাখিবা নত্র:না ”

“ঐদি পৈশা পাই অমা মাগুবা ওম্মোয়। শিংগে হায়রগা তাম্বিক লাক্রিঙৈসিদা শিংহল্লু।”

হায়রম্লগা চাওয়াইমা হৌগত্তুনা থোকখিরম্মী। মহাক চৎপ্রবা মতুংদা তাদনা খুল্লাকপগী নাক্তা কম্না কম্না থম্মোয় শোক্না কপ্পা ঐহাক তারম্মী। মহাকপু ঐনা লাম্না তুক্কচরমলে; মাগী কপ্পহু তাক্সরগা ঐস্থ মিত্তগী পি শিন্থরম্মী। অমুক তুমিন্না লৈবা ওমত্রহুনা মাগী মনাক তান্না চওশিল্লম্মী। ঐবু উবদা মহাক ইওক ওক্না কপ্লস্বা তোক্লম্মী।

খুল্লাকপনা তাকপীরম্মী, “খওদে ইস্থশা মাগী মশাদা মুংশি মুংওনগী মা অমত্তা পোকখিদে। ইমিৎনা ইথোওনা উহৌবদি নত্র-বনিনা নথোয়না শেল শিংগৎখি হায়বহু ইপা-ইপু পন্দুনা রাশক্লুনা থুম্বা ওম্মরোই। অহুগা ইখোল অসি চুম্না পম্বনি লৈবা য়োনবা নত্তে হায়বাসিবুদি ইপুনা থুম্বাবা ওম্মী।”

তাদনা কমলম্বদগী মকোক লৈপাক তানা খুল্লাকপদা থুরুম্লম্মী; মহাক্না হায়রম্মী, “অহুবু খুম্বীরবদি ইবোক্না থম্বিরম্বা ইখোলসিদি ঐথোয়না লৈজবা য়াই; শেল অহু ঐথোয়না শিংজগনি।” খুল্লাকপনা হায়রম্মী, “ইশুশা খাংজেং খুরুম্মু, চৈরাপ হায়বহু নিংথৌগী লোইশঙনি। অহানবদা সাহেবনা লাকপা কুইন্দ্রিঙৈদা ঈনা কুপ্তুনা শাখিবনি। কুইখিদ্রি চেক্লা শাখিবা, লোয়শঙগী মহুংদা অকোয়বা কাং-দোলদা য়েক্লিবহু উৎরিনি। থা থংবদা ময়ায় চপচানা য়েক্লিবহু বিলাটকী নিংথৌ, মহারাণীনি; থা থংবা কাচিন অদোমদা য়েক্লিবহু হৌজিক পাল্লিবা শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচাঁদ সিংহ কৌই। নোং-

পোকলোমদা য়েক্লিবশিংহ্নুনা ভইদবা ভাংবগী, তৌহৈদবা তৌবগী, পুকমুংদা লৈবা 'মুনি' হাৎপগী দগি ময়াম হয়েং শিরগা ফংগদৌবহু তাকলিবনি। নোংচুপ থংবা অদোমগীনা লান্দবা খম্বনা কাও ফাবগী, কৈ ফাবগী, ধর্ম লৈতবা নোংবাম্না কৈনা শোকপগী ব্রায়ী তাক্লিবনি। লান্দা লাল্লুনু লাইনা তম্বা লাকনি।"

বিচারগী তাৱিক হায়বহু পংলাপ লাপ্লমদে, হেক্তা ময়ৌশিল-লক্লম্মী। ঐহাক চংলরোই খল্লম্বনি অহুবু খুল্লাকপনা ঐখোয়গীদমক খুম্বীগনি অহুগী মশক্তা অভম্বা ফনাগুম্বা অমগী মফমদ ইচিন-ইনাওবু পুশিনবীহ্নুনা ব্রাফম অসি তাইনবীগনি হায়রবদা নোংমা ব্রাংলিভে মুমিদাং ব্রাইরমদা য়ুম্ফাললোমদা কাথংলম্মী। মুমিদাং কৈথেল হায়গংনরকপা অহুব্রাইদা খ্যুয়রম্বন কৈথেল ভচৌবা ফংলম্মী। খুল্লাকপনা শেল পুখোকপীহ্নুনা ভায়োনকম চংহ্নুনা শয়েং অচৌবাম্না লৈবীরে। মহাক্না তাকপীরম্মী, "অচৌ অশাংগী ইমুংদা ব্রাচৎ য়্রানোম চংবা তারবদি করিগুম্বা অমা পুশিন্দবা য়াদে। নখোয়না ভমজদবগী তৌবমি শেল-থুম শরগা কাগোক হাল্লবদি নচিন-ননাওগী উপায় ত্বাম্না ওইগদবনি।" মহাক্না তাকপী হায়বহু মভায় শয়েং অহু লৈবকাও মহাক্না শেল পুখোকপীরবদা ঐখোয়না কদায়দগী কাগোক হান্নবা শেল পুখোকচবা ভমগনি। তাদনা অম্মুম্না হায়রম্মী, "শয়েং লৈবগী মখায় অমা অসি ঐহাক শিংজিন্নগনি। অহুগা য়ারবদি কাগোক হানবা হায়বহু কয়া য়াম্না হান্নবগে খুল্লাকপনা পুখোকপীয়ু ঐখোয় অমুক শিংজিন্নগে।"

"অভানবম্মু চয়োম অচেনবম্মু চয়োম হায়না ইপুনা হায়খিবদো অহুনিনে ইগুশা! লাইব্রবা নংনা মনিং থুংহনবা ভংমায় ফায়বগী

ইপুনা শয়েংসি পুসি হায়রনি। চাওয়াইমাহোয়াদ খুৎ কল্লি, মহৌশা মহৌশাদগী বাচৎ য়ানোম্বগী থবক য়াম্না হৈশিংই, খুরখুলগা ইপুগা ইরোইগী হাক্তকা খৎনখিবত্থ মহাক্না লম শাত্থনা উচিন নাচিন্না ইপুনা ওমহৌই, শেল তিংজরবস্থ। নহান্না মাগী মী-ঙাক ওইরম্মনি, অঙৌবনা মপুক চোল্লমগনি। ইপুনা হৌজিক চৎকদৌরিসিস্থ মানা অহৈঙে পুশিনবদগী অস্থম থঙনহৌবনি। চৎলসি লাকও লাইবক য়েংবা হায়রত্থনি মাগা মান্ননা শেল তিংবস্থ ওম্মোয় নখোয়না।"

ঐখোয় অহুম্মক খ্বায়রম্বনগী চেক্কী থোং নম্বোনবী লান্দুনা মথা পাংনা অমুক কুমথরম্মী। করি লম কৌবগে, করি খুমো থওদে লৈয়ক অমদা পুশিনবীরম্মী। কোম্থোং মরী মঙা লাম্থোক্লগা ইমুং অমদা চঙশিল্লে। মাঙ্গোল্দা লালটেন থাউমৈ থান্দুনা অঙাং অমা অমীগা অহল অমগা লাইরিক ঔরাইরম্মী। খুল্লাকপনা অঙাং অমদা হংলম্মী,

"ইমা লৈব্রা ইবুংঙো?"

"ইস ঙাসিদি চাওব্রেদা ঐখোয়গী পুররিবা নত্রা পুশিনগ্রগে।" অঙাং অত্থনা খুম্মী।

"পুশিনখ্রে পুশিনখ্রে।"

অঙাং অত্থনা "ইমা ইমা" কৌত্থনা চেনশিনখ্রে। ঐখোয় অহুমদি চুরীতাফমদা অত্থমক লেপহৌরি। ঙাইহাক লৈরগা হঙ্গাম-মপানগী খুদৈ ফৈজোম্মুক চোন্না শেৎপা, নোজাফুরিং ঙৌরোক ঙৌবা লিংপা, মথুত্তা চিনচুপ হাপ্পা চুরুট থকপা মুপা অমা অঙাং অত্থগা তুংথা মাংথা থোকহিন্নরক্লে। মহাক হেক থোক্লকপদা খুল্লাকপনা মাঙ্গোন কাথৎখিত্থনা খুরুখুদক কুম্না খুরুম্মী, ঐখোয়বুস্থ

খুরুম্মু তাকপী। ইমুংদগী থোরকপা মুপাডুনা মুম্না য়েংলগা হংবীরম্মী, "ঐবু ভাবনা লাম্বা ফংদে, করি লমদগীনো য়াম্বা ?"

"ননাই ঐহাক কাংচুপ চীংখোংদগীনি। খুল্লাকপনি।"

"ও-খুল্লাকপা ! উখিদবা কুইরেদা ঐ নীংশিংলক্লে, করিগীনো, লোইখ্‌বদায়নে নংগী য়াহুবো ?"

"ঐজ্ঞা ননাই ঐগীদি চরনগী কৃপাদগী ওমজখে, ননাইশিং অনীসিগী করিগুম্বা অমত্তং লৈরডুনা স্না চরন্দা হঙ্গৎকে লাকচবনি।"

"মমাং শঙ্গোয় অসোমদা চৎসি অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবা অসিদা মুংঙাইররোই।"

ঐখোয় হৌগত্তুনা চুরিদা কুমথমিন্নরে। মুপা অডুনা ইমুং-লোমদা ওনশিন্দুনা থোদারম্মী—

"হেমো ! হাই, হেমশিং ! থাউমৈ অমত্তা পুরকউ হাই !" হায়বগা য়ৌরকপগা মান্নখিবগুম উই, ঐখোয়না মমাংশঙ্গোই য়ৌফাক্লিরৈঙেদা থাউমৈ য়ৌরকলম্মী। অরাং থংবা কা অদোমদা অরোনবা ফক অমদা মুপা অডু ফমখে; ঐখোয়বুস্থু মনাক্তা লৈরম্বা ফক অমদা ফম্মু হায়রম্মী। খুল্লাকপগী মতৌ তমডুনা ঐখোয়দি লৈপাক্তা ফমলম্মী।

"করি য়াগীনো হায়য়ু তাসি।"

"ননাই অনীসি তোনবা হায়ববু অসিদগী হেন্না তোম্নিংঙাই লৈত্রে। মবেন অমত্তং লৈজরম্মী লৈখিদে। মবেন অডুনা লৈরি-ঙৈদা ইখোলডু পন্নডুনা শেল থরা পু-মাল্লে। মহাজনদুনা ইখোল লৌরগনি হায়দুনা মথক্তা চে থাদুনা নহানমুকস্থ লেপ্পখ্‌বনি।"

"ও ! ও ! নীংশিংলক্লে চাওয়াইমাগা থৎনবা কেশতু ওইবা

ভারে। চুম্মীনে অভাং অনীশিস্থ কারকইনা হো?"

"অহুনি ঐজ্জা, কেশ অহুনি।"

"মহুগী কেশ অহুদি চাওয়াইমানা লাঁওনা উইদা, রেজিষ্টার দলিল অমা লৈবহুনা হায়বা।"

"ননাই ঐখোয়না খওজহৌবদি ইখোল অহু য়োনবমক্তি নত্তে শেল পুবদা ঐখোয় লরাইগী চৎনবী পোৎ অমা অহুক পমসি হায়বগী পন্নখিবনি। রেজিষ্ট'র তৌবা য়ানবা হায়হুনা লৈবা য়োনবা হায়হুনা ইনখিবনি। থৎদে, ননাইশিং অসি উৎতা তুবা রাইদা হৌগৎলবা ভাক্তনি। স্না চরনদা হৌনবী করি অমত্তস্থ কৎনীংভাই লৈজদে।"

"অহুগীদি লাইরিনে খুল্লাকপা, মহু তৌদ'য়াদে হায়বা করিস্থ লৈতে। হোয় ঐগীদি লাইরি মখোয় অতৈহুদি চাওয়াইমাগী মী ভাক্তা ওইনা উই। অহুস্থ মতোকও হৌজিক্কি শেল পুরগা নখোয়গী পোৎ পন্নবী হায়বসি ভাক্তা মভায়গ্রে হৌজিক কানগী কেশ হায়বু। তৌত্রবস্থ পুকম লৈত, অনংবশিংদস্থ পংরা মরায়বা।"

"মসি অমুক্তং স্ন.বুদ্ধি তৌবীহুনা।"

"ঐতনস্থ ওস্বা নত্তেদো খাংজেংগী কৃপা হায়বহুনি। ঐস্থ মী অমা অনী লাকদৌবা লৈ।"

"স্নায়াথং তাকপীরিবহু মভাই, ননাই ঐখোয়স্থ হুগ্গরগে।"

অমুক হন্না ঐখোয় অহুম্মক খুরুমজরে। মহাক্না ইমুংলোমদা চওহৌরে ঐখোয়স্থ অহুম থোক্লক্লে।

শুক্লা মন্বা অহিং অহুদা কদায় তান্না অমুক চৎক:দৌরিবা খওদনা খুল্লাকপগী মহুং ইন্নহুনা অস্নুম থোক্লকপদা লৈরক মহুং

অহুদা ৱারী ৱাভাই শানহুনা মখোয় থরম্ব চঙলকলম্মী। ৱারী শান্নরিবশিংগী মহুংদা নহান ঐনা শক থঙবা কাউঙমদ্রবা খোনকম অমা ৱাওরম্মী, মহু হেক তারুবদা ঐহাক কোকচাউবী কারম্মী, তাদগী থুজেং প্যায়রম্মী। মহাকস্থ থঙবগুম্না চপ লেপলম্মী। লেংথৈনহুনা অহুম চঙশিনহৌরে। লম্বী পরিং তারবদা তাদনা হৌদোকলম্মী—

"ইপু হৌজিক চঙথিবহু চাওয়াইমাহোয় মাল্লি।"

"ওইরম্বা য়াই, লৈবাকী অওম্বা হায়বসিদি ঐখোয়গী ভাক ওইগে য়াবরদো। নখোয়গী লাইবক্তা তম্বা অমা লৈরম্লগনি।"

থুল্লাকপনা চিংহুনা ইমুং অমদা চঙশিন্দুনা অহিং অহু লেল্লম্মী। নোংডান্নগা ঐখোয় অহুম্মক লোইশঙলোমদা অহুম চংলে। অঙম অথৌশিং কানরক্লবা মতুং ফনা য়াম্না চোম্বরগা নহানগুম্না ঐখোয়বু কৌশিল্লকুনা লোইশঙ মমুং চঙলম্মী। অঙম্বা অমনা ঐখোয়দা অম্মা হংবী, "নখোয়গী সাক্ষী সাবোদতি লৈবরা?"

তাদনা খুম্মী, "লৈ।"

"পুশিল্লকউ অহুদি।"

তাদনা থোকখিহুনা ইপুবু কৌশিল্লুরে। মহাকপু দোলাই-পাবা হঞ্জবনা য়াশক য়াতেমহল্লম্মী। য়াশকপা লোয়রগা থুল্লাকপদা অম্মা হংলম্মী,

"অহল নংবু মখোয় অনীসিনা থংনরিবসিদা করি থঙবগে?"

"ননাই ঐনা থঙজবা হায়ববু ইচে অহুনা লৈরিভৈদা শেল থরা পুই। শেলহু পুবদা ইখোল অসি পম্লে, ইখোল য়োনবগী ৱাদি হায়নখিদে, অসিভনি।"

চাওয়াইমনা মরক থৎলম্মী, "মীগী দলিল লৈরিবা অসিবু ওম্থোক্লা ঙমগ্রেদা।"

অঙম্বনা, "নুপা নহাক্কী নথৌ লৈতে।—মীগীদি রেজিষ্টার দলিল পুগোক্লি ?"

"য়োনখিবা নত্তে পল্লবা হৌনৈ হায়দুনা পল্লখিবতনি।"

"অসিনা লোইরব্রা অঙাংশা ?"

তাদনা, "শেলস্থু তঙ্খায় অমা শিংগৎচগ্রবনি।"

"রসিদ লৈব্রনে অদুবো ?"

"লৈতে।"

"অদুদি কৈদৌননি ?"

থুল্লাকপা খোকহনগ্রে। ঐখোয় পুম্নমকপুম্থ খোকখ্রা হায়দুনা ঐখোয়স্থু মপাল খোক্লম্মী। পুং অমরোমগী মতুংদা অমুক কৌরক্লম্মী চঙখিবদা অস্নুম্না তাকপীরম্মী,

"ঐখোয়না থা অমগী মতম পীরিবসিনি, থা অসিগী মন্নুংদা নখোয়না যেচ্ছা উপায় তৌদুনা ইখোল অসি থাদোকদবনি ; মসি মীনা মমল পীদুনা লৈখ্রবনি। খৎনরুগন্মু, ইরেন্না পীখোকখো। থা অসিমগী মন্নুংদা নখোয় ইখোল অদু থাদোকউকো।"

হুকুম হায়দোকপা হেক লোইবগা হঞ্জবনা চাওয়াইমাদা তস্নুম্না হায়রম্মী, "হাই নুপা রাখৈশেল কংলু।"

চাওয়াইমা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমহৌরে। ঐখোয় অনীনা খোকও হায়রদুনা অদুম খোক্লম্মী। হেক খোকখিবগা থুল্লাকপনা হংবীরম্মী ; পাউ অদু মাঙোম্দা তল্লম্মী।

খঙহৌব্রবা রাখলগী খোম্থাং অমনা ঈহৌররি, হৌজিক্কদা।

মুমিৎ অচুদা তাখিবা মখোয়গী রায়, অরোইবা বিচারগী রায়! অসিরা রায়েলশঙ, লোইশঙ, অচুম অরানগী মন্দির হায়বহু? নিংথৌগী লোইশঙ, নিংথৌগী সন খুদা, লোইশঙ মমুংগী কাংদোল অকোয়বদা অরানবা চৎপগী কংকম থোকপা দগি ময়াম য়েকখিবা? কনানা কনাদা পীগদৌরিবা! ঙাংনবনা অমা, ইনবনা অমা, করম্বনা চুনশিবা! কনাদনো দোষ পীরুগদৌবা? মীনা ফত্রবদা আইন্না ফহনবা ঙমব্রা, শেমদোকপা য়াব্রা? মখোয় অসিগী মমাংদনিকো ঐখোয়না খুং লোন্নহুনা, খুকউ লৈপাক তানা, ভক্তি কত্তুনা অচুম্বা নীজখিবা! অদুবু অমুকস্থ তারকই খোঞ্জেল অমা, কবিগী অতুপ শাওরুবি, মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লবা, য়োৎকী পোম্মুংদা হাপচিল্লবা, মশক মতৌ চঙথোক্লবা, চেক্লাগী মচিন্দা শোল্লিবা, শ্রীহরিগী নামামৃত অদুবু শক শোল্লিবা, নহাক্লা খঙলিগদ্রা—তারুরিবা ঐখোয়গী থম্মোয়দদি শেঙলবা য়াখনবু ঈহৌহল্লি, সংসারগী অরা-অনা পুম্বা কাউথোকহল্লি, মক্রবা তাইবংপান অমদা খোঙদাহল্লি, কৈস্থ খঙদ্রবা চেক্লাডুবু অরান খুভম কংহল্লি।

হুকুম অচু হায়দোকপা মুমিৎ অচুদদি অক-ফত্ত থনবা ঙমলমদে, সুপ্নগী ঐখোয় তাদগা ঐগা মুমিত্তুদগী থা অমগী মতুংদা কনাগীদা লৈরুগনি, মকম খুদিং কোইচৎ চত্তুনা, উচেক য়ায়াগুম কোইপাই পাইদুনা লৈরুগদ্রা অসুম্বা থল্লমী; তৌইগুম্বসুং য়ারমদে ঐগীদি অচুক হাক্লা, ঐখোয় তাদা লৈরি, মহাক্লা লৈরিভে ঐগী য়াংকদবা করিনো? অদুবু পুক্লীংদি তরোয় তরোয়রম্মী, পোৎমাঙ চৈমাঙ নংলবগুম্মী, অওইবমকস্থ নংলবনি। ঐখোয়গী অবাবগী মৈচাক অচু থুল্লাকপা ফাওবদা মৈরী ফাওখি। মমিত্তা ঈয়া

চেল্লহুনা মহাক্না তাকপীরম্মী,

"লাকও লাকও ইগুশা! তাইবংপান অসিদা লাইরা অনংবগী মীচং অমুক লৈবা হৌনদে।'

তাদদি লোইশঙগী সিঁড়িদা কেপ্পুনা অহুম লৈরম্মী, সে-মাই খুম্নমদে। খুল্লাকপনা কৌথোকপীহুনা ঐখোয় অহুমক ঐখোয়গী খুল তান্না লাকমীম্নরম্মী।

লম্বীদা খুল্লাকপনা অস্নুম্না তাকপী, "অসি ওাক্লি থৌবা, নপুক্লীংদা নত্তবা করি অমত্তা থল্লুম্ন ইগুসিদি। মীবু উচেক্না চেল্লি হায়বা তাপ্রবরা? তাইবংপান অসিদা ঐখোয় কনাস্নু ফিজেৎ অমা পুহুনা লাকপা নত্তে, পাই অমা য়াদা উনহুনা খোঙদারদে। ঐগীনি হায়বা করিবু লৈবগে? হিংলিঙে অসিদা ঐগীনি মাগীনি হায়হুনা পুহুনা চৎপা য়ারবোইদৌবা পোৎময়াম অসি খুবাম ৎম্ন হাপচ-নীংই। হাপচসন্নু ইগুসিদি। মুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা ইপুগীদা হেক লৈথোকপন্নু মত্তায়।"

তাদনা খুম্নমম্মী, "ঐনা মুংঙাইতবদি ইথোলগী ওাকস্নু নত্তে, মহাক্না ইবোকপু অস্নুপ কুইবা থাজহন্দুনা লাক্লগা, বাফংনবা য়ার-বোই হায়বগুম্না ইবোক্না হেক থুপথিবগা য়ারগনি মতাগুম চে থা-হুনা চেন্নাক চেনকোইগুম তৌথ্রিবা অসিগীনি।"

"অহবু পৃথী লৈমায় অসিবু মাগীনি হায়হুনা কয়া কুইনা লৈগদগেনে?"

পাউথুম অমত্তা পীরমদে। খুল্লাকপগী বাফম অহু ঐহাকস্নু অহুক হান্না মুম্না লৌবা ওমলমদে। তাদনা হায়খিবগুম্না ঐগী পুক্লীংদা ওয়োক্লা লাকচপ্রেদা হায়বা অমা ইনৌ নৌনা ফাওরকই। ঐনা

থরম্মী, চাওরাইমা অসি এফম চাবা অমদা মহাকপু ভাইরগা মপোক অসিমগী মানা য়াম্না পানজবা ই.থাগ মসি ফংবা ওমদরবা অরোইবী হেক্তা তৌরবদি ওন্থোক্না মুংভাইগ্রনিদা। মতুগীদমক লানওং শিনবদা ঐগী রাখল পুম্বা চীংমান লোক তাই য়োনা চৎলম্মী, মখোয় অনীনা করি রারী শাম্নখিবগে হায়বা ফাওবা তারমদে ; ঐনা খল্লিবা শাগৎ-লিবা অহু করম্না লোইশিনখিবগে হায়বস্তু ঐহাক খঙলমদে। অহুগা অসিনস্তু থাজরম্মী, য়ানবা হায়বা লৈতে, য়ানদবা হায়বা লৈতে, হুয়াল্লুরবস্তু হুয়ানবহু লোৎপা হৈরবদি হুয়ানবগী দগি ফঙভোই, মী হাৎলুরবস্তু মীহাৎপহু খঙহনদবা ভরবদি মীহাৎপা ওইরোই। লোৎ-পা হৈতবদা লৈরে মরাল হায়ববু। অহু ওইরবদি ঐনা কনাস্তু খঙহন্দবা ভয়বদি চাওরাইমাবু ঐনা পাম্বা দগি ইথুৎনা পীবদা ঐহাক দগি করিস্তু ফংলোই।—অহুম্না থাজরম্মী।

ঐখোয়গী থুল য়োরম্রে ; থুল্লাকপনা ঐখোয়বু চঙভো হায়হুনা ঐখোয় অনীমক য়ুমলোমদা লাক্লে। অয়ুক্তগী চরা হেন্দুনা লোইশঙ কারুবনি অহুবু চাক লামকম খঙলমদে। ইমুংদা ফুক্লাক 'পান্দা ঐখোয় অনী ফুঙ্গা রাংমা রাংমদা ফমহুনা অহুম মরৈরম্মী।

নীনি হুমনি হৌজিনগ্রে ; ঐখোয় তাদগী মায়থোং খঙহৌদনা ময়েং তাখিরম্মী, মশা মউ ওন্থোক্না চোকথনা উরম্মী। মথন্তা হেক হেক কমহুনা অভাওবগুম মুরুম মুরুম শোল্লি অহুবু তুম্মুবদগী মিকপ থোক্লকপগুম ঐবু হেক উরগা থবক শুবা চৎশি হায়হুনা হেক হেক হেক চংমিনরম্মী। থবক হায়রা খুত্তা হেক থোকপা নত্তে, নোংমনা অমগীদা, নোংমা অমনা অমগীদা অম্মুম্না থুলং চৎপগুম্না কোয়চং চৎলম্মী। রানা শুরু চংলুরবস্তু ফংলকপা থরহু চনীং তানা চাবগী

মুংঙাইবাতুমদি ফংখিত্রে ; শুরি চৎলিঙৈদনা রাখলগী পোলুমহু অহুক লুম্লমদে ; রাখলগী পে ৎলুম পুরিবা পুক্লীংগী অরাবদি ইচিন ইনাওদা তরক তরক লৈরবতদা খঙহৌ উহৌদনা হেক্তা মরাক্লম্মা, খাদোকে ওমলমদে। ঐগী পুক্লীংদা থাজরম্মী, ঐগী করি রাৎফবা, তাইবংপান অসিদা ঐগী ইয়াম্বনবু লৈরবদি ঐগী করি অরাবা লৈগনি ? অহুবু ঐখোয় তাদগী খেগুম লাংশিল্লবা মায়থোং, মাগী খঙহৌদনা হুম্বখিবা পুক্লীংগী মমি উরুবদা ঐগী খৌনা হুম্বখিরম্মী, হনখিবরা হায়বসু নত্তে, ঐনা থাজরম্মী মহাক্কী মপাঙ্গল মরৌশিং মাঙগে, মসিগী মরু চাওয়াইমানি—মহাক্তনি, মহাক্তনি ! করিনা লমন থুমগনি ?

করিনা লমন থুমগনি ? মসিনি ঐগী লাকঙম ফাঙমত্রবা রাখল হায়বহু। ঐখোয় তাদগী মতৌ উর উরগা ঐহাক খৌগংনরকই, মৈ-চাক অসি অসুম অসুম হাপকৎলকই। নোংমদি রানা শুরুরগা ইচিন ইনাও চাক চারসি হায়তুনা চাক থেবতুনা থম্লবদা মহাক ইরুজগনি থোকথ্রগা খুনগী পুথ্রী মপান্দা মথন্তা কপ্তুনা লৈরম্বগুম উরম্মী। ঐহাক লৈবা ওমখিত্রে, ঐহাক্লা থাজরম্মী চাওয়াইমা অসি হেক লোইথোক্ত্রিমথৈ ঐগী ইয়াম্বগী অরা মৈচাক অসি কোক্লরোই। অসুম্না লেপ্লে, য়ুম্মোমদা চঙলক্লুনা করম্না পাংথোকলুসিগে থম্লম্মা, ইমুং মনুংদা কোইয়েং য়েংলম্মী ; ঐখোয়না লৌবুক পেংবগী থাংজৌ অমা লুথুম কাদা ওাহুনা লৈ, চঙশিন্দুনা থাংজৌহু খুতুম চেৎনা পায়রম্মী, পায়রগা ঐহাক্লা অঙাওবগুম লাওথোক্লম্মী—মরোন্দি ঐহাক খঙত্রে। খুদক্তা ঐখোয় তাদনা চঙলক্লুনা ঐঙোন্দা হংলম্মী,

"করি হায়বা নীংথেম, করি হায়বা নংনা হৌজিক লাউখিবদো ?"

"ঐবুকরি হায়থ্রবগে ?"

"নখুত্তগী থাংহু থম্মু। মাঙলে অহুম্না খক তৌরদে। নহাক্না লাউরিবা রাহু খক খনরদে। মহুদি পাংত্রবা অয়ম্বগী পুকচেল্লিকো। নহাক অঙাংনি ইয়াম্বগী মিত্তদি নহাক অসি অদুঙৈগী চৎপা হৈত্রিবা অঙাংহু অহুম মওইরি। হায়য়ু, অহুম্না খক তৌরোই হায়য়ু—ঐহাক লাল্লে হায়য়ু।"

"ঐহাক নংগী নশক য়েংবা ওমদ্রে, নংগী অরাবা মৈচাক উনীংদ্রে।"

"অহুনবু কোক্কদ্রনে ঐগী অর ব', নীংবা কায়বা? ইথৌ পাঙহো-ক্তবগী নীংওমদবা খক কোক্কদবা নত্তে। মহুদি লায়খ্রবারানি। ঐবু থাজো, ঐহাক নংগী নয়াম্বনি, ঐনা ওমদ্রবা নহাক্তী শরুক্নি। ঐগী ইথৌ ঐবু পাংথোকহল্লু। অহুম্না লমন শিংগদবা নত্তে।"

মহাক্না চওশিল্লক্তুনা ঐনা পায়রিবহু মুল্লম্মী। ঐবু কৌশিন্দুনা ঐখোয় অনী চাকলুকপান্দা কম্মীল্লরম্মী।

মঙানি তরানি হৌজিনপ্রে, ঐখোয় ত'দনা ঐবু মিকুপ অমা থাদোকখিদ্রে। খুল্লাকপগীদা চৎসি হায়তুনা পুন্না চৎমিন্নরম্মী। মহাক্না হৌদোক্লম্মী, "চাওয়াইমনা য়াম্না পামল্লিবসি ঐহাক্না খনবদা শেল্লি। মানা হায়রিবা শেনসি পীরবদি মহাক ইখোল অসি লৌদবসু য়াই।"

"নখোয়বু শেলহু পীবা ওমগদ্রনে?"

"মানা য়াগদ্রা?"

"য়াগনি নীংই। মহুমক্তদা য়াত্রবদি খুল ঐখোয় ময়ামসি লৈরিদনা।"

"অহু ওইরবদি খুল্লাকপনা মহাকপু অমুক্তা খুনগী মমাংদা কৌবীয়ু। রাকম অসি অমুক্তা হৌদোকপীয়ু।"

মহাকসু য়াবীরম্মী। ঙাইহাক অদুদা খুনগী অহল লমন কৌ-

হল্লে. চাওয়াইমাবুসু কৌহল্লে।

খুনগী অহ------ ------ ------না চাউবাইম'গা কয়া তন্নবে, ঐখোয় তাদনা কয়া হায়জয়ে অতুবু মহ'ক্তি য়াবা মরৈখিত্রে। মখোয় ময়াম্না হায়নরিবা রাশিং অতু ঐহাক অসুম তুমিন্না তাবা ঙম্মক্রদ্রুনা মকম অতুদগী থোক্লক্লে, খুনগী শঙ্গাবু' তাম্না ইথস্তা লাক্লে। খুনগী অহাংবা মকম অতুদা লেপ্লগা ঐহাক করি তৌসিগে পোল্লেপফম খওদনা লৈরুরে। অসি য়ৌনা পুকচেল কল্লবা, অসি য়ৌনা অচাওবম কাবা, অসি য়ৌনা মীসু শি খওদ্রবা মীশক অসিবু করিগীদমক ঐখোয় তাদনা শিরগে মখৈ কনখৎলিবনো ঐহাক ভাব তাবা ঙম-লমদে। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, ঐসু ঐগী ইথৌ থরদি পাঙ-থোকপা তাই। করম্না পাঙথোক্কদবনো অসিনি ঐনাখল্লিবা। ঐহাক কনা কনাসু উদবা মকম অতুদা পাখোঙ অসি ফোঙগে লাক্লরম্মী।

মঙানি তরানি অমসু তৌভম খওদনা লৈরিবৈ চৈরকুদা চৈরাপ কোর্টকী অনৌবা সমন অমমুক য়ৌরক্লম্মী; রারোলদি, ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু অকক্লবা মুমিৎ অমদা যুম ইথ্যোল থাদোক্কদবনি নত্রবদি আইনগী হৌনবী মতুংইন্না চখরগনি অসিনি। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীগী য়ুমলৈ কৈরৈ অতু য়েংলগা করি খল্লুরবনো খওদে চে লাকপা দোলাইপাবনা অসুম্না হংবীরম্মী, "ইচাশা নখোয়দি কনাগুম্বা বাড়ী সবন্ধ থোকপা, নখোয়না চঙজবা য়াবা কনামত্তা লৈত্রবরা?" তাদনা লৈতবনিনা লৈতে খুমই। মথংদা মহাক্লা ঐখোয়গী রাথোক অসিগী মরীদা য়াম্না কুপ্না হংবীরম্মী, তাদনা রারী পুম্বা অমত্তা চিত্থদনা তমলে। রারীতু তারগা মহাক্লা অতুম্না হায়রম্মী—

"ইচাশা নখোয়গী বারীশিনা তচুম্বা ওইরবদি ঈশ্বরনা কৃপা

তৌনি। য়ায় অসিগী মথক্তা আপীল অমুক্তং তৌদনা ?"

"আপীল হায়বদি কয়িনো খুরা ?"

"চৈরাপকী মথক্তা জুডিসিয়েল মেম্বর হায়বা অমা লৈরি। চুমদবা বিচার তৌরবদি মখোয়না চুমথোকই। মখোয়দা য়াকৎপা য়াই।"

তাদনা মকোক লৈপাক তানা খুরুমহনা অস্থন্না হায়জরম্মী, "খুরা, ইচিন-ইনাও অনীবু অমুক্তং অরাবসিদগী কোকহনবীয়ু। ঐখোয়গী কনা অমত্তা লৈজদে, খঙন-চান্নবস্ত অমত্তা লৈজদে। ইবেন্না থনস্বা ইখোল অসিমক্তং মাঙহনবীদনবা তৌবীউ। মাগী শেন্দোন ঐহাক কোকবা হোৎনজগে, খুরানা অমুক্তা লম শাবীয়ু।"

অহল অতুনা ঙাইহাক খল্লগা অস্থন্না তাকপীরম্মী, "হুকুম অসি ঙসিগা থানা মুমিৎ কুম্নি শুরে। ঙসি হয়েং অসিদা থাহৌত্রবদি মতম হেল্লগনি। ঐখোয়গী অতুদা অসিগুম্বগী আপীল ইবা হৈবা, আইন কানন খঙবা অহল অমা লৈ। মঙোন্দা নখোয়না অঙম্বা খরা পুতুনা হায়জরু খুরানা তাকদবা হায়ববু অসিনি।"

তাদনা হায়রম্মী, "হৌজিকমক খুরাগী তুং ইঙ্গগে, অহল অতুদা, খরা পুশিনবীয়ু।"

অহল অতুস্থ ঐখোয়গী ইতো অতুদা মুংশিবীরমাল্লে, পুবীগে হায়না য়াবীরহনা ঐখোয় তাদনা চৎকদবগী শেম শারম্মী। অরৈবা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা চৎলগনি হায়না থোকমিন্নগা ঐখোয় তাদনা অমুক হজিল্লকুনা ঐবুস্থ চৎসি হায়তুনা ঐখোয় অনীমক অহল অতুগী মতুং ইন্দুনা য়ুম্ফাল য়ৌনবা চৎমিন্নরম্মী।

মুমিৎ য়াতোল লোম্লকপা অতুয়াইদগী লাকপনা মুমিৎ য়ুংগ্রব', কনা য়াম্না লৈথরক্লবা মতমদা য়ুম্ফাল য়ৌরম্মী। বিচার তৌফম

চৈরাপ লাক্পা শাক্তুনা অসুম লাক্লগা, শঙ অচৌবা পরেং শাবা, সন্নখোঙদা নোংশাগী মুর্তি শাত্নুনা থম্বা মফম অমদা ঐখোয়বু পুশিনবীরম্মী। লোইশঙগী তুং ওইনা পাক-খন থনবা শঙ অমদা পুশিন্নহনে, পরেং পরেং ফমলম্বা অহলশিং অত্নুগী মরক্তা, খা ইথং থংবদা কপ্লিবা মীয়াম ওইরপ উরবা অহল অমগী মনাক তামা চঙলম্মী। চৈরাপকী দোলাইপাবা অহল অত্নুনা ঐখোয় ইচিন্নহইনাও অনীবু মাঙোন্দা থুরুমহল্লে; থুরুম্মুবদা মুপা অত্নুনা ইঙক ঙক্লা হংলম্মী,

"করিগীনো ইবুংঙো অঙাং অনী অসিনা ঐবু থুরুম্মিবা অসিবো?"

দোলাইপাবনা ঐখোয়গী ম্বারী অত্নু অমত্তা চিংখদবমখৈ তম্মগা অসুম্না হায়রম্মী,

"মখোয়গী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবনা ঐনা লম শাত্নুনা পুরক্লবনি। তাঙাংনা উপায় অমত্তং তৌবীদ্রবদি করমনো! মহৈ ফংগনি। মখোয়গীনি হায়বা কনামত্তা লৈজদ্রবনি"

অহল অত্নুনা ঐখোয়বু মুম্না য়েংলগা, "নখোয়গী ফিস থিনবা পৈশাদি লৈজগদ্রা?"

"পৈশা কয়ানো?" ঐখোয় তাদনা হংলম্মী।

"লুপা মরী মঙা চঙগনি।"

"হৌজিক্তি পৈশা অমত্তা য়াওজদ্রক্তে। অদুবু পোৎ অমদি য়াওরি। মসি থমজরগা য়াগদ্রা?"

"করিনিনা?"

ঐখোয় তাদনা ফিরৈদগী ফিজেৎ অমা পুথোক্লুনা ফিজেতুগী কিশি থোক্লম্মী। ঐসু করিনো হায়বা খঙলমদে। কিশি থোক্লগা সনাগী লীক পরেং অমা পুথোকলক্লে। অহল অত্নুনা ইঙক ঙক্লা হংলম্মী,

"কদায়দগী লিক্লু পরেংনো ? য়াম্ন হন্না উম্বিনা ?"

"ঐখোয়গী ইমানা শিরংনি হায়না ইবোক্না পীরম্মী। ঐগী ইনাওগীনি হায়না ইবোক্না পীরম্বনি। বাথোক অসিগী চওগদবা পুম্নমক অসিনা শিজিন্নবীয়ু। অম্বুপ চওই হায়বম্ব ঐহাক অমুক হজিন জগে।" অসি হায়রগা মাগী মমিত্তা পিগী ঈম্বা চেনবত্রু ঐহাক উরম্মী।

অহল অনী অত্নু মহৈ মহৈ য়েংনরম্মী। তাদনা অমুকম্নু হায়রম্মী, "ঐখোয়বু অমুক্তা পোকপীয়ু, লায়রবনিনা শেনদি মতিক চানা কচ্চবা ঙম্মোয় ; ঐখোয় মীনাই ওইজগে, ওসিদগী।"

মুপা অত্নুনা মুন্না য়েংলগা লীক অত্নু তাদনা অমুক পীরে, পীরগা অম্নুম্না হায়রম্মী—"কদাই নখোয়গী চেত্নু।"

চেত্নু পীশিল্লম্মী। ম্না মথা অমুক তাদনা মহাক লাইম্নিক ইনবগী শেম শাগ্রে, ইবা হৌগংগ্রে। মানা পুখোকলকপা চেত্নু পুমথন থম্না ইরবা মতুংদা ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু শোই তৌ হায়রম্মী, ঐখোয় শোই তৌরম্মী। শোই তৌরবা তুংদা মহাক্না,

"দরখাস্ত অসি ওসি শোইদনা থারগনি নখোয়গী কেশ অসি ঐহাকমক্তদি বিচারপতি নত্তবনিনা শোয়দনা ওমগনি হায়বদি ওমত্রে অত্নুবু ঈশ্বরনা কৃপা তৌবা য়াই নীংই। লীক অসিম্নু পায়শিত্তরো। নখোয়না শেল থোকলক্লগা ঐগী অরামম পীরো। নমুমদা হল্লো। অত্নুগা ওম্নবদি অমুক্তংগা লাকখো। ঐনা পুশিম্নীংবা মফম অমতং লৈরি, মচিম-ননাও অমুক্তং থুক্লমজো।"

"ঐখোয়দি য়ুম অত্নুদগী তাম্মোক্লগনি হায়না খুম্না অসিনা তাকপী। ইপলগী য়ুম খওজখিগে ওসি অসিনক।"

"ঐদি য়ুমদা কুমগদবা ম্নংলি। নোংমা খিম্নকউ।"

"ঐখোয় ভাইজখিগে।"

তাদনা য়াদত্রনা ঐখোয় অনীমক মাগী থবক লোইবা ভায়ত্রনা মাগী মনাক্তা অত্মমক লৈরম্মী। দোলাইপাবা অহল অত্নুহ্ থবক লৈহৌরি হায়না ঐখোয়দা তাক্লম্‌গা চৎখ্রে। মতম কনা য়াম্না থেঙজিনখ্রে মুমিদাংমু চারম থক্লম খঙদবনে অরাম খোরাংবনা ঐহাক লৈফম খঙলমদে। মুমিৎ খুদিংগী দি অসাইনা ঐখোয় তাদনা ঐবু চন্না হেনগনি হায়বসিগী য়াম্না মুংশা থীনা হোৎনরগদৌবনি, মুমিৎ অত্নুদদি মহাক কাওথোকপ্রবরা খঙদে। হায়গুম্লত্রনা কম্না মথৈ কম্নবা তুংদা মহাক্না, "নংদি ভসিগী চাক চারক্রি, ঐদি কাওক্ররে" অহল অত্নুদা ওনশিন্দুনা, ইপন লীক মসে অসুম্মক থমজরমগে কেশকী অচ বা অত্নুগীন্নু ওইসনু, অঙাং অসিগী চাক চথোম অমত্তঃ ফংনবা ত্তোবীবা য়াগত্রা?"

ঐনা লামদে হায়বদি হায়বসাই লৈফমদি খঙলমদে। অহল অত্নুনা মাগী থবক থানা লোইশিল্লম্‌গা ঐখোয়বু পুত্রনা লোইশঙ অত্নুদগী থোক্লক্লম্মী। মথা পাংনা কনা শাংনা চংলগা ময়ুম য়োৌরে হায়ত্রনা ইশ্মোল অমদা পুশিনবীরে।

পংচাও চাওদবা মথা শঙ্গোই অমা লৈরম্মী। অহল অত্নুনা ঐখোয়বু মাঙ্গোলদা ফমহল্লমলগা ইমুংদা চঙখ্রে। ভাইহাক লৈরগা ঐখোয়গী নাক্তা লাক্তুনা ফমলরে মহাক্না হায়রম্মী,

"ইচাশা নচিন-মমাও অনী চাক চথোম অমমমত্তা চাখিসি। চাক থোংনবা নম্দোম্না হোৎনখ্রে।"

"ঐখোয় তাদনা, ঐদি চাত্রবত্নু য়াগনি। অঙাং অসিদংদি—"

"নথোয় অনীমক চাগদবনি। অত্নুগা ইপন রা অমা হায়গে। নহাক্না অসাই পীবা লীকসে নচিন-ননাও পুজখো। ঐগী দরখাস্ত

ইবগী, কে টি ফিগী লশা মঙ্গা মথা পরোমদনি. নখোয়না অওম্বা মতমদা শিংওরবসু য়াই, শিংওরবসু য়াই।"

"তৌনীবু ইপন ঐখোয়গীদমক রাধা অতুগা শেনসু থোং-লোকপা হৌনদে। ইবোক্লা ওম্বোক্লা লুনা শিম্নরম্বা লৈক্লি। য়ুমগা হোত্রা হোরাংবা অতুদা থমকম কাওবা লৈতে। ঐখোয়না অচং খুদিংগী পুবদা তাহৌগত্রা হায়নসু কিরে। খুল অতুদা ঐখোয়না থাজবা মীশক অমনি হায়না লৈবা মী কাওবনা ইবোক্লা লৈখিত্রগা নাতুনা ইখোল কাওবা মুনগনি হায়রবা অসিদা ঐখোয়না থাজবা অমুক লৈত্রে। ঐখোয় ইচিন-ইনাওবু অমুক্তা পোকপীয়ু, ইপনগী সেবা তৌজগে, ঐখোয়গী ইখোল অসিমক্তা ঐখোয়গী ওইনা থম্বীয়ু।"

লীক অতু লৌশিল্লুবগী মতুক্তা ঐখোয় তাদনা মুপা অতুদা দপ্তাং তৌহনা খুরুম্ম, ঐহু মাগী মতৌ তমহুনা খুকমলে। অহল অতুনা কমলম্বদগী হৌগত্তুনা "হৌনদে ইচাশা হৌনদে হৌগংলু" হায়তুনা ঐখোয় অনীবু চিংখংপীরে। মহাক্না অমুক হায়রম্মী,

"ইপনসুনে য়াম্না লাইম্না উম্নংনা হৌরকই। ওসি কাওবদা য়ুম অমত্তবু নিংথিনা শাবা ওমদি, পুন্সি ওখায় চল্লবা অসি কাওবদা; লাইরবগী চৈনা লাইরবদনা খওই। সে ইপন রা-হায়গে, নখোয়গী কেশ অসে নখোয়গী রারী অসিনা চুল্লবদি ওমগত্রা নীংঙি। অতুবু ইচাশা চুম্লবা মক্তদা ঐগী মী লৈজত্রবদি থরক হায়বা অসে ইয়া ময়াদে। অমম্বদা চংপদা থাউমৈ অমা য়াওরগা থরখিং কোম্না মচং-লিদো, হনুমান কম নাইথিদে হায়বা রা লৈ! রাগী মণিবোং থিবীদনা লোইপ্রবা রানি। হৌজিকসু ইথি খিবরোই হায়বসু খওদে; অতুননে ইপন রা হায়গে।

ঐখোয় অনীমক মাঙোল্লোৎদা য়েংখৎলম্মী।

"ঐখোয়সিদগী মথা পাংনা চংলগা নখোয়গী য়াথোক অসিগী বিচার তৌগদবা মীশক অমা লৈ। মাগী মযুমদো তাকে মাগীদা চঙঙু।"

ঐখোয় হায়দনা, "চঙজগে।"

"চঙবা মচঙদদি অমুমা তৌ অয়ুক ঙস্ত তু উঙিঙৈদা চংকদবনি। য়ুমগী মথাথংবদা চঙলগা শঙতপ অমা লৈবনি। শঙতপ অতুদা অহল অমা লৈবনি। নচিন ননাও চঙতুনা শস্তল শায়া, শুমাং খেলোং শিং নাম্না য়াইরম শিত্তোক্কদৌবনি, অমোং অকাই ফত্ত হৌদি শেংদোকদৌবনি। শঙতপ অতুদা লৈবা অহল অতু য়ায়া য়াহৌ ঙনবনি। মহাক্না হেক হৌগৎলকপগা থবকশিং অসি হৌগদবনি। মানা হংলগা ঐজ্ঞা ইবুংঙোগী মনাই ওইজনীংদুনা তৌবনি হায়য়ু।"

"ঐখোয়গী য়াদি হায়রোইদ্রা?"

"হায়গনি। ঐনা হায়রিবা শিন্থা অসি অহল অতুনা তোকও হায়দ্রিকাওবা মুতিগী তৌগদবনি। অতুদা নখোয়দি কৌক্রক্তা লৈবনি, করম্না লাকনি?"

"ইপনগী সিদা ঐখোয় লৈজবগে। চান-থকুবা লীক অসিনা কোমবা ফাওবদং পীবীয়ু। কোমদবা লৈরবসু ঐনা ঐগী ইবোক অতুবু পন্দুনা, কৌক্রবু পন্দুনা, য়াশকচরিবা অসিনি, ঐনা শিংজগনি।"

তাঙ্গা অসিমক্তদা ইমুংদগী মীয়ায় চল্লবী মুপী অমনা চাক লোইরে তাক্লরে। অহল অতুনা মচাদা মচাদৌঙম ঐখোয় অনীবু চাক চাথোক্লখিসি হায়না তাকপীরম্মী। তাদনা হায়রম্মী,

"মপাল মাঙ্গোল অসিদা—"

"করিগী ? ইমুংদা চাকখুমাংদা চাগদবনি । হঙোইরুম্বু নন্দোম্না য়াইরম তৈথোক নাম্বোক্তুনা হোৎনরমগনি ।"

"ঐখোয় অসিদা চাজগে", তাদনা অমুকস্থু হায়রম্মী ।

অহল অতুনা য়াদ্রুনা ইমুংদা চঙলম্মী । তাদনা য়াম্না কোয়না তৌরম্মী । চাকখুমাংদা চাক পুখম অনী থাংদোক্তুনা থনম্লে ।

ঐখোয়না চাক চারিবৈদা অহল অতুনা অরাৎ অপা হাম্মীরম্মী । চাবা-থকপা লোইরগা তাদনা লুখাক চগুম শেংতুনা ঐবু কোল-লীক্তু মশাদা পুংথোকহল্লে, য়াইরম তৈথোক্লে । মখোয়না তৌগনু থাম্না থা-ম্না কোল্লিক ফেংদোক্তুনা থনম্লে ।

পুম্নমকনি লোইরবদা ঐখোয়'তাদনা ঐখোয়গী য়াতু তাকপীরো হায়রুবদা অহল অতুনা অমুক তাকপীরম্মী,

"নখোয়না অতুম্না থবক শুবতুদা নোংমদি শোয়দনা ঐঙ্গা ইবুং-ঙোতু থেঙনগনি । কুচু ঙৌবনি, ঐখোয়গী ইথকনি, মশা মউ নোই চাওবনি । শঙতপকী অহল অতুনস্থু মরাইনা থুরুমহজ্ঞগনি । নখোয়নস্থু মাঙোন্দা দণ্ডবৎ তৌতুনা থুরুমগদৌবনি, মহাক্না নখোয়বু কনাপ্না হৎজরকনি, নখোয়গী নম্বিং নথা, নথুল ভাকউ, করিগীনো হায়রগা ননাই ওইজনীংতুনা তৌবনি অসিভা মহায়গদবনি । অমুক্তং থঙপ্রবদি মতুংদা নখোয়না তৌরিবতু করিগীনো মরাইনা থিজরকনি । মাগী মচা মগুস্থু লৈবনি, মাগী মুপী সনাইবেম্মাতুস্থু মপুক ফবনি । শঙতপকী অহল অতুনা ওইরবস্থু মরাইনা হংজরকনি, তরানি থা ফারবা কান্দা নখোয়গী য়াথোক অতু তমগদবনি . পাউভমক তমগদৌবনি; ঐঙোন্দা হায়বগুম্না ইখোল ফংহনবীয়ু -কা হায়বা য়াদে । অতুগনে নখোয়না

ওমজরবদি শগুতপকী অহল অতুগী বিড়ী থর়া থরদি পুতুনা চৎলু ."

"মতুমক তৌজগে। ইপনগীদা য়ুমথুং ওইবা অসিমগা!" ঐখোয় তাদনা থুন্নম্মী।

"করে লৈরো অতুগা ঐগীসিদা থু·বনি হায়বকাদি য়ারিবমখৈ হায়গম্ন।"

য়ারী লোইবগা মুথিং মযুম চঙথিবগা মাম্নরম্মী। ঐদি লমশাং চৎলকপগী য়াবতুনা ওইরমাল্ল তুমনাংবনা মুল্লম্মী। মথা করি তৌখিবগে হায়বা মথংগী নোংঙাল্লকপদা থঙলম্মী। ঐহাক্না মিকপ থোক্লকপদা অহল অতুগী মাঙোলদা য়ুমথুং ওইরম্লে অতুবু ঐখোয় তাদদি লৈরমগ্রে। ঐহাক তৌভম খঙদনা মীকপ থাক্লকপগা হৌগত্তুনা ঐখোয় তাদবু ভাইতুনা লৈরম্মী। ইমুং অতুগী মীসু য়াম্নৌনরক্লে। ঐখোয় তাদসু ঐগী নাক্তা য়ৌরক্লম্মী। মহাক কদায় চৎলুই তাকপীরমদে, মহাক্না তৌ হায়বতুত্তা ঐসু তৌরম্মী।

মথংগী মুমিত্তগী হৌনা অহল অতুনা হায়বগুম্না ইচিল-ইনাও অনীমক অঙম্বা অতুগী মযুম তান্না নোংঙাল্লকল্লিরিদা চৎলম্মী। মানা তাকপা য়ুমলৈ কৈরৈ শগুতপ ইকায় কায়রমদে। মানা হায়বা থওক অতুমক তৌবা হৌগৎলম্মী। অহানবা মুমিত্তা শগুতপ অদুদা লৈবা অহল অতুনা ইঙক ভক্না করিগীনো হংলম্মী। ঐখোয়না ঐজ্ঞা ইবুংঙোগী মনাই ওইক্লনীংতুনা তৌবনি থুমলম্মী। অদুম্না মুমিৎ থুদিং মাগীদা চৎলম্মী। মাগীদা থবক থারম্লগা ঐখোয়গী লৈফম তান্না হললকপদা, ইপন অংগী মচা অতোম্বা ঐগা লেঙ্গা ওইবা অমা লৈরিবতুগা ঐগা অসুম অসুম তিন্ন-তোৎনবদগী ঐখোয় অনী মরুপ শান্নরম্মী! মাগী লাইরিক লাইশু তৌবদা ঐসু য়াও হায়রম্মী, ঐসু মফম

ইথও খওদনা লাইরিক তম্বা হৌগৎলন্মী। ঐখোয় তাদদি হেক লাক-পগা ইপন অচুগী ইখোল শম্বল শেম্বীদুন', ইখোল খোইবীদুনা, মরক মরক্তা কদায় কদায়দনে' চত্তুনা মতম লেল্লম্মী।

অসোমদা ঐজ্ঞা ইবুংঙোগীদা অম্বুম্না হুতিগী চৎলকপসি কনা কুইশিল্লক্লে, ঐখোয় ইচিন-ইনাওনা, ঐদি ইয়াউ য়াউরুবা নত্তে, শেংবদা মখোয়গী ইখোম্নুং অচু নাপী মকা অমত্তা তাখিদ্রে হায়বা য়াই ; মমৈথংদদি চৎলুরগা হল্লকপা ওইনতা মতৌরম্মী । নোংমদি লাইনা কুবীরবগুম ইচিন-ইনাওনা থবক শুরিডৈমক্তদা ইপন্না তাক-খিবা মীওই ঐজ্ঞা ইবুংঙো হায়রবদু কোক থেঙনরম্মী। ঐখোয়বু হান্না খঙবীরগুম শঙতপকী অহল অচুনা অম্বুম্না হংবী,

"অনীসিরা নংনা হায়রবদুবো ইবো ?"

"মানি ঐজ্ঞা ।"

—ঐখোয় অনী নগুবৎ তৌরম্মী ।

"নমিং করি করি কৌই হা ?"

"ননাই ঐনা খোবা, ননাইসিনা নীংথেম, ইচিন-ইনাওনি ।"

"করি লমদগীনো ?"

"কৌক্রক ।"

"কৌক্রক ?"

"ঐজ্ঞা ইবুংঙো ।"

"করিগীনো নখোয়না অচুপ লম্প্রদগী ঐগীসিদা হুতিগী থবক শুররিবা অসিদে ? কনাগীদা লৈ ?"

"ননাই ঐখোয় অম্বাইদা থুংজরি ।"

"কনাগীদা ?"

"মশক মমিং মু... ..."

"লাইশ্রমদা লৈবরনহায় ?"

"লৈতে ঐজা ইবুংঙো"

"চুম্না খুম্মু নখোয় ফাত্তক তানীংব্রা ?
হুইনীংশুম্বা নংস্থ !"

শঙতপকী অহল অহনা

"ননাই ঐদি, করিগী ?"

"নংস্থনি—নংস্থ শম্নীং হনবা য়াওরিবোইরে। ঐনা হায়জ্রা ঐগীদা লাকপা মীদি মুম্না থীয়ু। কৌক্রুকনী অনী অসিনা নোংঙাম্রিদৈঙদা ঐগী সিদা য়োরকপা হৌনব্রা ? নংগা খঙন - চান্নবা মখোঙ শেংবা মী ওইরবোই নীঙছুরে। অনী অসি হুরান চিম্থি তৌবা ওইরম্নবদি কনদৌনি ? ঐনা নংবু লোয়নবসিদি ইথুৎনা ঈশিংদা হু হাপচিন্নগা থকপগা চপ মান্নরে।"

"অঙাংশা নখোয় অনী শেংবা হায়রবু কনাগীদা লৈ, করিগীনো নখোয়ন, অসিদা লাকপবো ?"

"ননাই ঐখোয় হুরান চিম্থি নচ্চদে।"

"কনাগীদা লৈ ?"

"ইপন অঙাংজাওগীদা লৈজৈ ।"

"উম উম করিগীনো ঐগী সিদা লাকপদি ? নচিন চুম্মুকো।"

তাদনা, "ননাই ঐখোয়গী ইপা-ইমা লৈজজ্রে। ইবোক অমা লৈজরম্মী ; মানা হিংলিঙৈদা ইখোল অহু থম্নগা লুপা খরা পুরুই, তখাই অমস্থ শিংগ্রে। শিপ্রবা মতুংদা মহাতম্না শেল পুবা নত্তে, ইখোল লৈবনি হায়রতুনা ননাই ঐখোয়বু তাম্থোকপীগদৌরে।

চৈরাংগ্বা [illegible]”

“হুইনীংহুম্বা!”

“ঐজ্ঞা”

“কমদোই ইবো?”

“ননাই অনীসি ফাতক পীথোকপনা ফয়ে ঐজ্ঞা।”

“নংনিনে হাম্না চঙগদৌবা?”

“ননাই ঐদি অম্তুক লুবা রাসিদি কদায়দগী খঙগদগে?”

“খঙদবা নংনা করিগী মী পুশিল্লি?”

“খঙ-ঙবুদি কদায়দগী পুশিনগদগে!”

“হায় অঙাংশা ঐবু নখোয়গী য়াসি খঙব্রানে?”

“ঙাইখো, অতুগা ঐবু করি তৌ হায়রিবা?” অঙম্বনা হায়রক্কই।

“ঐজ্ঞা ইবুংঙোদা চুম্না থুরুমজগে তৌবনি।”

“ঐগীদা চঙঙু হায়বদি কনানা তাকই?”

“কনামত্তা —”

“নচিন চুম্মুকো!”

“ইপম্না থুরুমজৌ তাকপী।”

“ফয়ে, ঙসিদগীদি নখোয় ঐগীসিদা লাল্লগনুকো। হুইনীংশুম্বা মখোয়না শুবসি মুমিৎ কয়ানিদি শুরে হা?”

“ঐজ্ঞা থা অহুমসোমবু কল্লরিগত্রা?”

“ঐগী ইথোল অসি পুমলং লংই হায়বদি নংনা অঙাং অনীসি শন পাবোৎ তৌনা শিজিম্নরম্মবোইরে। চৎলু সনাদা হায়রচো লুপা তরাথক পীরকউ হায়য়ু। অঙাংশিংসিদা পীখো। অঙাংশা নপন

অহনদি লুপা কয়া লৌখ্রে ?"

"করিমত্তা লৌদে।"

"লৌদেকো, শে:... ।

"লৌদে ঐজ্ঞা।"

"নচীন চুম্মেকো ?"

"অচুম্বনি লৌদে ।"

হুইনীংশুম্বনা ঐখোয় তাদদা লুপা ময়েক তরাথক মশীং থীহনা পীরে। তাদনা লৌ হায়বা য়াদ্রবদা ঐজ্ঞা ইবুংঙোনা "মতোইনরা নখোয়" হায়না লাউরক্লম্মী। লুপাহু অম্মুম নমহনা পীরম্মী ।

"চৎলো চৎলো মতু দ: অমুক লাক্লগম্নুকো" হায়না ঐখোয়বু তাম্মোক্লকুনা ঐখোয় অনীমক ইপনগী তাম্না হল্লক্লম্মী। থোদেক অহু ভম্মুবদা ইপনম্ন মরু লুক্লা তারগা, "ফরে অহু মঙাইরেদনা," হায়বীরম্মী।

মুমিদাংবাই ময়ুমদা হল্লক্লগা ইচিন-ইনাওবু অমুক কৌশিন্দুনা ইপন্না অম্মম্না তাকপী, "হয়েং মখৈদি চৎলুম্নগম্ন, নখোয় অনীমক নয়ুমদা কুম্মো, লাইনা তম্বা অমা লক্লগনি।" অসি হায়রগা ঐখোয়গী লীক অমুক লাম্মোক্লুনা পীরম্মী, ঐখোয় তাদনা লৌ হায়বা য়ারমদে। মানা হায়রম্মী, "অম্মুপ কুইবা ইচিন-ইনাও অনীবু য়োক থাকপীরগা ঐখোয় লৌজরোই! ঐনা অঙম্বা মুমিত্তা অমুক হন্দোকচরগে।" অহঙ্গ অহুনম্ন শিরগে মখৈ য়ারমদে। য়ামল্লক্রবদা মহাক্না অম্মুম্না হায়রম্মী,

"ঐহাক নখোয়দগী পাই অমা ফাওবা লৌদে হায়না বাশকথোক্লুরে। লাইনা মীনা য়ারোইদোবা বাসি তৌনীংদে। নখোয়না প্রাখি

থকখিবগী নখোয়না অঙথা মতমদা শিংলবা, ঐহাক লায়রবা মীনিনা শোয়দনা লৌগনি। অদুগা অসিমদি ঐহাক লৌররোই, অহানবদা অসি লৌরগা শিজিন্নসিন্না হায়না ঐহাক খল্লম্মী অদুবু হৌজিক মসি লৌবা য়াদ্রে।"

অসি হায়রগা মমায় হাইফেং লৈশিন্না উরম্মী। য়াত্রদুনা লৌশিল্লে। লৌশিল্লবা মতুংদা হয়েং অপুক চংনবগী থৌরাং লে ইনরম্মী। মুমিদাংবাইদা ইপম্মা চথেংকপ্রবা মতুংদা ঐখোয় তাদনা ইপনগী মুপী ইমহান অদুগা য়ারী শান্নরম্মী; ঐহাক করিনো হায়রা খঙলমদে। মথংগী মুনিত্তা ইচিন ইনাওনা অহল অনী অদুদা খুরুমজগা, ঐগী ইম মবা ইপনগী মচা অদুদসু তাক্লনলগা, ঐখোয় অনীমক ঐখোয়গী খুল্লোমদা হল্লক্লম্মী।।

মতম ফনা কুইনা থাদাবলুররা য়ুম্মি। ঐখোয়গা কায়নবগী থায়না মৈচাক পুরিবগুম অমুক হেন্না পৈথনা লৈরমলে। তাদনা খুল্লাকপগীদা চত্তুনা ঐখোয়গী হিগ্নচানবা লৌরুবে ঐখোয়না লৈত্রিভৈ অনিনা ঐখোয়বু খুল পুন্নক্লা হল্লক্লবাই হায়না হায়নরম্লে। ঐখোয়না লাকপা উবদা মখোয় অয়াম্বা ঙক্লরম্মী।

য়ুমদা লাক্লগা ঐখোয় অনীমক থবক শুভম চংযম খঙলমদে। লৌ ফাংনবগী মতম, শানবগী মতম ওম্না লিৎপ্রবনি। নোংমা নীনি লৈবতু ওস্থোক্লা য়ানা, পেরুক পেদাই খিত্তুনা, চাবোক চাদবোক লেক্লম্মী। ঐহাক অয়াম থৌরাংবনা লৈফম খঙলমদে। নোংমদি তাদনা অসুম্না হৌদোক্লম্মী,

"ঐহাক লংফৈ চত্তবা য়াদে। কেশনা কেশকী পোকপা লাকচগনি। চাদনা লৈবা য়াদে, মদুগী মথক্তা লীক অদু ঐনা ইমহান্দা

শিন্নহুনা থনম্মী। অহুন হয়েংমক ইয়াম্বা ময়াম অসামদা চৎকদৌ-রিবা অসিদা য়াওগ্রগে, নহাকপুনা য়ুম্ফালদা ইপনগীদা শিন্নরমগে

"ঐস্থ য়াওনা চৎপা য়াব্রোইদ্রা ?"

"ইয়াম্বগী নীংথেম, নহাক্লা চৎপা ঙম্বা মফম নত্তে। মীওইবগী পুন্সি অসি লানফম্নি। নহাক্তি হৌজিক অঙাংনি, ঐনা মংগী নয়াম্বনি। ঐনা নংগী অফ-ফত্ত পুম্নমক য়েংখিগদৌবনি ; ঐনা শোম্বরক্লবা, ইরৌশিং লৈরক্রবা মতমদা নহাক্লা অমুক ঐগী ইপা, ইমা, ইয়াম্বা শক্তুনা ঐবু য়োক থাকদৌবনি, ঙাকশনগদৌবনি"

অম্মুম্না ঐবু থম্বীরমলগা ঐখোয় তাদা মীগী শেন্দোন থুমদোন্ন-চিংবা শিংদোক্লবা শেল তানবা চৎখিরম্মী, ঐবু পুব য়ু য়াবীরমদে। ঐহাক মীগী ময়ুমদা, ইপনগীদা লৈহৌরম্মী।

ইপন অঙাংজাওগীদা লৈরিঙৈ চৈরক অসিদা নোংমা ঐখে য়গী খূলগী মী অমা, ঐখোয় তাদগা, ঐগা, ঐখোয় অনীবু থিরক্লম্মী। মহাক্লা হায়,

"নীংথেম, খুল্লাকপনা ঐবু থারকপনি। নয়াম্বা লৈত্রবস্থ থবক অসি নহাক্লা তৌবা তাই।"

ঐনা করিনো হংলম্মী।

মহাক্লা, "খুল্লাকপনা নখোয় পাবা লৈতবা ঙসি নীনি হুম্নি শুখ্রে হায়।"

ঐহাক খংপ্রেক খঙলম্মী। মহাক্ল হায়রিবহু মং-হাদা হায়বঙম তারম্মী। ঐনা মঙোন্দা শংত্রিকে য়্রংনা লৈরবদা মহাক্লা অমুকস্থ হায়-রক্লম্মী,

"নহাক শোয়দনা ঙক্লমগনি। খুল্লাকপনস্থ হায়রকই। অহুবু

উক্ত্পন্থু। পুম্নমক লাইগী নোংদম্নি।"

"ঐখোয় পাবা লৈরম্মী, অসি নত্রা?"

"মানি।"

"অদুগা হৌজিক!"

"হৌজিক মহাক তাইবংপান থাদোকখে, লৈখিদে, "

"করিগী অমুপ খেওনা পাউ অসি তাহনবীরিবনো? মহাক্না ছিংলিঙৈদা তাকপীবা য়াদবরা?"

"মচু ঐস্থ অচুপ মুম্না থওদে। খুল্লাকপনা হওলমগনি। মহাক্না হ'য়রকপদি নংগী প'ববু পেকপা অহল অচুনা নখোয় নচিন-ননাওবু মাগী নাক্তা থাবীরক্কব পাউ চেন্নকই হায়।"

"ঐখোয় পাববু পোকপা ইপুবোক্না?"

"উম নপুগোক্না।"

"মরম থওব্রা?"

"মহাক উম্নবগা থওগনি। খুল্লাকপনা হায়বদি নয়াম্বা লৈত্রবস্থ মহাক চংকদবনি, অহল অদুগা উক্কগদৌবনি হায়রহৌই।"

ঐহাক মকম থওলমদে ঐহাক কপনীংলম্মী, নোকস্থ মোক্লীংলম্মী অমুকস্থ কিংনা ইথস্থ লৈবা ওমলমদে পাউ অচু থাজ্জহস্থ মেলমদে, পাকদবস্থ ওংলমদে। অওকপা, হায়ভম থত্রবা খোদোংক অমনি। ঐনা মতম অমদা থাজরম্মী, থাচহনা অহুম মরাকই, ঐখোয়না লাম্বা যংত্রব', ঐখোয়গা মরুথা য়াম্না নকবা, কমাওম্বা অমা লৈ র হায়বা। পাউ অদো অচুম্বনি। ঐহাক হ'যৌরম্মী, ছুংশিনবী ঐখোয় ইবোক্না করিগীদমক য়াফম অসে তাকপীখিদে!

ঐনা পাউথুম পীদনা তুমিন লৈবচু উম্নগা অহল অচুনা অশুম্না

হায়রক্লগী, "নকি নরোম হোংদোক্লো। ঐহাক্কী লোয়ননা চৎকদৌবনি। ঐহাক মকম তাক্লমগে।"

"হৌজিকমক?"

"ঊন হৌজিকমক।"

য়ুমথুং ইমুংদা তাকলমলগা অহল অতুগী মতুং ইন্দুনা ঐহাক চৎলম্মী। খুঃইরপ্নন কৈথেন অচৌবা লাম্থোক্লগা, অরাং পাংনা চথংলগা, ইম্পো.মুং অমদা চঙলম্মী। চাঙরবা য়ুমজাও, তনাম তনাবরা, মমাং শঙ্গোয়, খা থংবদা লৈরিবা কৈ, ফৌস্থোঙ, নাপীমকা অমন্তা তাদবা সুমাং থেলোং পুম্নমক অতুনা ভাকই ইমুং অতু মচিঞ্জাক মচাবা ইমুং অমনি। ঐখোয়না চঙখিবদা মাঙ্গোনদা, শঙ্গোয়দা, মী কনা য়াম্না লৈনরম্মী। অহল অতুনা মাং থাতুনা ঐখোয় অনৌ মক অরাং নাকথগী মপা চুরিতাফমদা লপ্পী। ঐখোয়বু উবদা মুগী অমনা,

"করি থবক্কী ওইরবনো, কনা উনবীগদৌবনো, অশোমদা লেংশিনবীরকউ।"

মাঙ্গোন্দা কক অমা থারম্মী। অহল অতুনা হায়রমই, "খুরাবু লৈবরা? ঐখোয় কৌক্রুক্সীনি, খুম্লাকপনা থারকপনি?"

কৌক্রুক্সীনি হেক হায়রুবদা লৈরমলিবা মী পুম্নমক ঐখোয়রে মদা পুমহুপ হুপনা য়েংলক্লম্মী, মখোয় পুম্নমক ইঙক ওক্লবৎম তোরম্মী। কদোমদগীনো মৌ মীয়াই চল্লবী অমনা শৌ শৌ লাউবা, "কনানা থারকপা, খুম্লাকপনা হায়রবা? য়ুম ওন্নরমগনি, থোকপীরো থোকপীরো। কনাগী খুরানে, থিরক্লিবসিবো?" মথং মথং মুপা নম্বা থরনসু "চৎলে", "চৎলে" হায়না ঐখোয়বু তাক্লম্মী, মখোয় পুম্নমক পুনলাং শাংলমী। অহল অতুনা করিমত্তা ফিঙ্গত্তনা ইতপ তপ্না

হায়রম্মী,

"ঐখোয় অসিদা লৈগে লাকপা মন্তে। খুন্নাকিপনা থৌরকপগী লাকপনি। অঙাং অসে ইবুংঙো ইবোচাওবনা পোন্নম্বা মুপামচা অতোম্বত্তনি। খুমাত্তুদা ঐখোয় লাকই হায়র্বিয়। অম্মম্মক চৎখ্রগে হায়ববু য়োৎলবনিনা অমুক্তং উল্লনীংই।"

ময়ামত্তু তুম্নিন তুমিন লৈনখ্রে। অসাইগী মুপী অতুমক্তংদি শো শো অতুম ভাংলম্মী। অম্মম তৌরিঙৈদা খোংজাও অদোম্নদগী অহল মখাং কে'ল্লবা'মা কনাগুম্বা অমনা শঙ্খোই করিবোই তৌরত্তুনা খোল্ল-ল্লম্মী। মহ'ক্না হায়, "ইবুংঙো, ফিদাদা কম্মু. কাখৎলকউ। ঐননি খুম্ল'কপদা পাউ চেনবত্তু।" মহাক দান্নী মচিন' য়ৌনা খোল্লম্মী। অসাইগী শো শো ভাংবী মুপীত্তুনা চঙশিন্নকুনা হায়, "করিনোমে পাজি, লাইহৌ থাবত্রা, ভাব তারিত্রা তৌরিবত্তু?"

"ইপা করিমত্তা চোং়দে ইবেম্মা।" ঐখোয়য়োমদা ওনশিন্দুনা "অঙাং অসিমত্তম্না অমদি কলাই চৎপ্রে?"

"অমদি লংকৈদা চৎখ্রি, অসিনা অতোনবনি।"

"অতুদা লেপুবসু কাখৎলকউ; মুপামচা চংলকউ লাউ ইপু য়েংগে।"

ঐহাকপু কৌশিল্লম্মী। ঐনা চঙশিনখিবদা ঐবু মুম্না য়েংলগা মমিৎ অনীমক পিগী ঈষা চেল্লত্তুনা ঐবু বাল্লগা অসুম্না হায়রম্মী,

"লপাগী কর্ম অসে লহাক পাওথোকউ। ইপুনা কংলোই হায়বা মন্তে। ঐনা পীবা শিঙ লপান্না লোগনি নীংল্রে। নয়াম্বত্তু লৈরবদি মচিন-মনাওনা পীগদবনি। অত্তুবু নংনা পীবসু য়াই। ওম্নিদগী হৌনা ইপুগী নাক্তা লৈরো।"

অসি হায়রগা মখিৎ অনীমক্তগী অচৎ অথম লৈতনা মপি শিং-রক্মী। ঐমা হংনীংবা পুম্বা হংবা ওয়্রদে। ইথত থত্তহৌদনা ঐহাকসু কপলম্মী।

"নহাক অসিদা লৈরো হায়রবু করি হায়রগে?"

সুপী অহুনা অমুক মরক থংলম্মী, "তাওয়ত্রা পাজি, অস্তুপ কুইবা তৌরক্রবা থৌদৌ অসি ওসিদ। অচুম অরাবসু থত্তদনা তৌরিবা অসিবু করিনো? অশিবগীদি অশিবগী ওইরে, ঐখোয় মরাম্বু ইমার অসি থাঙত্নবা কররা চংকনি!"

"চাওবী, ইপা তাওরম্মী। অত্তবু হৌজিক তাওবা কয়ে। শিত্রি-বমথৈ ফরম্মী। নৌপদ্রা অহু মতোমতা পোকপনি। মহাক্কী আজর্মগী ফগনা করিমত্তা রাত্ত পাদবা মহাক্না রাথোক অসিদগী তাওতুনা কি-জেং চাকচা মকম থত্তদনা শিত্রে। মসে ঐননিনহায় ইশানা তাওর-বনা নৌপধামা তাঙ-কৈহুনা শিত্রবনি। নহাকসু উঞেদনা য়াগদরা হায়না ইপানা হোৎনখিবহু। মীগী মচা অমসু কদায়দগীনো লুহোংহুনা লৌরুই, মথুদাং পিকম লাংহন্দুনা চসু নিত্তোল অহুমসু হলহনত্রবনি, ঐখোয়ন্দনে।"

"করি য়ানোনে পাজি। ঐতগী নত্তে অনাবা হায়বসি। মরা মপুরোইবনি হায়বগী ব্যবহার অমত্তা য়েংলসদে। মাগী য়াহু পনবী-রক্কগসু; মমুম মকৈ পানত্রে।"

"ইপানা লত্তজখিবা পাপ অমা কোকত্রবনিনে ইবেম্মা। মহাক্না চংলমদ্রবদি, মমুম পানথিরমদ্রবদি মাগী দোষ অমসু ইপা লত্তশিন্নম-গনি।—ইপামচা নংবু করি হায়বগে? ইপুনা লানথ্রবনি। মচাওয়ম কাবা পাম্বদগী ইপুনা নমাবু ইচাগী ইযৌম হায়মীংলমদে, নখোয়বু

কাওবা পাপকী জীবনি থনুই ইপু নত্তেন্দা থুরুমগে হায়ববু অনুমতি তৌরবোই, ইমুগী পাপ লওশিনহন্নীংদে।"

ঐহাক থুনকম থওলমদে। মং-হাগী থৌদোকা চপ মান্নরম্মী।

"ইপুগী অসিদা লৈয়ু। নপাগী কর্ম পাওথোকসি। পিণ্ড দান অদু নখুৎনা পীজৌ। নপাবু লালহন্নু। নখোয়না কৎলগ' মানা লৌগদ্রা থন্নি।"

ঐগা লোন্নবরকপা অহল অদুনা হায়রম্মী,

"থুরা মাদি অঙাংনি। তৌরিবা ইমুং অসিগী মওংনে, মনে ইবেম্মা অসিনা শাওরিবা মপাও অসিনা অঙাং অসি হন্দোইরমগনি। নহান মখে লৈমিন্নবসু নত্তে। শোরাং সুমিত্তা ঐখোয় পুজরকে। মহাক হৌজিক মুক্কালদসু লৈ, দরখাস্ত ইবা অঙাংজাওগীদা।"

অহল অদুনা ওাইহাক থন্নগা ঐখোয়না হায়বদু য়াবীরম্মী,

"চুম্মী ইবুংঙো নংনা হায়বা। মহাক হন্দোইগনি। ময়াম্বা অদু-ভংগা য়াওরবদি মুংঙাইগদবনি। শ্রাদ্ধ অসি ওসিগা থানা সুমিৎ তরানি রাংলি। নোংমা রাংলিদৈদা মাবু থরা পুবীরকউ। লাইমিং লোইনগে; মপাগী পিণ্ড অসি মানা পীসনু। করি হায়বগে ইবুংঙো?"

"থুম্নোকপসু মশা ওমদহনা লৈ। ওয়বদি মহাক মশামক লাক-দৌবনি থুবাগী পাউ অসি হেক ফংবগা ঐবু চৎলুচে' থারকপনি। ওসিদগী য়াপল্লি ওবা নুমিত্তা নওয়ুপা অসি পুজরকে।"

"হোয়নে ইবুংঙো নহাক্না অমুক্তা শোইদনা শিনবীয়ু। নহাক শোইদনা লাকউকো ইবুংঙো।"

ঐহাক হোয় মাই করিমত্তা হায়রমদে। মখোয় অনী অসুম্না বা তুপথোক্লম্মী। মখোয়না ঙাংনরিবদু তাবগা ঐহাক অসি কাওবদি

খঙলগ্নী, ঐখোয়বু তাইবংপানগী মশান পীনবীরম্বা ঐখোয়বু পোকপী-রম্বা পাবা লৈরম্মী। লায়বক থীবনা মহাক হিংলিউঙেদা. ঐখোয়গা শকখঙ-মায়খঙনহৌদ্রে। ঐখোয়গী খুলগী অহল অহুমা ঐবু পুহনা অহুম লাক্লম্মী। লম্বীদা অহল অহুদা হংলম্মী, "ইপান ঐখোয় পাবনা ঐখোয় ইচিন-ইনা ওবু করিগী লৎনখিবগে? মহাক খঙব্রা?"

"নখোয় পাবনা নখোয়বু থক লৎনখিদে।"

"অহুদি মহাক্না শিন্ত্রিউঙেদা মহাক লৈরি হায়বা য়ৌনা ঐখোয়দা তাকপীদি/বা করিগীনো?"

"ঐনা খঙবদি থরদনি। অদুবু ঐনা খঙবা থরদু হায়গে ভাউ। ঐখোয়গী খুলদা নখোয়গী পাবহোয়গী লৌয়াম্না লৈরম্মী। নংবু পোক-পা পাবনা লৌ ময়ামদু য়েংবা হেক হেক লাক্লম্মী। অদুম্না লাকপদগী নমাগা চায়রক্তুনা নম'বু খুল খঙনা লৌথি। নং পাবগা নমাগা নখোয় ইবোকীদা অহুম লৈরম্মী। ময়াম্বা পোক্লবা মতুং নহাকপুনা পুক্নুংদা পুরিউঙেদা মুতক মুতক তাংনরক্লবদা নং পাবনা নমাবু পুহনা চৎখিরম্মী। নবোক অহুনা অঙম্বা, নমাগীনি হায়হনা অওং অউন তমখি। শনমগী মচা অমম্থ পীখিবনি। অম্তুম্না নং পাবমা পুখি। মতম থরা লৈরগা করিগী-নো খঙদে, নমানা নয়াম্বা পুহনা খুল অসিদা হল্লক্লম্মী। মহাক ঐখো-য়গী খুন্দা লাক্লগা পোকপনি। মতুং অতুদা নখোয় পাব লাকপা উথি-ব্রে। থরা লৈরগা লুহোংহনা ময়ুম মকৈ শানব্রে হায়বা তাম্মী?"

"ইমানা হল্লক্লিবদি করিগীনি হায়বগে?"

"মরম অশেংবা ঐহাক মুম্না থংদে খুল্লাকপা মতাই খঙগে হায়রবদা। খুন্না হংই নবোক্না তাকখিদে। মহুগী মরমদি লাইরহনা নখোয় মচিন-মনাও অনীবু খুল অসিগী মচা মত্তে, হায়দোকপীগনু

মেমম্মী। মহাক পোকপা মতমদক্কাও নখোয় পাবদা পাউ পীরুদ্রে। পাউ পীরুদ্রবস্থ মহাক লাক্তুনা হুংলৈ হায়বদি তাখি ভহুবু নমানা য়্যা-দহুনা উমখিদে। মতম অহুদগী হৌনা নখোয়গী লৌ-শীং পুম্নমক অশুম অশুম য়োম্হোকখিহুনা ঐখোয়গী খুন্দা মখোয়গী লৌচা অমত্তা লৈখি-দে। নমাগীনি হায়না তমখিবা পোৎ-চৈ ফাওবা নবোক্কা য়্যাদহুনা করি অমত্তা লৌরুদ্রে। অহুদগী হেন্দোক্তুনা শন মপী মচা পুখিবতু ফাওবা হুম্না হুম্না চেন্নরুবদা নবোক্কা হেক হেক খিলহল্লুই।"

মং-হাগুম্বা রারীসি তাবদা ঐহাক পুমণক ওক্লম্মী। মতম কুইন থাজরম্বা রাফম অমা ফংলবগুমস্থ তৌরম্মী। লৌশিং তারকপুদগী লাইজা ঈরোন চনখ্রবা, ইশাগী ইপোৎ থিবগুম, তাখি হায়বা খঙনা খঙনা ইকং কংদনা লাকপবু, কোরৌ নোংমা অহুদা ইরাই লাইনা কংবগুম থোক্লম্মী। কোক্তগী তোন ফাওবা তুজুং মাঞ্জু লম্মী। মফম ইথঙ খঙহৌদনা ঐগী ইপুক নৌরম্মী। কংলবা লৈঙোই লমদা কদোমদগী হৌরকপা ঈচাওনো হায়বা খঙহৌদনা পুমথুম-থুমহৎখিব-গুম ঐগী থরাই হকচাং পুম্বা থুমহৎখিরম্মী। অস্থপ কনবা ঈচাও অমা থক খেঙনখিদ্রি। লৈরি খঙঙদ্রবা, তাইবংপানগী মঙাল পীম-বীরম্ব', ঐখোয়বু পোকপীরা ইপা অস্থম্না ফংলম্মী; ফবা মফংদবু তাইবংপান পুম্নমক মাঙখ্রবা তুংদা', মাঙমম্না মাঙখ্রবা তুংদা!

ইপাগী নুংশিবা খঙলক্তে, ইমাগী মু শিবাস্থ খঙলক্তে-ইমাগীদি ঐনা খঙঙদবস্থ ইবোক্কা তম্বীখি। ইবোক্তা নুংশিবাথ ঙলবনি ঐহাক, ইয়াম্বগীস্থ অহুনঙাই। ঐগীনি হায়বা অনকপা, খ্বায়দগী হেম্না নক্লবা হায়ববু মখোয় অনীসিনি। ঙাইহাক অতুদা শাগৎলম্মী, ইপাগী না-ক্তা লৈরম্নবদি ইপন অঙাংজাওনা ঐগী হতাওবু পমহুনা, চায়ে চামিম্না,

থক্রে থকমিন্ন', মিকুপ অমা য়ৌনা থাদোক্লগা, চেৎনা চান্না তৌরিবা অসুম্না তৌরম্বা য়াই। অদুবু ইমানা মহাকপু থাদোক্লুবা লাকলিবা করিগীনো, মহাক্না থিরক্লরা কাওবদা উঠ্রখিদে হায়রবনা করিগীনো, মশাং নাইদবা য়াহং কয়ামরুম মথং মথং লাক্লম্মী।

অহল অদুনা অমুক হায়রক্লম্মী,

“পাউ অসি নচিন-ননাওদা তম্মু, তাহনবা চুম্মী, শিরবা হায়বা-সিদি লোইরবনি, অদুগী মথক্তা কুইনা নীংথিবা অমসু মনীং থুংলবনি হায়রকই।”

“ঐখোয় ইবোক্না?”

“উম নবোক্লা নীংথিবা।”

“করিনো অদুদি ইপন?”

“মদু থুক্লাকপনা খণ্ডলমগনি, ঐদি পাউ তম্বতনি।”

“ঐহাক ঐখোয় থুল তান্না নংগা চৎকনি। য়াকম অসি ঐহাক ওঙোক্না খণ্ডনীংথে।”

“নয়াম্বা লাক্লিকাওবা নহাক লাকহু হায়। নয়াম্বনা অসুম্না শিন্নরম্বমালে।”

—অদুম্বনি মহাক্না চৎলমদাইদা অসুম্না ঐবু তাক্লম্মী। ঐহাক মথা তানা তকশিন্নবা ভমলম,দ। অসুম্না বারী শাদুবা লাকপনা ঐগী খুমথুং য়ৌরক্লম্মী। অহল অদুনা মাপম্নি শুবদা ঐবু লৌরগমি তাকপী-রমলগা অদুমক চংখিরম্মী। ঐনা চণ্ডলকপদা ঐগী মায়থোংদা করি কিত্তর কারখিবনো ইপন অঙাংজাওনা “করি তৌরে” হায়না হংবী-রম্মী। ঐহাক য়াকম অদু অমত্তা হায়দোক্লমদে। মহাক্না মথা তাথরম্মী,

“নহাক পাউ অমা তানীংবরা?”

"ঐখোয় তাদগী পাউরা?"

"নখোয়গী কেশ অহুগীনি।"

"অফবা পাউ ওইরা হৌনদে, ইপল।"

মহাক্না নোক্লহুনা হায়রম্মী,

"লাই নৈবনিনহায় নীংথেম, ঈশ্বরনা কৃপা তৌরে, নচিন-ননাওনা মঙ্গল ওইরেনে। লুপ্রাবীনা পোৎ য়োনবা য়াদে হায়বা আইন লৈনা লৈনা চৈরাপনা লুখ্রাগী পোৎ লৈবা মীংদ ইখোল পীবা চুমদে হায়না চৈরাপকী রায়হু ককখ্রে। ইখোল অদো নখোয়গী ওইর-গনি। মাগী শেল অহুগীদি মহাক্না খোকপনা তৌগৎকপা হায়বহুনি।"

ঐগী মিতগী পি শিন্থখিবা ঐহাক খঙহৌদে। ঐগী ইয়াম্বনা তাজরম্নবদি কয়াদা মুংতাইজগবা! ঐনা তাবনদি কৈদৌনরুনি। অরেম্বনি, পুম্নমক অরেম্বনি, ইখোল অহুবু কংলুহুনা করিবু তৌন-গনি। ঐহাক থংকি কিবমা কাওরক্লম্মী, মরমদি ঐখোয় তাদগী মরা মপাউ অমত্তা তাখিদবা মতম কুইরম্মী।

মুমিৎ মাপম্নি অহু ঐনা ঐখোয় তাদবু উম্মনীংবনা লাকহম্নীংবনা ভায়ঙমদনা ভায়রম্মী অহুবু মহাক হল্লক্লমদে। অহুম্না হৌথিরম্মী। মাপম্নি হেক শুবদা ঐখোয় থুনগী ইপন্দু লাক্লুনা ঐখোয় অমুক চৎম্নি-ন্নরম্মী। ঐখোয় পাবগীদা য়োৌখিবদা অপাবপা শুদ্ধাংদা মাগুপ চাওনা খল্লহুনা শোরাৎকীনি হায়হুনা শেম শাহুনা লৈরম্লে। ঐখোয়না চঙ-খিবদা ইপুবোক্না ঐগী শম কোকহম্নবা মীনি হায়হুনা হাম্নমা শেম শাহুনা থনম্মী। ঐগী শম-না কোকথোকহল্লম্মী শম কোকথোক্নবা মতুংদা মখোয়গী মনাক্তা লৈরা মন্দির অমা তাম্না। পুবীহুনা লাইমিং লৌবনি হায়হুনা লৌহল্লম্মী। ঐগী গুরুনি হায়না তাকপীবা বামন

অহুনা ঐগী নাপ্প অনীদা 'নাম' তাকপীরম্মী, য়াম্মা লোম্না। ঐহাক করি অমত্ত খঙলমদে। লাইমিং লোৌরবা তুংদা ইপম্না পুহুনা ঐগী য়ুমথুংকম তাম্না অমুক থিনবীরক্লম্মী। য়ুমথুংকমদা ঐগী ইকোক ইরু কোকপা উবদা ইপন অঙাংঙ্গাওনা মহুগী মরম থিবীরম্মী; লোৎপা য়াত্রহুনা ঐনা খঙবমথৈ লোইনা তমকম্মী। ঐগী বারীহু তারগা মহাক্না হায়রম্মী,

"বারী অসে নহানমথৈ খঙদ্রা?"

"খঙদে। ঐখোয় তাদদি হৌজিক কাওবমু খঙলমখিরোই।"

"ওহোকপা হায়বহুনি। হৌজিক্তি কৌক্রক্তা অমুক হল্লুদ্রবমু নং পাববু পোকপা নপুবোক অহুগা লৈমিন্নবা তারেদনা?"

"ঐখোয় তাদনা য়ারগদ্রা খঙদে।"

"করিগী য়াদনি, শন ঙাওরবদি শনবু থীবা হৌনশানি। নহান মথৈ লংনরম্নবমু ঙসিদি নখোয়বু লৌথৎপীরে। মহুদা নখোয়না অমুক লংনহুনা অহল অহুবু কোক্লরোইদোবা অরাবা অমুক পীরুবগী করি কনৈ?"

"অহুবু ইপন ইপুনা ইমাবু অহুপ য়াথিদ্রিবা করিগীনো?"

"ঐদি নংনা তম্বদগী বারী অসি খঙবনি। করিগীনো হায়বা করম খঙগনি। অহুবু ঐনা চিংনবা অমদি লৈ, নখোয়গী ইমানা কৌক্রুক খুনগী নিঙোল ওইরম্বনা ওইরম্বা য়াই; অসিম্নিনে ঐখোয় মৈতৈগী ফজদবা। মহাক্না লংনবমু সমাজ অসিগী ফজদবা তুকচরবা শাজং অসিননি। মৈতৈ মরক্তা য়ৌনা অনেম অবাং থায়দোক্লুনা অমনা নেম্না অমনা বাংনা শোরু পম্ন য়াদনা থম্মী। চংনবী হায়গদ্রা থাজবা হায়গদ্রা মসিবু থাদোকপা ঙম্নদে। মসিনা মরম ওইদ্রনা মপাগা

মচাগা, মপুন্নোইবগা মাগী লোয়নবীগা অন্নুম্না কায়নহল্লি, নখোয়দা খোকপা অসিগুম্না। তৌইগুম্বস্থং মখোয়শিং অসিনা মীওইবগী থম্মোয়বুদি জয় তৌবা ঙমদে, খুৎশেন্নু মাংথীবা পীবা ঙমদে। মহুংগী প্রায়শ্চিত্ত ফংলবনি নংবু পোকপা পাবগী মপা। নখোয়না অমুক লৎনহনা অহল অহুবু রাহনবা চুমদে।"

ঐহাক লু লুকনা তান্নম্মী। ঐগী মম্লবা থম্মোয়নুংদা মুৎলি মুৎলিবা মঙাল অমা ফাওরক্লম্মী। ইপম্না ঐবু করিমত্তা রাক্নরগম্ন তাইবংপান হায়বসি অসি ঙাক্তনি তাকপীরম্মী।

চাব থকপা য়োনা খোয়জংদনা মতম লেল্লম্মী। মংলানদা তাওরগুম, হৌখিরম্মী মতম্না। ইম্নং নোংঙান পাবারকপদগী ঐখোয় খুনগী অহল লাক্তরিবৈ মমাংদগী ইপন অঙাংজাংনা লমজিংবীহনা ইপাগী শোরাং য়াওবা চৎলম্মী। শোরাং মফমদা মীনা ফিঙৌ কৌবগুম তিনখৎলক্লে। ঐখোয় খুন্দা পেনানা অরা অনা খাহুনা মিকোন থাঙ্গোনবনচিংবা তৌরমদে। পুং কোর্ঙান পায়হনা পাবগী শোরাং শোল্লম্মী, ঐহাকপু শঙ্গোয় অমদা বামন অমনা মন্ত্র যন্ত্র কয়া থিহনা শিখ্রবা ইপাগীদমকনি হায়হনা পিগুনচিংবা পীহল্লম্মী। শক খঙহৌত্রবা ঐখোয়বু পোকপা ইপাগী মিং ইবোচৌবা কৌই হায়বা খঙলম্মী। ইপুনা তাকুনা ইমাগীস্থ য়াওনা পিগু পীহল্লম্মী। অওইব-মক মখোয়না লৌবীবা ওইসম্ন।

শোরাং লোইপ্রবা মতুংদা ইপুবোক্না ঐবু মখোয়গীদা লৈয়্ হায়না বয়া তক্লরম্মী অহুবু ঐনা ঐখোয় তাদা লাক্রবদি ঐহাক ঐনা লৈরিবা অসিদা অস্থম লৈজগে হায়না য়াঙ্গরম্মী। ঐবু মাগী ইমুংদা পুশিল্লগা পাবগী কানি হায়বামদা পুশিন্দুনা অহানবা

ওইনা ঐখোয় পাবগী অয়েকপা মূর্তি উহল্লম্মী, অতুতা নত্তনা ঐখোয় ইমাগীসু উরম্মী।

মখোয়নীগী মাংদা লেপ্লবদা ঐগী পুক্লীংদা মঙ্গারকপগী পুক্লীং মুংশিবা, অতুঙৈ ইবোক্লা শিখিংদা ফাওখিবা অতুংম ইনৌ নৌনা ফাওরম্মী। মখোয় অনীগী লৈথুপ লোকোয় য়াওদবা, ইতিং তিংবা মিৎয়েং নায়েং উবদা ঐহাক কপ্পুবা ৎমমদে। ঐহাক খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লম্মী। ঐনা কপ্পহ উরগা ইপুবোকসু খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লম্মী। ঐবু কোল্লগা, "ইপুগী নীংথেম, ইপুবু অমুক য়াইহল্লগনু ইবুংঙো। ইপুনা তৌখিবা পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ফংলবনি।" অয়েকপা মূর্তিদা ওনশিন্দুনা, "ইবোচৌবা ইপাগী ইবুংঙো, ইপাবু য়াম্রোগনুকো" হায়না তেংথা নাওইনা কপ্লম্মী। অসিদা নত্তন মহাক্লা ঐবু খুজেং পায়দুনা অতোপ্পা কা অমা তাল্লা পুরম্মী। কা অমু থোং হেক হাংদোকপদা হিদান অমা অতুগা চাওরবা য়োংছিলিং কোহেল্লৌ অমগা লৈরম্মী। ইপুনা হায়রক্লম্মী, "নহাক উবা অসে?"

ঐনা উই হায়রম্মী।

"করিনো হায়বা খংব্রা?

"খংয়ে।"

"অসিনা নপাগী খোঙ খুং পুন্দুনা ইপুনা থমখিবনি। নমাগা কায়নরবা তুঁদা নপা অদো ঙাওচৎ কৈচৎলরকপদা মপান থোকখিগনি হায়বগী ইপুনা কাহনা কা অসিদা লায়েংথি।"

চাওরবা য়োংকী য়োছিং! ঐহাক ইশাপুম্বা চেংথৈবগুম নীকলম্মী। মহাকপু হিংচাবনি হায়না নীংলম্মী। ঐনা মাগী মনাক্তগী চুং হন্না হন্দোক্লম্মী মহু উবদ. ইপন যেঙাংজাওনা ঐবু কোনবীরম্মী, ঐনসু

মাঙোন্দা কোল্লম্মী। ঐনা হায়রম্মী, "ইপন চংলসি ঐহাক মফমসিদা লৈবা ঙমদ্রে।"

ইপুবোক্না হায়রক্লম্মী, "করে চংলো। ঐহাক নখোয়দা করিমত্তা থুপ্লরোই। নখায়গীদমক ঐহাক সম্পাত্তিশিং অসি শংবা ঙম্বা মতমফাও শঙখিগে। নখোয়না য়ানীংবা মতমদা ইপুবু নীংশিংলকউ।"

ঐহাক মখা তারমদনা অহুম খোরক্লম্মী। ইপনগা লোয়নহুনা মাগী য়ুম তাম্না হল্লক্লম্মী।

হল্লক্লগা ঐহাক করি তৌরম্মী শেংনা নীংশিংবা ঙমদ্রে। ঐহাক অঙাওবমক ওইরম্মী। চাকম থককম খঙদনা মতম পুম্নমক্তা তাদবুতা নীংশিংলম্মী। নোংমা নোংমগী মহাক লাকখিগনি হায়বা থাজদবা হেন্গংলকই। নহান মখৈ ইপনগীদা লৈরিঙৈ অসিদা ঐগী ইমাম্নবা ইত্তাও অহুগা লোয়ননা লাইরিক লাইস্থ তম্লম্মী। মখোয়গীদা মচং মতৌ ঙম্না লৌশিল্লম্মী। শোরাং মতুং অহুদদি ঐহাক লাইরিক লাইশু তম্বন চিংবা অমত্তা তৌরমদে। ঐখোয়গী তাদগা কায়নরকপা ফনা কুইশিল্লক্লে, মহাক্কী মশক উদবগী, মশী মরাহৈ মপাউংথোন তাদবগী মুংনাংনবনা ঐহাক লৈবা ঙম্নদে। অঙনবা অম্বক্কী শক্তমবু উরুরগা, থুনগী লোবুক লমহাংদা মাগী মতুং ইন্দুনা শজেন শনঙাক তৌখিবা, পাত্তা কোমদা ঐনা ঙারুক পায়রগা ইচিন-ইনাও ঙা থিম্নিরবা, পীরুবা পৈরবা থংপোকশঙ অহুদা পুকথন রাইওং খঙদনা চামিন্-থক-মিন্নখিবা পুম্নমক হম্না হম্না নীংশিংলম্মী। শাংকাইংদা মঙাইহিবা থম্মোয়দা মথং মথং কায়নবগী অরাবা চৈনাশী মমি তাখিবা করম্না কাওকবা, কাওঙমথিদে

ইপন্না লুনা অহুম তৌবী, ঈতাওনা চান্লি ইমহান্না মচাদোগুম

নাংবী। অহুম ওইনমক মখোয়বু কোয়দবা ঙমলমদে, তাদগী মকমদা নাওখী শাজবা মখোয়না শাবা ঙমগনদে। তুখি মাঙ্খিবগী মমি অমা ঐগী ইশাদা কুপশিন্দুনা অহুমক লৈরম্মী।

তরানি হৌথ্রে তাখিদ্রে, কুম্নি চংথ্রে উখিদ্রে, তাদগী মম্না মপাউ অমত্তা কংখিদ্রে। অসুম্না নোংমদগী নিনি, নিনিদগী হুমনি, মথং মথং চংখিদুনা থুমিৎ কয়ানি হৌথ্রে। চারক থক্লক্তবনা ঐহাক হৌগত্তুনা চংপা ফাওবা ঙমলক্রে। ইপন, ইঙ্কাল, ইতাওনা ঐবু লায়েংবীরম্মী। ঐখোয় তাদবুতা শোনবনা ঐগী লাইনীং ওইরম্মী। ঐগী ইশাদা অপাম্বা মীহৌবা অমত্তা লৈরমদে। ঐগী ইয়াম্বা য়াওদবা সংসার অরেম্বনি।

মতুং কয়া কুইনা অসুম্না লৈরুবগে ঐহাক নীংশিংবা থোক্রে। নোংমদি মং ওই হা-ওই ঐগী ইয়াম্বনা মহৌশা কৌখিবা "তোম্বা" হায়বা মীঙ্গোন্থু তারম্মী। ঐনা য়েংথৎখিবদা ঐগী ইয়াম্বনি হায়দুনা কনানো অমা লেপ্লম্মী। ঐহাক থাজরমদে। মাগী মী ওই মূর্তি পুমহোং হোংলমলে; মশাগী কুচু লৈরমদ্রে, মৈচাক থাকুম মুগুক মুরবা, মক্কোই মরাং চোয়বা শরুগী পোল্লাং অমা ওইনা লেপ্লম্মী। মাগী প্রেতনা ঐবু লৌবা লাকলত্রা খণ্ডে।

নংলমদ্রে, মহাক ঐগী ইয়াম্বা ওইরমলে। ঐবু য়েংলগা ঐগী কোক্তা নানবীরদুনা মোমোন নোক্লদুনা, "ইয়াম্বা লাক্লে নহায়", অসুম্না হায়রক্লম্মী। ঐনা মাগী মথুং পায়রম্মী মাগী মায়থোংবু ঐগী থম্মোয়সুংদা চেৎনা কোল্লম্মী।

ঐগী ইয়াম্বনা ঐবু থাদোকপীরমদ্রে; অমুক হন্না ঐগী ইনাক্তা লৈবীরমলে।

মহাক্লা ঐগী ইদাকান, মহাক্লা ঐগী মাইবনি, মহাক্লা ঐগী লাইনীংবনি, মহাক্লা ঐগী ইমানি, ইপানি, ইবোকনি, ঐগী ইথুন্নি, ইয়ুম্নি, ঐগী তুংনফমনি, ঐগী পুন্নমকনি।

ঐনা হায়ম্মী, "ঐখোয়না কেশ ভম্মেদো।"

"উম তারে ঐস্রু। লান্দ্রগা লাইরবনিনে তোম্বা।"

"অদুগা ঐখোয় পাব," হায়রগা ঐনা হৌনা নোক্লম্মী।

মানা হায়রম্মী, "করি তৌরবা?"

"ঐখোয়গী প্পাবা লৈরম্মী শিগ্রে হায়। মহাকপু পুন্দুনা থমখিবগী অচৌবা য়োক্লিংহ ঐহাক উরকই। ঐখোয় ইপুবোক্তা হিংচাবনি।"

"ঐস্রু তারে; করম্বু দোষ তৌরগনি। পুন্নমক ঐখোয়গী ইরায়-বক্নি। ইপুবোকপু দোষ তৌরগনু মহাক মপান্দা লৈ। থুন্নাকপগা লোয়ননা নহাক্লা ভমদবগী দুংশা থীদুনা হংলরি হায়রিবত্থু তারগা তুংভাইরোই। ঐখোয় পুন্নমকপু তাইবংপানগী মঙাল শীনবীখিবা ঐখোয়গী ইপুবোকনি। মহাকপু অমুক হান্নৌরকবগী করি কান্নে। ইবোক্না হায়রম্মী মহাক পোকপদগী মীগী মীথা থক থাখিদি, অদুবু ইমাগী হাকচাং মায়থীবা কংখি। মহাক্লা হায়রম্মী, অদুবু নোংমা নত্রগা নোংমা মাগী মকমদা শোয়দনা চঙজরিখিনি, লাল্লে হায়জ-রখিগনি। মতম অদুদা মহাক্লা মায়থীখিবা অদু কোকনি। মহাক মসি নংখিদে, অদুবু হায়জররবা অসিনি।"

"করিনো তাদা ঐবু অমুক্তা থওহল্লু; ঐহাক নহাক্লা হায়রিবদু থওবা ভমদে। ঐহাক বা অমত্তু নীংশিংলকলে পাবনা লৈতবদা ঐবু ইপুবোকী তাম্না পুবীবা, থুন্নাকপনা থারকপা, অহল অদুনা অসুম্না হায়খি, হন্দকী থোদোক অসি ঐখোয় ইবোক্না কুইনা নীখিবা

অমা মনীং থুংশবনি হায়না। হায়য়ু তাদা ইবোক্পা নীংখিবহ্ন করিনো, ঐখোয়গী পাব শিখি্‌বা অসিবুরা?"

"হায়হৈদে নীংথেম, ঐখোয়বু অহুপ লুনা তৌবা ইবোক্পা ঐখোয়বু পোকপা ইপানা শিখিবদা করিগী য়ুংঙাইগনি। অহু নত্তে ঐহাক খঙই, খুল্লাকপনা তম্লবনি ঐঙোন্দা, ঐখোয় ইবোক্পা থাজরম্মী, ঈম গা পাবগা কায়নরিবসি ইপুবোক্কনি, অহুগুম্বা ইপুবোক অহুনা শোয়দনা মাঙোন্দা মসিগীদমক হায়জরখিনি। লায়বক থীবনা পাবনা হিংলিঙৈদা থৌদোক অসি থোকখিব্রে। ইবোক্পা নীংখিবদি অসিনি।"

অস্থুমা হায়নরিঙৈদা খুল্লাকপা অমম্থুং ঐখোয় ইপুবোক মখোয় অনীমক ঐখোয় নাক্তা চঙলরম্মী। ঐনা তাদগা বারী শাবহু উবদা ইপুবোক্পা হরাও হরাও নোক্লহুনা অস্থুমা হায়রম্মী,

"ইশু করেদনা, ঐদি ওম্বোক্পা র্রাক্লরবনি।"

অসি হায়রগা মমিত্তগী মপি শিম্বরম্মী। খুল্লাকপনস্থ হরাও হরাও তৌবিরম্মী।

তাদনা হায়রম্মী, "য়েংউ ইবোক্পা থম্বীরম্বা ইমাগী লীক! ঙসি ইমাগা ইবোকা পুম্মা অমুক্ক কংলবনি। চাওরাইরাদগী ইবোক্পা পুখিবা পৈশাস্থ শিংদোক্লুরগনি। নহাক নশা করদা ঙারহুনা লৈরিবনি। অসিগীদমকনি ইরাম্বনা মীয়ৈবাক্তা নংবু থাদোক্নুনা চৎলুরিবা। পুম্নমক অসে মীওইবা হায়বা ঐখোয় অসিননি। মীনা পুম্নমক শেম্বা ঙম্মী, মীনা পুম্নমক অহুবস্থ মাঙহনবা ঙম্মী। মীতনা ঐখোয়গা ঐখোয়বু পোকপা ইপাগা শক খঙনহনখিদে, তীন্নহনখিদে। অহুবু কনাবু বারৌনিঙাই লৈবগে। পুন্সিবু মায়োক্লবা থৌনাকবা মীগী শাজৎনি। কিহুনা খক চেনগদবা নত্তে।"